১ । অকোঙবা খোঙাইবা মনি খাবা ॥

২ । খোমজিন্‌-তাশিনব' একে নবেন্দ্রো মৈতৈ ॥

৩ । লাইরিক্‌ লেংবা এংকে তোমচা পুরৈলোম্বা চানু ॥

৪ । ভিরলীকেক্‌ লৈকোইলেন্‌ ॥

৫ । মৈতৈ ময়েক্রুগী থেংগোলী মরক্তা ইথোমকপা কে খোড়িয়াচানা ॥

৬ । অচুম অয়ানগী হক্‌ পুম্নমক্‌ ইথোকপা, লাইরিক্‌ লেংবা অমত্তা অকোংবা অচুম্‌ মকীনি ॥

৭ । কোপি রাইট্‌ — এংকে তোমচা ॥

৮ । অগানবা নম্বা কোপি মশিং ১০০০ ( লিশিং অমা ) তনি ॥

৯ । লাইরিক্‌ কংফম্‌ মরুওইবা লাইরিক্‌ যোনবা ফুকান্‌ পুম্নমক্তা কংখিগনি ॥

১০ । অইবা অকোংবদগীদি অচুমক্‌ থত্নরে ॥

১১ । কুমজা লৈশেম্বা সনাজাওবনা মৈতৈ নিংথৌ ওইবা মতম্‌ অমসুং দবলসিউ নিপামচানা রিপ মিনিষ্টর ওইবা মতম ॥

থোক্তোকপা মতম —

তাং ১০ । ৬ । ১৯৯৮ ইং ইভাগী থাপুও ( পুর্ণিমা )

থানিল — ঘুমশাকৈশা হুমিং অমুক পুং ১১ তাবা মতম্‌ ।

লাইরিক্‌ লেংবা
এংকে তোমচা
কংলৈ ইম্ফাল্‌ ( মণিপুর )

# শিল্পবগী চৈচং মশীং মতম খঙনবা

ঐখোং মৈয়ংবোং কোইবা চীং-তম কংলৈ পুঙময়েংলগী নিংথৌ অহানবা পাখং মোইরেন তোমপোকপদগী হৌবা থিরবপা মশিং :—

১। চীং তম কংলৈগী হং কোগী চৈচং মশীং — ১৯, ৫৪, ৬৬৩

২। হরি লাংবা চকী মতম খোরিকাবা পোকপা মতম ৭৮৬৫

৩। খোরিয়া কম্বালচাগী কুপবা মশীং — ৩৫৯১

৪। টৈমৈত কুম হৌবা — ৩১১৫

৫। হরি লাংবা চক লোইরকপগী মতম হয়া চক মহানু ফাঙরবপা মতম পোইরেত্তোন থুম্মোকপা হৌবা খুংগী মনাং
হং ক : গী — ১৮৭৯

৬। খৃষ্ট ইংরেজীগী — ১৯৯৮

৭। হিন্দুগী শকাব্দ — ১৯২০

৮। বঙ্গালীগী বঙ্গাব্দের — ১৪০৫

৯। সংবৎ — ২০৫৫

১০। ..চন্দ্রাব্দ — ১২১১

— ১৪১৯

# মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম

মৈদিংঙু খাগেম্বনা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পালখ্বা চহি-৫৭-নি খৃঃ -১৫৯৫- দগী খৃঃ -১৬৫২- ফাওবনে। মশাগী চহি-৭৭-শুবা মতমদা লোংগাখিরে। হায়রিবা কম্ অসি লৈখোমনশঙ্দা ওয়্থুনা কুক মাপন-মক্তা মাইয়েক্পনা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা লইনিংথৌ খুজাওবা মনোংয়াইদা শিন্নরম্বা হ'বে। মসিনা ফম্বাক্তা চহি-১৫-পু ঙাদি চহি-৪৫-নি। লাইনিংথৌ খুজাওবা তাম্নুংবগী মচা পাইখু লাম্বানা মনোংয়াই ভুনী চরাইলোংবন শিন্নরম্বা য়াখে। ভুবী চরাইলোংবদি মশাগী চহি-১৫-নিংথৌ ফম্বান্দা ফমখিয়ে। অতুগা পুন্সবদি শুপ্পগী চহি ৩৫-থক্তনে। মৈতিংঙু লাইনিংথৌ চরাইলোংবনা মহু নোংপান্ য়াইথুবা চহু মনোংয়াই থৌমী নোংজু অহোংবগা থাংলো লাংমৈ য়াংগেন নিংথৌ মচা লোইয়ুম নাংপান্নহাগা লাইনিংথৌ চরাইলোংবা মঙাম্মক্কা মাইয়োক্না হায়রম্বা বাম্মনে। অসুম্না লৈবাক নিংথৌগী লেন-কমলেবী থৌরম পরেং পুম্নমক অসি কায়দনা নিংথৌ অমদাগী নিংথৌ অমদা মথং মথং শিন্নরমদুনা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক খৃঃ-১৭১৪-দা অকোংজম লাংমৈবা মাইচৌনা মথুংতু থুংলাঙ্গী ওইনা পাইরম্বা মৈতৈ পুয়াবিনি ॥

লৈবাক নিংথৌ অমদি মালেমসিদা লৈরিবা পুম্নমক্কী ছৌরকফম্ লেফু মরুদি কে'রো, মলেম, তাইবং, সমাংহী, পাখংবা, উমংলাই অমসুং ময়াদগী হৌবনে, মরুমদগী ওন্বান, মমানা পোকপদে শা'গে অহুম অসিবু অমত্তা ওইনা হায়রদা শেঙ্গী খা মপু মহাক্কী, মহৈ ভুগী লোংথ-শমথরকুনা ভসিগী পান্দক অসি য়োংলক্লি মসেন। লৈবাক অসিদা লৈরিবা অয়াম্বা লাইরিক খুদিংমক্ ঐখোয়না হিংদিংবা পুন্সিগা মরী লৈননা খত্নবা থম্লাংবা ইরেংপু য়াগী পুতিম্ [illegible], পাম্বী, পুম্না লাইরিক্কী শংগা, লাংলংকী লাইরিক তাক্তনি হা'য়বদা হায়রম্বা থোকলেই ॥

একে নোডিয়াচান্দ পুরৈলোম্বা চ'কা

অচোম ঈবেকচা অমাই পীবা [illegible]

# ফোংদোকচনিংবা ৱাহৈ খরদ

ঐনা মৈতৈ অমা ওইনা, মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা মাংলম্লচংকী চৎনা পরম্, ইপানাং ইপুমাংকী লাইনিং লাইশোন চৎনবী লম্চংকী পরম্ লৌখুনবু থঙজনিংহুনা কৈরোই লৈকাইগী অহল লাইওরবাশিংদা হংজক্লবদা অশুম্না অহলশিংদা তাকপিরকই । "মৈতৈ ঐখোয়গী মাংলম্চংকী বারম্ অক্লবদি মৈতৈ পুন্না থঙবা অথঙ্-অহৈশিংগী মকমদা হংঙ্রো" তাকপিরকপা ৱাথং মতুং ইন্না ঐনা অশুম্ অথঙ্বা খিজরকপদা কোমেং লৈকাইদা লৈবা অকোইজম্ নোদিয়া মীয়াম্না অকোইজম্না পিবা হায়না থঙ্নবা পন্থৌ অসিনা মথুংশু খুংলাঙ্গী ওইনা পাম্বী কৌবা পুন্না লাইরিক্ অসি কুপ্না য়েং-পাহনা লৈরম্বা থেংনজবদা লাইরিক্ অসিগী মতিক ময়াই, পু-পাগী হৌরক্কম্ মরুগী মুংগী ওইবা অরুবা ৱাৱোন অসিবু তৌরক্লিবা হৌরক্লিবী তুংগী য়ুম্বীরেন্ ওইগদৌরিবশিংগী মফমদা ইজাতি অসিবু মশক তাকপদা মতেং খরংদা ওইরবসু ওমগদরা থনবদগী মীয়াম্ হুপ্না থঙখিমবা য়ানবা ছাপা ঊনম্ তৌহনা ফোংদোকচনিংবগী অকুন্বা ইমোং অমনা ঐগী পুক্রিং বাথন্দা থাংকম থঙদবা অমা ওইবদগী পন্থৌ অসিদা ফোংদোক্লসি হায়জরুবদা হৰাও হরাওনা য়াথৌরকপগী মতুং ইন্না লাইরিক্ অসিবু ছাপা নম্বদা চংগদবা খরচ অমদি অরা অনাগী মরম পুন্নমক অওম্বা মথৈ হোংনহনা ফংথোকচবা ফংজবা অসিদা ঐগী পোকচবগী মহৈ য়ামে লোয়নবা ওমথৈ লৈতবা পুন্সিগী অপেনবা মশক হায়বত্থ ওইজরে ॥

মাঙ্গি ভানবা থাবা থোঙাম্
হারেল্ খুমজাও
ময়াই লম্বী রোড ( মণিপুর )

# খণ্ডহনজনিংবা

পর্ঙ্গী পুযা লাইরিক অসি ঐগী ইপুরাক্তোন। পাম্নুংতোবগী উপু তাবু সুংদা মতম কুইনা থুংই ওইনা লৈরমর্গা অসি ছাপা নম্নখোরকলি হায়রবা য়াদনা লৈরক্লবনি। মরম্ কবিগীনো য়ায়রবদি ঐহাক্তা লৈপাক্কী মা অয়ুম্বা শক্তি লাইরিক্ পানদে; মরম্ অসি লৈবমা লাইরিক্ পুথোক্পা কায়দে। ছাপা নম্নথোক্লগা মীয়ামদা লেম্না মমল্ লৌদনা য়েন্থে কৃপন্থু ওমগদবা লৈতে অহুগীস্তু মথক্তা শেঁমদোক-শেমজিল য়াদবা অরিবা মতমগী খোন্থোক্ লোন্, চংনলোনচংকী মরম্ খণ্ডনিংবগী লোয়নমা থিজিনবা মী য়াম্না তাংনা লৈ। মরম অসিনা মথোইনা খোকপঃ তৌরুবো লাইরিক অসিগী কজবা মওং মতৌ শেমগৎ শাগৎতুনা পুথোকপা ওয়বা হোংনয়ো। ঐদি মরম চানা হোৎনবা উমজে॥

মরম অসিদগী লৈতা লাইয়াগী হাংমা লাম্না মতম চঙনা ঐনা লাইরিক অসি হোৎনজরকপনি।

লাইরিক্ অসিগী কজবা মশক্ অমদি মীপুম্ খুদিংমক্তা খণ্ডহনজনিংবা, ইপা ইপুশিংনা থর্গী,য়মবা লংলব। ইমাংকী চৎনবী, কায়বা মচাক্ তাক্তনা খমা য়াওরবা মীওইবা ঐখোয়গা লাপ্‌থোক্লবা য়ায়থোইদোবা ইতিহাসকী মরম্নচিংবা য়েংলু-পাক্লবদা নৈনবগী লোইবা মাহুয়োইদবা হয়া হয়া পাবগী খণ্ডলকপগী কান্নবহু লোইবা নাইয়োই। লাইরিক অসি হৌজিক্তা পাখিবতা ভাইরিভৈদা অমুক হন্না পানিংবগী ইথিল্ অমা পোকহনি অহুনা লাইরিক্ অসিগী মতিক্ ময়াইদি পাক্লবা নৈনক্লবা মীতনা খণ্ডবা ওমগনি, অতৈ য়েংলু পাক্লদবা মীখদি খণ্ডবা ওমলোই। অসিগুম্বা হী-য়াইওমবা লাইরিক অসিবু সরকারনা লৌশিনবীহনা সাহিত্যাগী পুক্‌কৈদা খজিনবীবদি পুক্‌কৈগী অৱাংপা খনমথৈদি

# ৱাঁহৈ খরদং

মৈতৈ লৈবাক অসিগী ইতিহাস লৈত্রিবৈ মমাংদগী হৌজিক্কী খগী খোংনা চঙ্উখৎলবা মতম অসি কাওখদা লৈরক্লিবা তাইবং মচু পোং ত্রখোম অসি লাইগা অমত্তনি, অংকাপনি। মচু খৌহৌরোন, তাইবং মৈহৌরকতগী র থা লমদাং শাংদি অহানবদা লাইশিংনা থকংখা, মাইকৈ কারন্ মেংবা শেনলপা লাইদগী মী হায়বনা ওলকপনি হায়বগী মচা ত না ত কপা রাক্ন কয়া লাইরিক অসিদা য়াওরি।

কোঙ্গৌ নোংশেম্বা, মালেম লৈশেম্বা লোইমগা লাই হয়াউবা হৌরকপগা ঈশে শেরেংন লংকপগী পখিং পাথাপ খঙ্লকপগা লেইমনা তাইবং মা ওক্রকপগী মরম খঙলকনি। তাইবং মপু সিদবনা মচা (১) অতিয়া সিদবা (২) অশিবা অমম্বং (৩) কোনচিংমা তুখোক ম্বা মচা অহুমদা মুংশি চাংয়েং তৌরনপদা মচা অহল অমদি য়াইমবা মচা অনিমা মপন পান্থোগী যংখং কপান। খলখিবা অতোনবা মচানদি মক্পা লংপা মতিক মাইম হংযবা খঙবদগী, মপাগী সনা তংওবন ফরাল মতিক খঙ্গদি মচা অংতোনবতনি হায়হুনা সনা কথাল শিংথিবগী থারি লাইরিকসিদা য়া ওরি।

লাইরিক লেংবা একে তেমচ অমত্থ অকাংবা থোঙাম মলিং,
লাইরিক লেংবা, অংকোংম অসিগী মরমদা ঐগী অখিংবা অয়েংপা অমত্তা য়াওরে।


অকোইজম নোংদিয়া
কা। মৈথেল মখা কেংজেং লৈকাই
ইম্ফাল ( মণিপুর )



# কংলা উত্রা সংলেন-রায়েল পাথপ্

লাইনিংথৌ কিয়াম্বা ইনিংথৌনা ইং কুমজ ১৪৬৭ ওসী কুমজা -১৫০৮-কাওবা পাম্বা ইনিংথৌনা উত্রা সংলেন্না মক্তিক চানা থৌরম্ তৌরম্মী। মতুং কাইনাথং কুমজা-১৬৭৫-দা লাইনিংথৌ ঢুবী চরাই-লোংবগী ইংজক অসি কাওবা উত্রা সংলেনগী পাঙ্গল লৈনা মক্তিক চানা রায়েন পাথাপ্ তৌরম্মী।

ইংলোক ১৭০৯ দা নিংথৌ ওইখিবা ইনিংথৌ পামহৈবা সনা হাক্তঙগী লৈবাকী অমদি মৈতৈ ঐথেংসগী ইনাংকী লাইনিং চংমবী, থৌরম-লোনচৎ পুম্নমক ঈচেল্ থৈথিহনবা নোংমা নোংমগী মরাই চাইথরক্লুনা অমমহুংদা লৈবা হাংবত্ত ওইথিবগা লোইননা উত্রা সংলেনগী পাঙ্গল্ শোম্ভনা লৈরকখি। অদুবু মতম থোংলে মতুং ইমা ইংকুমজা ১৯৫৭ তা নিংথৌ ওইথিবা মহারাজ কুমার ওকেন্দ্রজিৎকী হকতক্তা পণ্ডিট অচৌবা মাইচৌ পুরেন কোইজাম্বা মোদিয়াচান্দ রাজ পণ্ডিট অসিদা নিংথৌনা সন্না কোম্নং দরবার হোলদা হায়থি স্বর্গীয় পাবুং মহারাজদা শিরবীরস্বা পুন্যাগী মশক ওইবা লৈবাক মীয়ামগী ভার ঐনা পুজরকপা চহি-৩৩-শুরক্ল। থুকতমিংতাই থাদনিংতাই লৈত্রবা মুংশি হৈতবগী থম থংলবা মতম হায়বত্ত য়েৌরবা অসি কাওবা লৈবাক নিংথৌ পোলেন লাকনা পুবা ওম্বা মী য়াওত্রিবরা উত্রা সংলেনগী থৌরম পুথোকপা মতাং মতম চাত্রিবরা পুথোকপিয়ু হায়দকরবদা কোইজম্বা পিবানা ইনিংথৌগী রাথংদি কোরৌদা কাকদে মালেমদা তাকদে হায়রহনা থক-থা ওল্লুরবা অরিবা মৈতৈ পুয়াগী পদম লিথুনবু অমুক মৌহোনমা পুথোক্লনা উত্রা শঙলেনগী পাঙল কন্নবা অমদি লৈবাক

নিংথৌ লোইশঙগী থৌ পুনবা কম্ হাপ্নগী থৌরম অমা তাং ২৬-৩-১৯৯০ হৈং লমতা থাগী নোংমা পানবা নিংথৌকাবা পুথিংকী অমুকা পুং ১১'০০ তাবা মতমদা সনা কোন্নুংদা পাংথোকখি মতদা মথ গী মীওইশিং অ'সবু লৈবাক নিংথৌগী থৌ পুনবা হাপখি ॥

N B. পণ্ডিত লোইশঙনা গোবিন্দগীনি উত্রা শঙলেন্না পাথংবা উমং লাইগীনি ।

১ । অ.কাইজম নোদিয়াচান্দ — রাজ পণ্ডিত অচৌবা অমাই পিবা কোঙ্কোং লৈকাই । পুরেল ॥

২ । মৈতৈ নিংথৌরেল, ওকেন্দ্রজিৎ হিজ হায়নেস ডি মহারাজ সনা কে'ন্নুং — য়াইতোংকম্বা ॥

৩ । ডা : মাইবম্ লে'ইযা গোল মেদলিস তেরা সাপম লৈরক । খুমন্ নিংথৌ প্রাসিডেন্ট ॥

৪ । যাংথৈ মযুম্ কুমার মৈতৈ চিংঙা অরাং কংলা পিশুম লৈরক । য়াইস্কুল লাকপা ভাইস প্রাসি ডেন্ট ॥

৫ । ছুইদ্রোম্ য়াইফবা শেন্নুংবা পুমনা ম'জবাদিক নো মৈবুং লমথৈ জেনেরেল সেক্রেটারী ॥

৬ । থাম্নিবম অথম্বা ( নিলামনি ) মৈতৈ নুরাম পাংলৌ পুখাওমোজ ওমথং সেক্রেটারী লাইগী থৌ পুবা অমাই পিবা ॥

৭ । লোংজম্ পোতোচান্দ সনা কোন্নুং — লাইগী থৌরম পুবা অমাই পিবা ॥

৮ । খুরাইজম্ থম্বৌ য়াইথোং — অমাই পিবা ॥

৯ । য়ুম্নাম চাউবা মৈতৈ থৌবাল, অথোকপম্—পাব্লিকসিটি ইনচার্জ ॥

---

১০ । নরসিংমযুম্ ওকেন্দ্রজিৎ সনা কোন্নুং মতাং পিবা নিংথৌ ॥

১১ । লোংজম্ যামশিং যাংগোই অতোম্ পিবা নিংথৌ ॥

১২ । থৌনাওজম্ কেসো এডোকেট থাংগম্পল্লি । লুরাং পিবা নিংথৌ ॥

১৩। ডাঃ মাইরম্ শোইরা গাল মেডাল্সি তে সাপম লৈরক্ খুমন্ পিবা নিংথৌ ॥

১৪। চোংথাম্ শ্যাম্ উদ্দিপোক মমলোই খোংনাংখোঙ খাবা পিবা নিংথৌ ॥

১৫। মোইরাংথেম্ পুতুন্ খুরাই থোঙম লৈকাই মোইরাং পিবা নিংথৌ ॥

১৬। লৈশাংথেম্ লালচন্দ চজিং পুরেরোম্বা মশাইকেন্। চেংলৈ পিবা নিংথৌ ॥

---

১৭। ময়াংলম্বম্ পাবন বা থৈ অঙোম লৈকাই, খওতংনা ঙাংনেক্তুরা ॥ লোনলোই তনবা (সেনাবতি) সনা কেথুং।

১৮। খোইশানাম থবল্ল মৈতৈ লোংমৈবুং শায়াংপল্লি, থাংতাংগী সেক্রেটরী।

১৯। কমৈতুন কামদেশান্ (কবুই) মঙাং য়েক সেক্রেটরী এডমিনিষ্ট্রেসন্ হৌ থুনাই ইনাং থৌশিল লুপ্।

১৯। লৈমাপোকপম খেলো রাজেংখোংনেন থেংবোন মতম য়েংবা মাপানগী আবুকী খাবোন খঙবা পাংজি ॥

২০। খাইদেম্ মংলেমজাও শুগ্রু শুগ্রু হনজা ॥

২১। খাইদেম মংলেমজাও খুরাই শজেংর লৈকাই হুরাইজ বুপা ॥

২২। বাংথৈমযুম তোনা মৈতৈ বাংথৈ বাংথৈলাকপা বাংথৈলাবপগী থবক অসি লোইমেশ্বম জয়কুমার বাংথৈ থংজম লৈরবনম্ কয়া থৌ পুই।

২৩। নিংথৌজম্ কুমার মাইস্নাম লৈকাই খুরাকপা ॥

২৪। বাংথেনযুম্ কুমার লেংবা মংকু যাইস্নলাকপা ॥

২৫। লৈমাপোকপম্ অমুজাও লৈমাপোকপম্ খুনজাও শগোল হনুজবা

২৬। আকাইজম কুমার কাকৈথেল মথা কোজেং লৈকাই অমাই পিবা ॥

২৭। পাঙলথম্ নরহারি খুরাই নিংথৌবুং অমাই পিবা।

২৮। মৈতানথৈসংবম্ মৈনো নোংমৈবুং অয়াং পল্লি নোংথোনবা ॥

২৯। তোইজম কেলি বাংথৈ খমালথোঙ্ শেনা লাইচা হনবা !

৩০। ওইনাম্ মৈনাশিং লৈমাপোকপম সাই শেল্লুংবা।

৩১ উক.পু মনমমুম্ স য়.ইমা উরিপোক লশোইখোংনাংখোঙ.
এ.জক্যুটিপ মেম্বর ॥

৩২। নোংথোলশম্ তোম্বা মৈতৈ খুমাই থাংজম লৈরক।
এক্জেক্যুটিপ মেম্বর ॥

৩৩। নিংথৌম চাউবা মৈতৈ কোংপাল্ খুন্ত্রি লৈকাই।
এ জকু্যটিপ মেম্বর ॥

৩৪। কাংজম্ ইবোমচা ইশোক ইক্জেক্যুটিভ মেম্বর।

৩৫। লংপোকলাকপম শামুঙৌ মৈতৈ কোজেং লৈকাই।
এক্জেক্যুটিভ মেম্বর ॥

৩৬। মোইরাংথেম্ সুরেন্ মৈতৈ কাংঙাবোং তোম্রন লৈকাই।
এক্জেক্যুটিভ মেম্বর ॥

৩৭। কাংজম নিংথেমজ মৈতৈ হেঙাং থোঙথোঙ. এক্জেক্যুটিভ মেম্বর।

৩৮। ক জন বিহেন্ মৈতৈ ইশোক। এক্জেক্যুটিপ মেম্বর।

৩৯। লাইখুরাম ইবোবী মৈতৈ মাংখৈ বৈথেল অশাংবী।
এক্জেক্যুটিপ মেম্বর।

৪০। হিজম য়াইমা মৈতৈ চিংঙাকহন তেজপুর পুখাও রোড।

৪১। অ.ক ইজম নবেন্দ্র মৈতৈ কোজেং লৈকাই।
এক্জক্যুটিভ মেম্বর ॥

৪২। ইরেংবম পর্থনা নিংথৌখোং মখা লৈকাই-অমাই পিবা

৪৩। লৈশংক নিংথৌগী লাইসিংগী থৌরম মথল মথলগী থৌরম লোনপুবা কেশের কোংখবম হংবম্ মরক ইরোম লৈকাই ইম্ফাল্।

৪৪। কোইজম্ ইন্দ্রকুমার মৈতৈ বর সেনাপতি উরিপোক ময়াই লৈকাই ইম্ফাল।

৪৫। পাসাসালাইমযুম্ নোয়েন্দ্রা মাংখৈ নিংথেম্ পুখ্রি মখা খোর মন্ত্রি অমসুং কৈথংবা, অচুম্ অয়ান ময়েংবা ॥

# য়ারেপ

লৈবাক লিংথোউগী য়ারেপ, মতুং ইন্না কংলা সনা পাথংবা উম -লাই উত্রা শংলেন্ কংলা ইম্ফালগী থৌরম পুখা লুপম্মা সংগ্লেম পুবা পুয়া লাইথিক "পাম্বী" কৌবা অসি অনৌবা লোনদদা ইপোক্তুনা ফোংদোক-খিবদা অথিংবা অয়েংপা লৈত্রে, পুথোকপা মীওইগী ওইবা য়ারে ॥

হুইক্রোম য়াইকবা—সেক্রংবা জনারেল সেক্রেটটরি।

অকোইজম নোদিয়াচান্দ মৈতৈ
রাজ পণ্ডিট অচৌবা অমাই পিবা
পুরেন। বোর্ডকী এক্তাইজরী
কংলা সনা পাথংবা উমং লাই
উত্রা সংলেন্ কংলা ইম্ফাল,
(মণিপুর)
তাং ২০-৪-১৯৯০ ইং

নমসিংময়ুম্ ওকেন্দ্রজিৎ মৈতৈ
নিংথৌয়েন্ পাইরৈহনবা
সনা কোঙ্গুং ইম্ফাল (মণিপুর)
উত্রা সংলেন তাং ২৩-৪-৯০' ইং
শাটিফু ২১ নি পামবা শগোলশেল্
নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ১১'০০ তাবা
মতম।

# লাংপুম্

পুক্নুং তৌলি পুম্নং,
থরাঙ্গী মরুনি খঙ্নদে ।
থবারবু তোঙান্বনি খঙ্নুবা,
ওনাবা মরম্বু ওইরম্মে ।
তাইবং মালং-পান্বু,
মংদা নংবগুম্, ঊহল্লি ।
তরংদা পাইম্বে খিনরি,
তাইব্রং ওইবা নোমন্নুনা ।
শিংলী তোলোম্দা উহ'ল্ল,
মালেমগী লৈমাঙ্গী থক'সিদা ।
পলেম পম্বো অনিগী
নুংশি থৌরী তত্তনবা ।
পু-পাগী লেংথরকপা রারাবু,
হৌরক্ফম্ ঈচেল খঙ্নবা ।
থম্মোঙ্গী লাইয়ুম্ নুংদগী
চোংলকপা লাংপুম ময়োল্লা
পাম্মল চাউথোইববু ওইনা
হৌরসন্নু মালেম্ লৈমায়োন্দা

কে. নোদিয়াচান্দ

| হিরম | লামাই |
|---|---|


| | |
|---|---|
| ২৩। ঈরেংপু লমচৎ অরীবগী মৈতৈ থৌরম্-লোন | ১২৯ |
| ২৪। ঈরম তরেৎ | ১৩০ |
| ২৫। লাইশোল্ | ১৩০ |
| ২৬। অনম্ অথৌ কোক্পা | ১৩১ |
| ২৭। তাইবং পানবা মপু খুরুমজবা | ১৩১ |
| ২৮। নাহৈরোল্ | ১৩১—১৩৩ |
| ২৯। লাই মঙাবু খুকয়া | ১৩৪—১৩৮ |
| ৩০। খুদা অহুম | ১৩৮—১৪০ |
| ৩১। লাই তরেৎ খুরুম্বা | ১৪১—১৫১ |
| ৩২। কংলা কোম্‌ংগী বারম খয়া | ১৫১—১৫৭ |
| ৩৩। লৈচিল্লোম | ১৫৭—১৫৯ |
| ৩৪। সুমিৎ থেনচং তরেৎ | ১৫৯—১৬০ |
| ৩৫। সুমিৎ সুমিংকী পোৎ পীহৈদবা | ১৬১—১৬৫ |
| ৩৬। থা ১২ গী হৌরককম্ থঙনবা | ১৬৬—১৭৩ |
| ৩৭। মৈতৈ লৈপাক্কী হৌজিক ফংনরিবা পুয়া মমিং মামদবা থরদং | ১৭৪—১৮০ |

# পাম্বী

## এল.হৌদৈংকী নোংতম আহানপা

তায়পঙ পানবামপ্ সিত্তপা নংকা নর্তিক নঙান-তনা পুম্নমকসী, ওইহনবলিপা ইবুঙো নংপু ঈথুং তরা মরা লুম্না ইচারক্কে থোজানুগায় ।। – থম্লাংপা রারিনে, ঈলেংপুরারনে থম্থেংলবা আরোয়বদগী ঈং আতুনা ঙেন্থরকপা ঈচেল আতুনা-লেংথা শম্থানা চেলথারকলিবা ঈন্থ পুরকঈ হায়পাকা থম্লাংপা ঈংলেং পুরারি হায়পাতানী, । অরং ঈংক মরুত্তকী মোংপা তুবেন্না তংতন চেলবা ঈচেলগুম্ ঙেন্থারকপা ঈচেল তংহৈদবা ঈচেল আতুগী মশক্নী ।।

তায়পঙ পালপা মপুনা কোরো অবাঙপাতকা মালেম্ আ স্বাতা মতোন থোরকপা মতোম্দাকা ময়োন ওইরকপা ময়োনতকী পাম্বী ওইরক্লাপা পাম্বাতাকা মউং হায়বরপা বাহাঈ অ্যাস মী আয়াম্বানা আশুম থঙনা রিপা রারেল ঙাহাক্নী ।।

চাংঙ্ খোইয়ুম শিদবগী সাইওন্দগী লাংঙন তায়ংঙ ওইরক্লাবা লাংঙন শান্নারকপাগী রারো লাইরিক অাসী, পুরৈরোম্বা চাতা সুথাং আঙোম্ ঈয়েকচা কোইচেম্ সাকৈ কোইচেম্ নতিয়াচান্দ এনা হৌজিক্কী মথক্তা ওইরম্বা নিংথৌগী

## পাম্বী

হাক্তক্তা নিংথৌগী রাজ পণ্ডিত অচোবা আমাদি চিংজম্ লৈবাক্ নিংথৌগী আমাই পীবা পুরেন ওইনা লৈবাক নিংথৌগী থবক্ থৌ অয়াম্বা পুরিইগুদা, নিংথৌগী উপু তাবু ফুংদগী লৌথোক্লাগা ঐনা মৈতৈ ময়েকতগী ময়েক অক্নমক মান্ননা সিংথোক্লাগা পুরকপা "পুয়া, লাইরিক্কি।।

মমিংনা খয়াংপা ঈলেং পুবারি পাম্বী কৌঈ।। মৈতৈ ময়েকতগী অনৌপা লোন্দা বেঙ্গোল্লা ময়েক্লা সিংথোকলকপা।। কে নদিয়াচান্দ মতমগী এ কে আকোইজাম্বা পীবা।।

মতমদুগী থবক=কংলা স্না পাখংবা উমংলাঈ উত্রা শুওলেন কংলা ইম্ফাল (মণিপুর) পোক্লফম্ কাকৈথেল মখা কোঞ্জেং লৈকাঈ ইম্ফাল।

লাইরিক অসি ইথোকপগী মতম লমন্তা থা নোংমা পানবা ফুমিৎ নিংথৌকাবা অয়ুক পুং—১১ দা।
তাং ২৬ | ৩ | ১৯৯০ ইং।

মতাং অহানবদা

## অহানবা লাইকোক্কী মিংথৈ ঃ—

চয়ি হয়া হে থোইয়ুম্ য়াইবীরেন্ শিদবা য়ারা কোন থাং-শাগী নমু পোংথোক মথং-লেংনা থেন্দম্লক্পা থিলেন্ উ লৈ নুংঙগী লাবা থিয়াং থোক্লা ললহৌরক্পা সনা কোন্-ফুলেন্ থোইয়ুম্ সরি সিদবা অমম্বু পুথোকপিবা মালেম্ ঙানবা হৈরোম লাইমরু সিদবনু হন্না হন্না থুরুম্জরি।

চহি ১২.০৩.৩৩.০৯৪ (কোটি তরানিথোই লাখ মঙ্খা লিশিং কুন্থ্রুমদোই মরিফুতরা মরি) পোইরে লৈবাক অনিনা ওইরকঙৈগী মশীংনি হায়না থুম্নুং ইঙান্ লৈসাবা পুয়াদা য়াওএ। মসিগী অক (চহি) মশীংদি :—

হয়ি চক — ১৭,২৮,০০০
হয়া চক — ১২,৯৬,০০০
থুন্নুং চক — ৮,৬৪,০০০
লাংবা চক — ৪,৩২,০০০ +
৪৩,২০,০০০ কো হংকো
× ২৭
৩০২৪০০০০
৮৬৪০০০০
১১৬৬৪০০০০ চক অহুমগী
+ ৩৮৮৮০০০
১২০৫২৮০০০
৫০৯৪
১২,০৫,৩৩,০৯৪

অমেরিকাগী ইতিহাসতা ইরম্বদি চহি ৬৫০,০০,০০০ (কোটি তরুক্ লাখ য়াঁখৈ) গী মথক্তা য়েলহৌগৈ লৈশেঙ্লক-পগী পুন্না লাইরিক্ জাতি জাতিগী চৎনবী মাগী মাগী লৈনখ্রে। অসুম্বা মতম্ মতমগী অমসুং লম্ লম্গী জাত-শিংগী চৎনবী য়াম্না শীংপুল থন্না লৈনরিবনি।।০॥

খুনথোক লৈশেমলোন্ নম্মুমিহৌবা তাঁয়বঙ্ মৈহৌ-রোন্ অনচি ক-হংকো, থোই হংকো, তৈয়ো হংকো, পোয় হংকো হংকো মরিগী লাইথেক্ ঈয়েক্ লাইরেক ঈথৎ তুথুপ্ লাইরক্ লুতিন্ লাইরকচল্।

হরি-চক, হয়া-চক, থুনুং-চক, হয়ি লাংবা কোন্না ৪ক্ চক মরিমক্কী লুতিন্ লাইরক চল্ কঃ ম্না পুঙময়োন্ কুরম্ ম্না লৈময়োন্ খোইয়ুম্ লৈহৌ পুঙময়োনগী তাইবং চৎলম্ লুতিন্ পুরারী লৈয়েনবা পুন্না বাহৌনবা লোনচৎ অসিবু হয়ি চক্তা শুবদি অবাৎ পলসা য়াইবালেন্ থেক্রুৎ চিংলেন্ লৈফম্বা তাইবং মমু লৈফুলেন্ খুন্দা অহানবা ঈরিক মপাল্ থাবীরকপা নোংথৌ মতুঃ লিংবারকপ। মমু তাইবৎ লাইগী মশক ওইবনা মমুম্ থুন্দারকখৈঙো নোংদম্ থোদা থৌপুনা তাকঙম্বা লাইগী লাইয়েক লুতিন লাইরিক সাখাই য়েলুপ সাখাইনাইনা লৈখায়ত্নুনা লাইয়েকপু শেমগৎ শাগৎলগা হৌথিবা লৈঙমথরবা পুন্নাবু নিংশিংপরম থৌপুজবা ওইনা লাইরমলেন্ মীরমলেন্ তুংনা মথৎ লেংনা থৌত্ত্র মুংপাক্তা

ইচুনা মখুৎশু খুৎলাই ওইনা পাইরগা কৎলৈসনা পুঙম-য়োনগী লৈশম্বা ময়ুম সাথাঙ্গ তরেৎ লৈকম তরুক্কী অসাই অসম পোইরে ফাৎথিবগী মহে মাশিং হৈনবা হোৎথিবা পুরাবু থোকাওদনবা থৌরম পুম্বা তম্বীনবা ওইঙমনা চাঁংঙু ইবুংঙো তাইবং লাই (নোঃ) লাইয়েক্কী মশক্তা ওইবা তাহবং তরেংকী সাকোক মঙাং য়ুমগী তাইবং পিবা পাখঙ-বনা তিম্ন লৈথম্বা লাইমিংপু ওঃ হায়াচংপা হায়ফাহিং কোৎবা কোৎনা থাগোন্দুনা লৈথম্বাবা পুয়ানি। কৌব্রু চিংগী লাইনিংথৌগী মমিংদি কৌব্রু চিংদা পানবা মিহিং-শাবা কৌব্রু লাইরেন্ সোরারেন্ কোই। মমিং অসি লৈথা কৌবা পুয়াদা ইরম্বনে।।

তায়পাঙ পালপা মাপুকী-মিৎ য়েৎতকী নোংমাইচিং পোকএ। সাইওন - ৫১ - অনলে, লাংওন—৫১ – পোকএ, – । সুপনা ১০২--তানে - । মিৎ ওইদকী নিংথৌ কাবা পোকএ,- । সাইওন - ২৮ অন্লে, লাং অন্—২৯ - পোকএ,- সুপনা— ৫৭ – তানে। নাকোং য়েৎতকী লৈপাক পোকপা পোকএ—। সাইওন—৩২ - অনলে—লাংঅন ৩১ পোকএ,— । সুপনা ৬৩ – তানে,। নাকোং ওইতকী য়ুমশকৈশ পোকএ—। সাইওন ৩৬—অনলে—লাংঅন্ ৩৬—পোকএ,— । সুপনা ৭২ - তনে। নাতোন য়েংতকী সাগোলছেন্ পোকএ - । সাইঅন ৪২ – অনলে—লাংঅন ৪১ – পোকএ,— । সুপনা ৮৩ তানে। নাতোন ওইতকী ঈরাঙ্গৈ পোকএ, - । সাইঅন-- ৪৪ - অনলে,। লাংঅন ৪৪ - পোকএ,— । সুপনা ৮৮ তানে।

খোনাউ তেংখন্তাকি—থাংজো পোকএ,—। সাইঅন—৩৭—অনলে—লাংঅন ৩৬—পোকএ,—।। সুপনা—৭৩—তানে ।।

তায়পও পালপাকা মপু পোকলেন্ পোকপা আসিনা আতিংকোকপু য়োমমে পোকএ —। আতিংকোক কুরু সিদপানা অমমপাপু—য়োমমে পোকএ,—। আমহমপামা নুংসিংপু য়োমমে পোকঅ,। নুংশিংনা ঈশিংপু য়োমমে পোকএ, —। নুসং—ঈশিনা চাইনা পাতকী "মৈ" পোকএ। মৈনাঙ্গ বাইনাইপাতকী ফমশন্ লকতুনা লেককা মতুম কুমলাপা মালেম লৈশা ওইনা লৈপাক লৈশা পাকথোক চাউথোক লকপতকী লৈপাক লৈমানা মরাতবা কোপানে, মরুমতকা অনপনে পালেম মমানা পোকপানে, সাধে—৩—আসপু মিদা মমিং মান্‌না হনলাকা অমংঙা ওইনা খম্বীরমলে মালেম আসিত ।।

তায়পও পালপা মপু পোকলেন লাইনা আতিংঙা তরং ঈপাকতকী লোয়ননা পুথারকতুনা আহাংপাতা থমমে হাইপাকা আতীয়া সিতপা কোএ, আতীয়াপু নোংপোক্ স্নাংখা লৈহনলে ।।

তায়পও পালপনা খও-ওমদবা, মালেম লৈলয়োনগী—অবাং কোরো নোংমতোন আসিপু লৈতরিউে আমম আঙান ওইরিপা চীংঙ সিতপনা আতিংঙা তরং ঈপাক য়াইদা মরন মমুম ওইনা লৈচিন পোমাই হাঙনা পাইমা মনিংগদা

স্নাতাংপল ওইনা ফল্লাবগা লাইগী মরী য়েং-নোংগী মরী খ্বনা তারপগু পুন্নমক্কী মমা সিদবী লঙৈরী নেংলি শুবী মতু মযান্না খোয়্বনা নাপী শীংবা ওইরিবী নমু থরাঙ্গ-মী পোকপী মালেম লৈংথরেন লৈপুনবী সিদবীবু পায়গা উনকোই মুংদা পুসিন লাগা-চাংগু মহাক সাংদগী লমহৌ নোংহৌগী হায়ি পীনা মিংহুনলে। পাইমা মনি-শাদগী বাকলেন তোং মাইগী সিদবা আমাশু চিং থোকলক্লে হায়া কৌনা কোলোই মাগিং থোনলে। থোইমুম সিদবনা হায়ি মাগী উনপী পুক উনক্লোইক্লংদগী মপারী আমাশু শাফোংলল্লাবগা হায়ুম্ কৌনা য়োই চান্নাবে — ।

হায়িগু লহান্ নোং লাইচা ইরৈ চন্দা ম্যালং মথিন্ লাইদা থমকোন মরাও হৌদ্রিগুকী কোয়ৌ নোংমাতোন্ আতিংগী তরংদা চিংগু তায়পগু মপু সিঅপাকী পায়মা মনিং সানা স্নাতাংপন ওইনা ফমভল্লা লৈগুতো কোয়ৌ করম্না নোংহৌ সিপানো ? — মালেম করম্না লৈসেম্ সিহনো ? হায়না নিংথল্লাবদা থোইমোম পায়মা উনকোই মুওতকী থোইমোম লাইরেম্মা মালেম্ লৈকোইমুংদা নোং-লাবীপু তকুপ, তকুপ, চেংলো মিংলোক্লারে। আশুমনা চেংলো মিংশোক্লারপাতা তায়পগু মপু চিংগু পায়মা উনকোই মুওকী মুগুসিং মালংথোঙ শমু য়েংলমকী থোই-মোম্ লাই নামুংপা আমাপু থামপী মৈরিক চোংপাফুম চোংথোক্লক্লে।

মালং নুংশিংথোঙ ওইরমকীসুং চিংঙু অমা ইতোম-লক্লে। খোইমোম্ লাইনিংথৌনা ৱাহোম্ চক্লে। পারি মংপু লাউওঃ। শমুঐকী মালং য়েংলম্ থোঙকী খাংপা মৈয়াঙ্গী লিক্লুম্ নংতী তায়পঙ লোংশা পানকাপু পুঃনা সেনপা লৈন্তনা মালেম্ লৈহৌলারলাউ। আশুমনা খোন্ লোঙ্গী মমিং থোঙপু আসাপাওঃ মিংথোনখিএ॥

পারি মালং ওইরম্ থোঙকী উনৌ কোনতে কোন্না হুনপা নংতৌ পায়মা উনকোঙ্গী নুঙত্তা তেথোক কোসিল্লা পালখিজাখিরে শাতুকাপু কোনচিল তিংথোক পাওঃ কোএ = ॥

মতৌ আশুমনা মপারী তরেং মক্লা ফোঙ ফোং ফওু-রক্লাবদা তায়পঙ মপু সিতপানা লাইজ তরং ঈপাক আসদা মালেম লই শেমগে অরাং কোরৌ নোংলিংগে হায়বগী মপারী আতীয়াবু পাউ কোরবগা লাংলেন্ কোংয়াং ৱা-পিহন সোয়রেল্ লয়থৈ হান্না হুনপা নরাং লাংচেং নথোক লকপা নঙপু খোইয়ুম নয়েং য়েংহৌকী তেংথান্না পারী নতোম মালেম্ লইন্নী চিংনা কোরৌ নোংহৌজরুওঃ। আশুম্ হায়না শকক্লোঙ্গী চিংনা য়েংনা চিনকোঙ্গী পাউমেম-পপু নাতারবকী লৌসিং মথোঙ খঙত্তা উনপী পুক্লিং ওক্ পাইমা ল্যাইনিংসিংপু লুতাথোঙ লাইজা ঈরৈ চমগুম্ পুক্লিং ৱাচুম্ খঙত্তা খোইয়ুম্ কমাগুম্বা সিংনা মালেম লঙ্গীহৌ ওমতাপাপু ইতোম করম লইশেমসিবনো? থল্লিঙৈত্তা।

তায়পণ্ড পালপা মপু সিতপানা মপারি ৭ মক ফংজ্রবগী হারাওড়না হায়রকঙ্গ পারি অহানবা আতিং কোক নংকি নমিংতা ঈয়ু কুরু সিতপা হায়না কোরমলাকে, — য়াইমা আতায়া নংকী নমিংতা আতীয়া কুরু মান্ন সিতপা হায়না কোরম্‌লাকে, পারি অাসিপা নংতী নম্মিংপু হায় লাইগরু সিতপা হায়না মিংথোল কম্‌লাকে।

ইপাত্তী নখোঙ্‌ ৩-কী নরুম্‌ থুপনা লৈরগে, নখোঙ্গ ৩-না থোরম্‌ মরম্‌ পুন্নমক আনংপা মতুং ইনলা কোরো নোংহৌরো মালেম্‌ লৈশেমলো নমু তায়পণ্ড পুথোকলো পন্থপা মাইকৈ মরম্‌ চান শেগগং সাগৎলু হায়না মরম্‌ পুন্নমক্‌ মপারি ৩-তা সিননারমলাগা, থুপথারে তায়পণ্ড মপুদী, লাইলৈপাক্‌ কোন্নুংত ॥

তায়পণ্ড মপু মহাকুত্তী চিংঙু খোইম্লুম সিতপা হায়না খঙনা থারে. লৈসরেল লৈপুনবাবু খোইমোম্‌ লাইরেন্বী সিতপী হায়না খঙনা থারে ॥ মপারি ৪দী খোইম্লুম্‌ লাই-য়ামগী অানংপা মতুং ইন্না লাইসিংগা লোইন্না চংথিড়ু। থবক থোরম্‌ থুতিংকা লুচিং পীবা ওইনা থোরম থোরম্‌গী মতুংইন্না কোইনা চৎখে ॥

---

মতাং অনি সুরকপদা

## লৈরোন্ নুঙলোন্ শেম্বা

থাবাইকা মঙান্-৮০০০-না মনিল-১-ওইপা য়াইপীকী মশক ওইপা মানল-৮০০-না উফুল্ আমা ওইরকপা উফুল -৬০ না মরিক্ আমা ওইরকপা মরিক্ ৬০-না মসুং আমা ওইরকপা মসুং ৬০ না মচেৎ আমা ওইরকপা, মচেৎ ৬০ না মিকুপ্ আমা ওইরক্লী মিকুপ্ ৬০ না পুং আমা পুং ২৪ না নোংমা, নোংমা নুমিৎ ৩০ না থা আমা থা তরানিথোইনা চাহি আমা নুমিৎ ৩৬০ না চহি-১-ওইরিপা আসিতাকী য়ুহা হারিপা মতম খংকে হায়রপাতী নুমিৎ ৩৬১ কী মনুং-তাকী থারপোন কোৎপাতা পুং ২৪ কা মিকুপ্ ১৮ না নোংমা শাকানী, পুং ১-তা মচেৎ ৩০ কা মসুং ১৫-কা হাপ্লকা মিকুপ্ নাঙ্গুম পুংকুপ্ য়েংনা থারপোন্ হোংলাকা খঙপা ঙমকানি ॥ লৈরোন্ নোংলোন্ শেমপা হৌরকপা-তাকী চৎথারকপা, চৎথারকপা হৌজিক্ মতম আসিফাওবা তা চহি কোটি ১২ কা লাখা য়াঙথেকী মথক্তকী পূ-পানা য়ানাপা "পুয়া" লাইরিক সিচিলনাবকপাকী ঙুতম্ চাংদম্ ফঙঈ — ॥

চৌংঙ্, খোইমোম্ লাইয়িংথৌ উমলৌ য়াইপিলেন সি-
ঙপা য়াব্বা-কোনথাং শাকী নমুপোকথোক্ মথংলেংনা-খেন-
তম লকপা থিলেন ঙাংলৈনুঙতকী লাপা থিয়াং খোল্লা
লংকোরকপা খোইমোম্ য়াবা মখোনক্লেন লাংপল খোইমু
খোনত্তানপানা চেংলৌ মাইথোং ঙইনা ঙানপা মালেম্
মপুঙল্ক হৌরকপা স্না কোনফুলেন মালেম লৈসীরক্লী
স্না তোননিংথৌ কোরৌ নোংমাতোনকী আবাং নোংনিংথৌ
মচা য়োইলেম্পা আপোক্ চাত্তা লাইহুঙ্গী হৌরকপা কোরৌ
মালেম্ আনিকী খোইমুম্ সারক্থাইপা ॥

য়োইমায়াঙ্গী মুমিৎ স্না খোম্মতোন্ তাওরোই লাইত্তা
য়াল্লিপ্পা লাংপন্ তোস্না তৌরিক লাইপু ইমু মাচেং খোল্লা
থাপী সে-কোইলেং আপানপাত্তা স্নাতোনৌ হুনপা মোমন্ম
থারাঙ্গী য়াইপী আপকমা পুম্নমকপু লাংপান্ কাউরেন্
সেনপা কুম্ আপোক লিহুঙ্গী নোংতমপা ॥ মোমন্ম পোন-
সেনপা থারাঙ্গীমিং মাপোকপা লাইয়িংথৌ ॥

য়োইমা য়াঙ্গী তাওতনপা থাকী নহা সাফাবা মুমিৎ স্না
খোম্মাতোন চোইনৌ স্নাহনপানা মালং ইপোম লক্তা মালং
ঙ্গীচক হুনলকপাত্তা মুমিৎ লৈমা মশানৌ শামন্দ্রাঙ্গী লাইরেম্বী
মথংলেন থিনতোন আংতানপী স্নাখোংনাং লৈমা য়েংতুনা
মুমিৎনা হায়খী, । পোইরৈত্তা খিব্বসিংনা আকাওবা লৈতনা
নিংসিংনাপা ঐকী ইমিৎ খোল্লাকে। আসি হায়তুনা মিৎ
খোন্ তরেং শেমলে, মপু মহাকতকী নিংসা পোকএ।

নিংসানা শেলমরি চুপ তরানিথোইনা মিকুপ্-পোকএ ॥ মুমিৎনা হায়খি. মুংকাং নিংথোকী মমোম্ স্মাথো না চন্ন লৈমা পান্নাপাতা কম্—লাওপাতকী মরুম্ তরেৎ কোবঙ্গী। পুংনা য়ুথক্ পোএ। মরুম্ তরেৎ আতুনা মচা বুঙ্গা পোকএ—। য়ুথক্না নোংমা পোকএ-। আতুনা অ যুক্ত মরুম্ তরানিথোঙ্গ কোবঙ্গী। নোংমা আসিনা বুন্ডানি সুরকা মরুম তরানিথোঙ্গ আতুনা মচা অমা ওনখে। মাশপু অমা হায়না কোরসন্নু। অমা কুল্লা শুপাস্থ মনিং থং অমা হায়রে। মশা তরানিথোইনী থা-অাতু তরানিথোইনা মা হৈ কুমাশিং চহি—অমা কোরে। ময়োমনা মরিনী মধা তরা-নিথোইনী। মনা চল্লুম্ চুম্ফুতনা ॥

লংমাঙ্গ নিংথৌ-লৈপাক-য়ুমশা সাকোন্-অারাঙ্গ থাং—মুমিৎ চয়োন তরেৎ—খাসিকা লোইন্না সাফ্ৰু-কালেন ইঙা ঈওেন্ থবান্-লাংপন্-মেরা হিয়াংকৈ—পোইন্নু বাকচীং কাইরেল (—লাইতা—) লংতা। মুমিৎ চয়োন তরেৎ লোইতাম থাজ তরানিথোঙ্গ লাংহৈ কুমাশিং চহি সাকৎলক পাকী মিংথোল খোম্বোক আসী, ।

মথাকী থারপোন আশিতকী থোক্লখিপানী হৌফম থাপা মখাই থাও কৌপাপু খোইয়ুম লাইমরূ সিতপানা পোইরৈতা নমু পোও ওইপানা চানা থক্লাপা মহৈ মরোং পুমনমক মালেম হৌরকওঁতা থারে। মরূ পোকখাইতুনা মরা মরি

চৎনা মপাল্ কারে। হায়পাকিতমক থাপী মথাই থা লমতা থা কৌএ—॥ —২—চিনপী সাচিফোঙ্গ থা ওইখিপা খোইমুম লাইমরু সিতপানা মালেম লৈওইপা কোরো নোং-ওইপাকী চিরেন লাংয়েং মাপানপু মচি পামফোঙ্গ থা কৌএ— ॥

৩—কাম্বী কালেন—থা ওইখিপা ঈয়ুরা চিংখোং পোইরৈ তোনকী মপারী তাপুং সিংমিৎনাপাতৌ আমংসিং কুমলে। আতু নোংকী নোংচু নুংসা খৈরে আতুকী কামপা কালেন থা কৌএ=॥—৪—আসাও ইঙা থা ওইখিপা চাংখোং পোই-রৈতোন্না মপান্নী ছাংতাপুং সিংমিৎনপানা আমন থারৈ কুম্পাতা য়াইপী মনুঙহৌ তিন্নাং মখোঙ্গ সাওনা বাওইংএ, আতু নোংকী আসাও ইঙা থা কৌএ = ॥

৫—হায়ি ঈংঙেন থা কোপাতী তাপুং সিংমিং নপানা আমন থরৈ কুম্বাতা লৈনুং খোংঙারেন আহানপানা, চাংখোং পোরৈতোন পাথোনা রারমলাকনি আমুক্ক মালেম খুন-ফাওখিয়ো হায়না পাওমেল্লক্লে। আতু নোংকা হায়ি ঈংঙেন থা কৌএ = ॥ ৬—রানতৎ থবান থা কোপাপু খোইমোম লাইমরু লাঙ্গসিতপী লৈমালেন্না হেঃ খোইমুম লাইমরু সিত-পা ওঃ পোইতা মরুপ্ ওইপানা নংকী শমু হকসাং উনপী মচেং হকপু পুওমতরে হায়না তৎনা বানা থাংঙমমে আতু নোংকী রানতৎ থবান থা কৌএ—॥

৭—আচিৎ-লাংপান-থা ওইখিপা য়িয়ুরা চিংখোং পোইরৈ তোন্না মালেম খুনফাউরকউঙা খৌতু নুংখোং হাংউঙতা

মপানিপু চিংথারক্লে আতু নোংকী আচিৎ লাংপান্ থা কৌএ – ॥ ৮. আরৈ মেরা থা কৌখিপা কৈনুং থোংঙাগ্লেন্ আকনপানা তম্পং সিংমিংনপাতা পাওমেল্লকএ, ॥ নংন্ চীং-খোং পোইরৈতানা পৌতু নুংথোং হাংদানোং খোইয়ুম্ লাই অানিপাপু িংখোং পোইরৈতো মিরোকপানা রাকল-না শকলো ওঙ্গৈ হায়না মশা মরেং পাইতুনা মেংলকয়েং আতু নোংকী আরৈ মেরা থাকৌএ ॥

৯—চৌংথম্ হিয়াংকৈ থা ওঙ্গৈখিপা থেইয়ং কৌপালেন লাঙ্গ আসুথানা মলেম লৈশেম নোংশেপা হোয়কইতা মালেম্ লৈরঙ্গ থানলেম্ কৌপাপু চিংঙু মপুরেন্ মানু পাতা থম্না চিকন থনম্লো অতু নোংকীপু িথম্ হিয়াংকৈ থা কৌএ—॥

১০—উনথম্ পোইনু থা ওঙ্গৈখিপা মপু নিতপানা ইপারী অতম নাংপা তা এরুকী হীতক কানা থংপাকে লেংকে হায়না করুম্ হিজাকা শাথোক্লকপাতা মপারী আমাংতা থংলগতে, মপারী খোমাতোন অতোনপানা থংলমনে। উনদী পুক্রিং চেংনা থনম্লো আতু উনথম্ পোইনু থা কৌএ = ॥

১১—ব্রাকচীং নিংথম্-থা কৌখিপাতী খোইদুম্ সিতাপানা খোঈমোম্ লাইরেনমাতা পোইরৈতা নমুপোং ওইপাসিংকী থবাঙ্গ নিংসা হোল্লিপাপু নেংহত্নুংঙীবে হয়ংকী কৈরাং থুপ-লাং লাংপাপু তাওঃ হুইরাং সোনপাকী চিংঙু হুকসাং লেন-কীপু পুংঙাতপাক্না থাংথোকপে। খোইয়ুম-লাইয়িংথৌতী

থ্যাবা হুইসোন্ লাংখিরমমে আতু নোংকীপু রাকচীং থা কে এ = ॥

১২- [illegible] কা আসিং ফাইরেন্ থা ওইখিপা খোইয়ুম্ লাই- [illegible]থা। তায়পঙ মপুনা তায়পঙ মনুঙ ওইহনকে হয়েং হাথা- [illegible] হায়[illegible]কী, পাইমা মনি সাপু শমথানা য়াইপিরেন্না [illegible] [illegible] [illegible] নৈনেম্ থক্কা থবাঙ্গ পুম্নমকপু মালংয়াইপী [illegible]নিনা লংনা সাংপা হুনচিন্নক্লে, আতু নোংকী আসিং [illegible] কা ফাইরেন থা কৌএ = ॥

[illegible] আরুপা ইপুরা আচেৎপা রারম্ লমতাং সাং- [illegible] [illegible] রারম্ [illegible]পু হেন্না থংকাতপা আমা লৈতরে। [illegible] সিঙ্গারমপা-পালেম্না য়োকপীপা তায়পঙ পানপা মপুক্[illegible] [illegible] তঙ্কী চেন্থারকপা ঈাক তুংনা ফমতী। ইমা [illegible]তা [illegible]পু সাচেফোঙ্গ-থা হায়পানী। কালেন থা হয়[illegible]তা হনা পিনুকনুঙতা কা মাপন য়াংপাপু কামপী কালেন-থা হায়পনি। ইঙা থা হায়পাতা ইমা পুক্নুঙতা ঈনা [illegible]ঙাই সাম্নাতুনা কা মাপানতা চংলকপাপু ইঙা থা হায়পানী। ঈঙেল থা হায়পাতী ঈনা ঈফম চংনা ইংথা লকপাপু ঈঙেল থা হায়নাপানে।

থাবান থা হায়পাতী ঈনা থোনা হাপ্নপু থরান থা হায়- পানে। লাংপন থা হায়পাতী ঈনা থোনা ফানা মহি লাং- পাপু লাংপন থা হায়পানে। — মেরা থা হায়পাতী ঈনা

মহি লাংনা নৈরমপাতকী ঈনা ফমচন লকপা ঈমেংথারকপা ঈংথারকপাপু মেরা থা হায়পানী। হিয়াংকৈ থা হায়পাত ঈনা হিনাও সানা চংলকপা পুক্লিং লাংপপু হিয়াংকৈ থা হায়পানী। পোইন্ন থা হায়পাতী ঈনা ইরেন মাপনতা লম পোইনা কা মাপলতা চংপাপু পোইন্ন থা হায়পানী। রাঙ্গ-চীং থা হায়পাতী ঈরেন মাপন্ চংলকপাকী রাপাপু রাকচাং থা কোএ—। কৈরেন থা ঈরেন মাপন্ কী অারোইগা থোংতা থোক্লুগ্ তাইতা কৈনা নৈপাপু ফাইরেন থা কোএ—। লমতা থা হায়পাতী কৈরমপাতকী য়ুংনা তাপাপু লংতা হায়পাতাকী, লংতা থা হায়পানী। হিয়াংঙৈ পোইন্ন রাকচাং কৈরেন লমতা থা মঙামক্লা ময়ুংনে। থা মঙা আসিদা লাব-নে। সাজিফু কালেন ইঙা ঈংঙেল্ থবান—থা মঙামক্লা মকৈনে থা মঙামক্তী আমোমনে গেরা লাংবন থা আনি মকুতী আমোম লাবা আনিমক ওইবানে।

থা মাপননি পানবা থা হুম্নী পানবা—থা মঙানি পানবা অহুম আসিদী ময়ুংনে আসিদা লাবনে মিনী পানবা হুরক্লী পানবা মরীনী পানবা অহুম মক্তী মফেনে। মহাকতী আমোমনে॥ নোংমাইজিং নুমিত্তি ময়ুং মফৈ ওইএ॥

মতাং জাহুম্সুরকপদা

## পম্হৌ-কাদা

অসিপা হায় কৌবনা-খোইয়ুম্ সিতপা কুরুকী কোলোঙ্গ ময়াথংসুং করম্না মাংেম্ লয়দা তানা কোরৌ করম্ নোঙ্গাহল্-লকাসবনো ইপল্ লাই মরুগী মতিক্ আরুবদী থওলুওমদবা অাডুনে। চীংঙু মথৌজাল্ খোইয়ুম মরন্কুগী লয়নিং নোংলিংঙম্ডৈওনে। ইপল স্না মথোঙ থাদুম্ নিংজগে হায়না থম্মোঙ্গ মাগী লৈত্রেং লৈকান্নুওদা উনবা পরে চেংনা লন্শাজবর চেংলো মিংথিংলবগী মপন্ সিদবনা মুংাস পুক্লিং পেম্লবগী চীংঙু হকচাংন্নুংদা লৈরিবা লয়গী মরী, নোংগী মরা তুখোং, লয়হৌ-নোংহৌ ফম্নী কাইকম্ কোম্না য়াইথা, ইয়াংথোনি লংকু লয়রাই চাকশঙ্ খোইবুং চেকাই মৈতাল্ লয়চেং কংপোং মীপোং য়াহিপ্ চাক্চা য়াইওই কোনওই ময়ুং মখৈ পরিং লাংশঙ্ শা, ও, তীল, কাং, য়াহৌ মোক্কোচেং হারৌ খোংলি লাউরিবা পুন্নমকপু চেংলো মিংয়েং শানথৈহন্নবগা হুংকার চয়রোইননা উংকার থুংশিন্ননা অমরক পাউমেনখিরে।

হে পারী ওঃ! নংবু মালেম শিনবা থুংনা তাইবং থুনৌলিংও অসুম্ কোলোঙ্গ মমিং থোংবু পারী অসিবা কৌনা থৌশিরক্লে– ।

খোয়য়ুম্ অহলবসু মপল মখোঙ্ খাবু পুক্রম্লগা পায়মা পিবুক্ হদা হক্তার অকার মপুং লাক্লা মরয়াতোন্না চামলোলাগা লৈকা-ওই থুজিল মোইতোন্না হিন্তুন্ য়াইহুনুতম্ পায়মা মনিংশানা পরিং লাংশঙ্ হুন্ মুমলাং চুপালেন্ ম্বুং পুন্নাং চিরোল্ চান্না মালেম্ লয়রীং খৌরিভৈদা মশানৌ উনৌ কোন্দে কোন্না-হুনবা চৌংঙ্ অতোনবনা ইশাবা কারি মদোম্ মালেম লয়শেম্ল্ গবনৌ হায়না উনবী মন্তুং হৌ তিলাং মাখোই-শাওনা লয়াথনখায়রবগী লয়হৌফাদরে হায়দবরা ?

মশাবী অহল্ বদি করিনৌ ওন্থোকএ হায়না অকি পুক্রিং চঙ্ অমা শোনথৈনিক্ তা্জা মরাইবকপু শমু মখুৎনা নম্না কুরু থুয়ারেনবু ঊন্দাম্লক্লে । ইপল সনা নয়াথংবু পুওমদার । মালেম লয়াথনখায়বনা লয়হৌফাদরে হায়না তাংজা মরাই-বক্পু নম্না পুক্রমজববু অতিংঙা শিদবনা য়াথং অমেঙ্বনা পাউথেমখিয়ে।

পারী নউবু নতুন। খোইয়ুম করমনা কোরৌ নোংলিং-গবনৌ ? অমা শোনথৈ নিক্হিগুনৌ ! লাংচেং অমরক্ ওন্দেখি-ও !

অসুম্ থৌশিখিরবদা চীংঙ্, মহাকশাং থুংকাং চাংজৌ তরামা তমপা থুংনিংথৌ তোনপোক্‌পীদগী থাম্বী মৈরী-তোনগুম্ তাথোক্লে হায়বগী য়োইবু কোলোয় মমিংথোংবু, মৈরী তোমশাংনবী মৈবী হানদো·বী তমপা নোংথাং লৈমা মিং থোংখিয়ে, অসুম শান ফোং হল্লবগা তিনমেনখিয়ে।

নংল শ্রেণী ইয়াথংবু তাঙজা লুদ-থোংনা থৌনরুও। নচ্চ নিংথৌ চীংঙ্ অশিববু শিদবা ইতিনমেনগী মালেম্ লয়-শেমখিববু মালেম্ লয়থিন্ থায়বনা লয়হৌফাদরে হায়রে। ইমোম্ নঙদি নচ্চ নিংথৌনা লমশেমলি ঊৈদা লাইজা ইপাক-থক্তা কোবৌ চুমিথাং থানগুম্ নমু মীপুক ফৈনা মুল্লুরাও। অসুম্ পাউমেল্লমগা য়োইবু নোংথাং লৈমসুং লাইজা ইপাক-থক্তা তমপা চেংলৌ মিংপু লংনা শান-ফোংলরে হায়দবরা?

অসাইউৈগী থোইয়ুম্ অশেংসুং সেকমোন্ কায়বী লীবু পরিং লাংশং থা উকাক্ মায়থোং য়ান্ চুপলেন্ থুত্তাসু থোংফৈ চিরোন্ চান্না মালেম্ লংমি তমহৌরে। চীংঙ্ লয়থিন্ থায়বাসুং য়াইবী কংহৌ নিক্তা অমরক লয়থিন থায়গে হায়না লাকপবু অসাইউৈগী মৈরী তোমশাংনবী মৈবী হান্দোংবীবু তমপা মিংপু লংনা মিংশোক্রুবগী উনবী পুক্লিং ওক্তা শায়মা পিপুক্ শুয়বগী য়াথং মুংশি রামা পাউমেনখিরে।

হে নুজা চেংলৌ শক্লেঙ্গি চৈনবী। লাইজা তরং ইপাক-থক মংসদা কোঙ্গোল লাইজা ইফুৎ ফাওবগুম কোং কোং

ফাওনা তমপা মিৎপু য়েংফদবী নঙব্ু কননো? পায়মা ঐগী লিংচুবী তিলাং খোয়দাবীবু ওইরে। পম্বো নপা কনানা পোকপা পলেম করম্বনা শাৎপনো? কোলোয় নামিংথোংসুং করি কৌবনো হায়না অসুম পাউহংবব্ু না-তারবগী য়োইবু নোংথাংলৈমা শাওন পান্দম থঙদবী য়োইবু মীপুক্ শুম্বীনা তমপা মতৌ ওস্তোকপবু তৌরকহিকলে। তেক্তা তেক্তা মথক্তা তেক্তারাচা ইফুনা নোংগা-নোবা মথক্তা থোন্থচেংজা ন্নুংনম্ন: চৈরৈ মকা ফোং মানলো মিৎমাং তাক্লা মিংমৈ তোরাম্বা চিনসনা মোইকাই কাঙ্ নমু মীপুক ফৈনা ম্মুন্না পাউথুনলকএ।

ন্নুজা ঐবু পুক্রিং ফৈনা ম্মুন্না চিনকোঙ্গ পাউশানরবা নঙবু কনানো? কোলোঙ্গ নঙগী নামিংথোংচুম করি কৌ-বনো? য়োইবু ঐদি পম্বো পানাইদা পলেম পীনাইদা কোলোঙ্গ মিংনাইদবী কৌবদি ঐনে। চিনকোই কারি পাউমেল্লবনো হায়না মালেম মানা লোইথবী মতাং তেম্না পাউমেন্নরম্লবগা ঈশিং তমলেন্-ন্নুংদা কোঙ্গোল ঈরিক তাক্লুম শং শং উহৌরবগী মচু নিংথৌ চীংঙু অতোনবনা য়াইবা মনুং-হো তিল্লাং মখোঙ্গ শাউনা হৌরক্লে। লাংচেং মথোক্ল-কপগী শংলো মথৌরাং য়েল্লাং মঙমদম্ ওইশিকপানরিঙেনে। মালেম লয়শেম লয়রোইবনা হাল্লগৈনে হায়না কনবু-হো মুংবু শংনা মালেম লরখিন খায়হৌররে।

থোইমুম অসিবদি লয়শেম লয়রোই ঙমদনবগী কুরু সিদবা সনা মখোঙ-খা চেংলো মাইথোঙ-ওন্ কুচীং হীগোক লীঙেনা য়াংং পাঙমেনঙ ঙমদা শমু খোঙবী লয়খৈ য়েংনা ৱাইথু-লবরু, নমু মীপুক খঙবা লাইরিংথৌনা মপারী শকেঈ চিংনা য়েংনা শানখঙসুরবগী পারী অতোনবা শংলো মথৌরাব নরিঙৈনে, নিঙ-খুল্লুরবগী অমরক রাহম খিয়ে।

নপল ঐগী কোলোঙ্গ ইয়াথংদগী লৈবাক লয়রোইপাক লয়মি তমা থোইরা মরু ওইনা মালেম লয়শেমহৌরকো।

হে লিক্লাইও। নয়ুম্ থোইমুম লাইরিংথৌগী অহানবদা ঈশিং তরং ওইনা লৈরমএ। তাইবংপানবা মপুগী য়াথং মতুং ইন্না অতিংকোক মরু সিদবনা মালেম শেমনিংলে। ভাংওনগী মচা ওইরকপা অতিয়া সিদববু কোথোক্লনা অতিয়া নংগী নপা কনানো হায়না হংএ, মচা অতিয়ানা ইপাদি নঙনে হায়না থুমএ। তোনা নঙনা ইপাবু খঙলবদি ইচা অরিবদি নঙনে। লৈরিবা খৈবীকসে নঙগীনে হায়না শিন্নরম্লগা মচা অতিয়াগী লৈবাক শেমলুও হায়না শিঙ্খারকএ। মচা অতিয়ানা লৈপাক অসিবু করম শেমকাদবনো হায়না হংলবদা অতিং-কোক মরু সিদবনা হায়, "ঐমু য়েংঙু" হায়না কুরুনা ময়া কাথোক্লে। অতিয়ানা কুরুগী মপুক মনুংদা সিংলি তি লিবা লাইগী পাফল ময়েক—১৩— সিংলি —৪-গানা য়োংহুনা হকচাং করাৎন্নুংবা লৈরিবা লাইগী পাফল লাইয়েক ময়েক

-১৭- অসি উরে। কুরুনা উরবরা হংএ, মচা অতিয়ানা উবে হায়না থুগ্এ। অত্তু ওইরবদি কুরুন। মহেক্‌শিংতু য়েংতুনা শেমওঃ হায়রবদা অতিয়ানা বুক্সূগী মপুক্ মনু দা লৈবা খৈবীকপু লাইয়ামগা লোইননা লোইদোরকপদা লোইন-রুরূপা থরানপিচাক অসকুগাগী মামুং খৈবীক্তি অতিয়ানা য়োমএ। অতিয়ানা লাইয়ামগী মপুক ফবা উবদা কুরুনা হায়, "অতিয়া সিদবা নঙ লৈপাক শেম্নবা লৈমিঃ তমমোঃ হায়না কুরুনা য়াথং ইরু শিন্নরকএ। অতিয়ানা কুরুদা হংএ, কুরুনা লৈমিঃ তম্‌মো হায়বা অত্তু করম তমহনবানো হংজবদা কুরুনা পরিং লাংশং উরোং লাইশোন সকাপ মঙামকপু তাকপিরে। অতিয়া সিদবনা লৈপাক্সী মপুদি কুরুনে, লৈপাকপু পিনবীরো হায়না নিজরবদা কুরুনা মখেই-দগী লৈপাক লোওঃ হায়না তাকপিখিয়ে।

মাইকৈ মরি মালেম্ চিথেক্ নিপাল শুংতুই কাপো কারল তরাতরুক্ লাংতাঙ্গ কুন্ত্রা নিংথোইমতা অতিয়াসি হনা থেঙকো শাঢ়না লৈমিঃ তমলে। ফেদোস -৯- হাপলে! অতিংকোক্ মরু সিদবনা অতিয়াবু য়েংতুনা হায়, মালেম অসি থুনতা-লৈতা য়ান্নবা কৈশেম্বগী থৌরম্ পাংথৎনু নতোমতনদি ওমলোঙ্গ হায়নসু মথল্লি। অতিংকোক কুরু মদু সিদবনা, "অতিয়া নঙনা নতিক নয়াই নথৌনা পুনসক পুথোকুনা লৈশেমলুরো হায়না য়াথং ঈরু শিন্নরে॥"

মতাং মহিশুবা

## লৈশেম্ নোংশেম্বা

অতিয়া সিদবনা লৈবাক অসিবু করম্না শেমসিবনো হায়রুনা মুংপংননা লৈরিবৈঙদা মপুংফংদা রাখল অমা নিংশিংলক্লে। অদুনা তৌরিবা অসিনদি ওইররোই মরু তাম্না কানগে হায়রুনা মরুগী নাক তাম্না কাখিরমগ্রে। অতিয়া গুরুনা কৈদৌবা—লাক্কপনো হংলমই মতুদা অতিয়ানা খুমজখি, "কুরু মরু সিদবা নঙনা লৈপাক শেম্মু হায়না তাকাপখিবা অদু ঐহাক্তি মুংপঙলে কুরুগী শক উরবসু উত্রবসু য়াম্না ক্রিরে অদুনা কুরু মরু সিদবা নংগী নতিক নয়াই থজিক্তা খঙজনিংই তাকপিয়ু হায়না কুরু মরু সিদববু য়েংনা খুরুমলে"। অদুদা কুরুনা হায়, "ঐগী হীতিকপু খঙনিংলবদি য়েংউ হায়দুনা কুরুনা ময়া কাথোকলে কুরু মরু সিদবগী ময়া কাথোরকপদা মরুগী মপুক মনুংদা লৈরিবা খৈবীক অদুবু উজরে। অদু উবদা অতিয়া সিদবদি হক্লা কিরে করু য়া থুমচিনবীরো হায়জরদুনা খুরুমলে, কুরুনা ময়া হেক উমশিনবদা কুরুগী মপুক মনুংদা লৈরিবা খৈবীক অদু লোখোক্লগে হায়না নিংলদুনা অতিয়া সিদবনা কুরুগী মপুক মনুংদা হুনচিনখরে।

অতিয়া সিদবনা কুরুগী মপুক মনুংদগী লৈরিবা খৈবীক অদুবু হোইদোক্লগে নিংলদুনা হোইরো ঈশৈ শকলক্লে।

হোইরো ঈশৈ "আ আ আ
আ হায় হে
হোইরো হোইরো
হোইরো নকে সে এ"

হোইরো অসি শকনা হৌইদোরক্লে হায়বগীবু ঈশৈ অসি হোইরো ঈশৈ কৌই।

হোইদোরকপা অসিবু তারদুনা কুরুনা মতোমতা মপুক মনুংদা য়েংশিনখিবদা অতিয়া সিদবনা লৈরম্বা অদু উরে। মদু উবদা কুরুনা অতিয়াগী মপুক্কিং খণ্ডলদুনা কুবীরগে হায়না খোইমুম মরু সিদবানা কুরু মশক্তা চপ মান্নবা অমা পুথোক্কনা হাম্নগী কুরুগা মাইয়োক্নুনা ফমদুনা লৈরে। অদুগা কুরুনা ময়া কাথোরকলে। কুরুগী মপুক মনুংদা লৈরিবা খৈবীক থোরকপদা কুরুগী মমাংদা অতোপ্পা কুরু অমা লৈরম্বা অদু উরে। অদু উবদা হিং ঐখোয়না খণ্ডবা অসিবু নংতরে কুরুদি অসিদদুম্ লৈরে হায়দুনা ওন্না থোরক্লে। খোইমুম্ মরু কুরু সিদবনা হোইথোরকপা অদু খৈবীকপু হায়া ঈশৈ কৌই। হায়া ঈশৈঃ—

"আ হায় হে হায়া
হায়া হায়া হায়া
হায়া হায়ানকেসে"

আঁতং কোক্ মরু কুরু সিদবগী মমিংদি সহ-হস কৌই।
অ'তয়া সিদবগী মমিংদি হিং কায়ে, হা হোই হে হে কৌই।

কুরুগী মপুক মচুংদা লৈরুবা খেবীক্তা হাদোরকচৈগী ঈশৈদি :—

হো হোই হা হা হা হোই হোই হা হা হা
হরিললে হরিল্লা কায়ম্নতে খুম্লাইতে
হৈয়া হে হৈয় হে অসিবু থোইনা হরাউবা
লৈবরা লৈবনিদা হো হে হো হয়ানকেতা"

অতিয়াসিদবনা থেংকুবু কৌই। থেংকুনা য়েৎলোমদা পাফল্লা ওইরোমদা অসিবনা মরাইদা অতিয়া সিদবনা অক্তম অদুগী মথক্তা তোংথৎলদুনা পাউরোনবা ঈশৈদি :—

থেংকু নমপোন নোই নোই
হরাঙ্গ থাওপাক মথাওপাক্
চোওপি লোইয়া মরোইয়া
লমলোই থারম্ থাচিকপা
থাচিক থাপাংনা"

অসুম্না শকুনা থেংকুনা পুবা লাইরোন্ শকুনা মথক্তা পাফল্লা হায়এ, পাফনগী মথক্তা লাইরোন্ অমা শোনহান্নে। পাফল্লা পুবা লাইরোন অসিকিনা থক্তা ঙাকপদি চীংমরীপানা লোং-চুপ, ঙাকএ, তোমারিংপনা থারম্ ঙাকএ, নুংমারিংপনা

নোংপোক ঙাকএ, পারিংপম্না অরাং ঙাকএ, তুম হাপম্না লিকলম্ ঙাকএ, তুম্মারীংপনা লোংশিৎলম্ ঙাকএ, মালচিপনা মৈরম ঙাকএ, হায়স্না থরম ঙাকএ। অতিয়া সিদবনা লৈপাক্কী ময়াইদা মখোঙ্ কারলননা ফমদুনা পিশাত্তাউওঃ লৈপাক মল্লুং য়াওনবা মিংশিংউ হায়রম্লগা লৈন্নুংপিসান্নু নঙগা রাত্তা-নদুনা ওক্কা শামুগা পোকৃএ, অদুগা আত্তয়া সিদবনা অসিবও! লাকও তাইবংপানবা অসি খৈবীক্তি নঙগীনে, লৈপাক আসম্নু নঙ শেমউ। ইফম অসিদা কমলো লাওঃ হায়না শিন্নরে। অতিয়া অসিবদি অসাইগী মকমদা কাখে।

লৈরোন অমদি ওক্কা পুইএ. ওক্কী মথক্তা পাফলগী নাউফম্ ফম্লাল থারে, ওক্কী মমিংদি থুকাহং-খিকুসৌ কৌএ। মনাক্তা লৈবদি সুরমিংজোংবনে, চাউরামপান থাবনে, লৈন্নুংপি-সিন্নবনে, অচুমবক্ লৈএ, ওক্কা শামুগা পোকউগী পাউরোনবা ঈশৈদি

"পিৎতরেং পিৎতরেং
কোরৌ সং হসৌনা
ললসং লাইসং
পিৎ পিৎ"। অসুম শকএ॥

মতাং মঙা শুবা

## খুনতা অহানবা

লৈশেমম্ব্রিদৈঙে মম্বাংদগী চৌনা লৈরক্লবা অমাং-অতা লৈত্রবা ভুংলো য়াইবী সিদবা মহাক্না লৈশেম মপুগী অরাক্না বাখলবু কোক্লবা থরায় পানবা লৈবীকী লম্বা ফংদ্রিবা বাখল অত্তু ফংহন্নগে হায়রুনা য়াইবীরেন কোৱা ইবুংঙো মঙোন্দগী মতিক মঙান পুথোকপদা হন্‌বা লৈত্রবা চিংঙ্‌ খোইহুম সিদবা অতিংঙা মরু কৌবগা লৈসিলেন্‌ লৈপুনবী কোৱা অনিসি পুথোক্তনা নোংতম্লে। মখোজৈ অনিনা থরায়পানবা লৈত্রিবা লৈশেম্বা মপুগী মালেমদা য়াথোক্তনা থরায় পাল্লিবা থৈবীক্না থঙগে তাল্লিবা লৈশেম্বা মপু ঐ-মক্না থঙনিংঙিবা অসি থঙনবগী দমক্‌ মপোক লাংঙ্গোনলাগা থোরম্‌ লম্বা কগ্না শন্দোক্তনা ঙাক্লিবা থৈবীক তাকলুরো হায়না নোংতমম্নুনা অতিংঙা সিদবগা লৈসিলেন্‌ লৈপুন্‌বী অনি অস্নি থারক্লে। লাই অনিমক্না তাইবংপানলম্‌ থিত্তুনা য়াথোক্লে। ককইং-ইরানা খোঙনেংফম্‌ থংদ্রেবা অকংবা মালেম লমদম্‌ থিত্তুনা লাই অনি কুগলক্লে। লাই অনিমা কুম্‌লক্‌পা মালেম তম্পাক লম অত্তু কংলৈপুংময়োন্‌ হায়না কোএ নকম অত্তুবা

লৈসিলেন্ লৈপুনবীগী মমিংবু ইমোইনু চিংলিক্‌থোম্বী অহোংবী হায়না মিংথোন্দুনা মাংঙোন থৌরম্ শান্নবা হৌরক্লে।

লাইস্থ খঙদে, মীস্থ খঙদে কনাগুম্বা অমত্তনা খঙবা উবা লৈত্রবা অদুদা লাংঙোন থৌরম্ অদুবু খঙহল্লগে হায়-বগীদমক অতিংঙা সিদবা মঙোন্দগী পুথোক্কনা কনাগুম্বা অমত্তা খঙহন্দনা অরাং হারম্ পাংবদগী লাই নিপাল লাক্কনা কংলৈ পুংময়োন্দা লাংঙোন থৌরম্ য়েংবা থুংলমএ। মথং-লেংনা শমথহোনবগীদমক্ত: মতম অদুমক্তদা লৈসিলেন লৈপুন-বীস্থ রাখল তৌনা লৈবদা করিমো লাংঙোন থৌরম্ শান্নগনি হায়রগা কনাগুম্বা অমত্তস্থ খঙবা য়াওদে উবস্থ লৈতে মথং লেংনা কনানা শান্নগদৌরিবা থৌরম্ লাংঙোন্নো অঙকপনিদা অসি হান্নবা হায়দুনা ইবেম্মা মহাক্ মতোম-তদগী লাইরেম্বী নিপাল পুথোক্কনা কনাগুম্বা অমত্তা খঙহন্ উহন্দনা খা লাইচি পাংবলোমদগী লাইরেম্বী নিপাল লাক্কনা কংলৈ পুংময়োন্দা থুংঙদুনা উনরে। মদু উবদা অতিংঙা সিদবানা লাইশিং অদুদা হায়এ, "হে লাইসা নখোয়স্থ ঐগী লাংঙোন্ থৌরম্ অসি য়াওজরে:লাও অদুগা লাই নখোঙ্গ খ্বাইনা তৌবা ওম্বা নথৌনামথৈস্থ থৌরাংঙু। ঐখোয় অনিনা নখোয়গী য়াইফনবস্থ শেমগনি। ঐখোঙ্গ অমিত্তনা মকম অসিদা শান্নগদৌরিবা লাংঙন থৌরম অসি কনা অমত্তনা খঙবা উবা য়ারোই হায়দুনা নখোই খ্বাইবু ঐনা মকম অসিদা কৌবনি। ঐগী লাংঙম খুদিংদা নখোঙ্গ খুদিংমক তংন-থানা

ইংতুনা য়াওরগদবনি। মথোঙ্গ নিপালুমক্ ওসিদগী ঐনা নাকং পোনবারগে হায়রুনা অতিংঙা সিদবনা মমিং থোনবীখি। ন্টিকোংলেন্ অঙাইপা, থো ঙাইপা, কোকাতংলেন্ খাইচেংঙা, খুংগং-নুংগা অসি হায়না কৌরো। মমিং অসি থোনবীদুনা নংগী নিপালমক্না লোইনদুনা কোইনা লাংঙন্ থোরম্ লগ্লখি

তসি চক -২৭ কী মঙুংদা থোকখিবা মথল মথা অয়াম্বা লা ঙোন কুমৈন হায়না কংলৈ পুং ময়োম্দা কোইনা চংতুনা লা ঙন পৌরম শান্নবা উহনখি। কংলৈ পুংময়োনগী তম্পাক লৈপাইথক্তা মফম্ অয়বদা কোইনা চত্তুনা লাংঙন থোরম শান্নবা লোইরবদা লৈসিলেন লৈপুনবীনা পুথোকখিবা অতুনা লাংঙন থোরম অমা শাম্নগে হায়নি। লাইরেম্বী -৮- মক্তা মমিং থোনাখ:- মামংদি:- পুন্সিথোম্বী, অঙাইবী, থোঙাইবী, থিংপালোইথোম্বী থাবৈমা কোংতিংলৈমা চেং-লৈমা খুচেংলৈমা; মমিংশিং অসি থোন্দুনা নিপাল অদুগী মফমদা চাংঙু থোইমুম সিদবগা লৈসিলেন লৈপুনবাগনা মতুং অদুদা মথোঙ্গ পুমমক্না লোইননা লাই নুপামখৈনা মাইকৈ অমদা লেপ, লাই নুপীমখৈনা মাইকৈ অমদা লেপ অতিংঙা চীংঙু থোইমুম সিদবগী ইংলবা মিংখৈ শোন্দুনা অচং-চত্তা লেংলি পাম্লিবা পুমমক্কী তুংনকম, ওইরবা ইবুংঙো মহাক্কী মিংখৈ শক শোন্দুনা জগোঈ শাবগা লোইননা কংলৈ পুং-ময়োনগী মচি মচিদা কোইনা কোইনা চত্তুনা লাংঙন থোরম,

শান্নথি। থুক্কা চানবা অরাৎ অপা লৈতনা নুংঙাইমা লৈ। মক্তুং অদুগা কংলৈ নুংনাংপান্দা হাঞ্জিন্দুনা লৈখি। মতম অসিদা লাইরেম্বী ৮— না তান্নদুনা ঐখোঙ্গী পুম্নমক্তা নুঙাঙ য়াইফনবা শেম্বী শাবীবা মপু লৈরে। ইপুঙ লোইমম্বা মহাক্ অসি ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কী লুচিংবা মপু অমা ওইনবা ফমখোল্লু অমা য়ান্লসি। ঐখোয়না থৌনা খোঙমদবা ইকোক লেং-খোইবা লুচিং বাঙম লাংচেল হৈবা মপু হাপ্লাস। অসি হায়না লাইশিং অয়াম্নমা থন্নদুনা মখোঙ্গী পুম্নমক্কা চোং সেকপিন থান্দুনা অসাই অসুম্না নুংথিল পোপ-পোপ্পা ভুনবদা অমাং অতা লৈতবা চীংঙু খোইমুম অতিংঙা সিদবা স্না লৈহিংসং সংলৈ পুনবা হায়না কৌরে। ইবেম্মাগী মমিংনা লৈসিলেন্ লৈপুনবী আকোং তংতা-অরাই কংদবী চিরিক্ খোম্বী ইমোইনু অহোং তচাউবী অসি হায়না মিং-থোন্দুনা নিংথৌ থুভম্ শেমলে ॥০॥

চহাং — ৬ — শুবা

## পাউরো ঈশৈ

লৈতারপা লৈপাক্পু হারাপনা অসাই মাংগী নুংঙাই-তবা অচুনা লৈপাক চাইথায়গে হায়না নিংবা অচুবু উরদুনা হি! কারনো? সারঙগী মথক্তা তকুপ্ তরেংনা ঙাপ্পা শানা নুংশিবা অসিবু করিদগীবু পুখোকককপনো ঙালনা শানা নিংথিনা লৈরবনো হায়দুনা হারাপনা হংগে হায়দুনা চংখ্রে। শেন্দ্রংগী মথক্তা মৈ তরংগী মশক্তুম ঙালনা শানা লৈরিবা নংবু পায়মা নংচৎবী তিল্লাং খোইদাবীবু থেংক্নরেদা পেন্মা নঙবু কনানো হায়না হংবদা লাইরেম্মানা হোয়তা হে নিপা অপিশক লাইকু মরুম খোইচোপ্পা লৈরাঙ্গ মরম্ খোই হায়বা লৈত্তুম্ হুমনা পাংশাবা ঈপাল পুল্লাং কায়রেদা পুল্লাং অুরাঙ্গ কায়ববু সিংপিরোই হায়বরা ঈপলদবু হায়গরবনে। সিং-লমলো হায়মা অতুম খুমলবদা হারাবনা পাউরোএ—, ঐদি পেন্মা নঙবু হুমদেদা লৈপাকশঙদা দৈব-ও কোরো কমদা কমদুনা মঙ্ক্ষ্ নুংশাং রাইবা চোমকায় তৈসিববু ছুনবনে।" অদাচি পেন্মা নংবু হুনদে-হন্না অতুম্ খুমলবদা হারাপনা অমরক হায়, "হে পেন্মা নিংথিবীও খিং খিং লাওরগে

পান্দস্নু লাওরসে" খোইনৌ নোংখাং লৈমানা ভমুক থমএ, হে ইবুং নহাবা-ও য়ারৌদগী সঙাইনা মচি কেক্রু থোনদরি নলহায়পুংগী কাকফৈনা মানা চুমাই শাদারি, তোকফমদগী ঙযুনা খোইচু তোলোও চিংদরি, কোংবদগী ঙাখানা চোয়াং কানপ্‌ নক্তরি, সুক্লা মাপাল শত্তরি য়াংকোক্লা মহৈ য়ান্দরি, নোংমাই লওঊ চাখিংও " অসুম্‌ পাউরৌনরিঙৈদা অসাইগী লৈবাক অচুবু অতিয়া সিদবনা অসিবু শেমহনবা লোইরে। লৈপাক চুথেক মরিমক্তা চুপসেন থারে। চুপকী মমিংদি লিকলমতা বারাপনে, নুংশিৎ লমদা উরেংপনে। মৈরমদা ঊাশংপনে। লাই মরমতা উরৈপালনে॥

কারলগী ময়াইদা অসিবমা ঙালুত্তুরেং কৌনা সেন য়াওনা য়ুংএ। আতিয়া সিদবনা উয়ুংগী মথক্তা কাপ্তু য়াওনা লৈবগী মমিংদি লৈতুরেং নোংতু লেংপা কৌএ। কুপ্তুনা তুনা লেংএ, অচুপা অমরক নোংয়াঙ্গৈ মৈয়ী ওনবা চাউরা মাপাল থিবা চুযুনা পারি মারক থাহোএ। লাইসাতাওনা নোংচুপ ঙাকএ, নোংশাতাউনা খারম ঙাকএ, লৈখোম্‌ তাউনা নোংপোক্‌ ঙামএ। নোংখোম-তাউনা অবাং থাকএ, মথল —১২— মানা ঙাক্তুনা ঙমনা থমএ। অসুম্‌ ঙাক্লবগা অসিবনা হে হারাপা হৌজিক্তি নওনা চিঙপাক্কী মথৈ-কৌওঃ।

অসুম হারাপনা খুমএ, হৌজিক ঐনা তৌবা ঙমলরোই হায়না খুমএ, পাওরৌনবা ঈশৈদি :— রাথুবী মৈকাযও, ইচিল

তুমই কামফদে অসুম্ পাউরোঁএ, অতিয়া সিদবনা হায়, থিংকুও লৈপাক্ অসিবু মমুং মঙাল চাউনবা লৈপাক থানববু লৈরোন্ অমা শেমগে নিংদুনা নংবু লাকও হায়বনে। থিংকুনা হে ঐনা পুবদি মনুং ওইঙমলোই। য়িথম্ তুমত্তা নাতুনা পাফল্ তোকলেন্ লিশিং পানবা থোকশে থুমএ। পাউরোনবা ঈশৈদি থিংকুনা হাপওঃ ইনম্ পোমে পংফদে শকএ। অতিয়া সিদবনা অসিবা লৈবাক মনুং চোইনাপা থিংকু নাপিঙা নখোঙ্ক অনিনা রাতান্দুনা পাফল পোকও। হারাপকা, অসিবকা, থিংকুকা তান্দুনা পাফল তোকলেন লিশিং পালবা পোকলে। পাফল পোক্লবগা পাউরোনবা ঈশৈদ :— অথিংকোরে থিংকোরে থিংকো লাংমৈ থিং-কোরে, লাইরেল পোকপা থিংকোরে থিংকো লাংমৈ থিং-কোরে অসুম শক্লরে। লাইরোন অমদি লৈপাক পুথত্তুনা কুরুগী কম্বীনে, থিংকুনা লৈরোন্ অমা পুইএ। লৈপাক পুম্বা থিংকুগী মমিংদি কুরুতিক্তা থিংকু লৈরংপাপু কোঙ্ক। থিংকু মনাক্তা লৈবদি লৈনুং খোমসিরিবনে। লাইরেল পারোঙ থেৎপানে। থারানে, নোংয়াই মৈরী ওনবনে মরিমক্লা লৈএ। অতিয়া সিদবনা অনচি মপুক মনুংদা নিং-শিংলক্তুনা কুরু তান্না কাথৎখিবদা করম তৌরবা হংঙমঙ্ক। অতিয়া সিদবনা থুমই কুরুনা লৈপাক শেমও হায়বা অদু লৈরোন্ মাপন্ শেমলে লৈপাক মনুং ওইঙমদবগী কুরুমু তানলকপনি হায়না থুমলবদা কুরুনা হায়এ,—অতিয়া সিদবওঃ

৮০। থৌ ময়োনসুং মাপন্ শুনবা লৈপাক ময়োনসুং মাপন্ শুনবা শেমলুওঃ হায়দুনা লাইশোন ভিনশোন্ মচুম্ শুনা তাকলমগ্র ॥০॥

---

মতাং – ৭ – শুবা

## নোংথো লৈপাক্ শেম্বা

অতিয়া সিদবনা মকু তোংচুনা নোংথৌগী ময়েনসুং অমা শেম্লে। নোংথো মঙোন অসিদা লৈবা শোরারেলগী মমিংদি তুহিংঙাং – তরেংবা কোই। পাহিংঙাং - তরেংবা, তুহিংচি তরেংবা তুকুপ লিক্তরিক্ তুখিং-তরিংঙাং তরুবা তুখিং-রিক কুং কুংচি তুখিং-তরংম্ তরুবসুং কোই। অমম্বগী মনুংদা পাক্লা লৈবদি খিং খিং কুপ তরং কুপতরেং, চুপ রেনে। মথক্তা তোংলিঙৈগী মমিংদি রোখিং হো সুম্ রেঙ নোং-লৈঙাং হাংমে। লেশেমঙৈগী অকৃতি চহি লক্কা অমা লিশিং শাপম্লে। চহি ( অক ) তরামঙানা থা অমদা য়াওয়ে॥ থা নিপাল্লা নুমিৎ অমদা য়াওই। নুমিৎ তরাতরেৎমিনা য়ুথক্ অমা ওই। নুমিৎ নিমি য়ুথক নিপাল্ পুং মাপনগনা পুং অমদা ওইমেয়ে য়ুথক্ অমি পুং নিপালনা খোঙকাপনে।

মিৎকুপ, অনি কোক্কায় নিংশা অনি কোককাঙ্গ নাহুম্ মরিক্কা নাহুম্ অমদা ওইনৈয়ে। নিংশ অনি কোককাঙ্গ নাহুম্ অনি কোককাঙ্গ পুং মরিগনা পুক্কিং অমদা ওইনৈয়ে।

মথক্কী মতমগী খা লোন অসি শেম্নবগা অতিয়া সিদবনা অসাইগী মপারিগী মথোঙ্গদা হুম্থরক্নুনা মথোঙ কারন্ননা ফম্লিংঙৈদা তিন পোকানলক্নুনা পাফল তোকলেন লিশিং পানবা কৌরুরে। পাফলুঙঃ ঐথোয়গী পাঙ্গল ওইনবা তীন পোকওঃ হায়রে। পাফলনা পে কপা তানশিনদি :- ত.নবীরেন্নে, ঈথৈরেম্নে, তুত্তাউরেন্নে, ত উরোইলাইনে, মথোঙ্গ অসি পোকএ। অমুরক পোকখদি তীনমুরেন্নে, লাইখুরেন্নে, তীনঙৈরেম্নে মথোঙ্গ অসি পোকএ অতিয়া সিদবনা পাফল ফি মথক্তা লৈপাক্ শেমগে হায়দুনা পাফল মহাকপু লাই অয়াম্বনা লীরোম্লে। লারো ল্লৈঙৈদা পাউকৎনদুনা শক্লবা ঈশৈদ্ধ ক্রুম প্রতম্বা লিথা খাও থৎ থৎ চিংদুনা মাকতৈবা অনিমক্কী মরক্তা চুম্নরে হায়বগী কাকলেল্ চু চু অসুম্ শক্নুনা পঙফা কসা, খামেলফা কসা, লাইয়িংফা কসা, চকপিফা কসা লিথাং মখং তৈফেনা য়ুংথৎ লীরোন্ থোইরোন্ লীশি খোইশি, লীনতু খোইতু, লীফা খোইফা লীসেন্ খোইসেম্ লীতিন্-খোইত্তান্ পরৈ লংথুরো শুনা লোইনা তিন্দুনা অতিয়া সিদবনা পাফলগী মথক্তা লৈপাক্ শেম্নগে নিংলদুনা অঙান-অনিং শাবগুম্ লৈরিঙৈদা পাফলসুং মপুঙ ফারে, পাফলগী

মমিংদি তীলসং তীনপুকথাঙ্গ, কোকতুরংবা হিকিং সনা ঙ্কেৎ তুরংবা কৌই ॥

অসিবনা মকু তোংদুনা কাথে, নোংথৌ মরোল অমা শেমলে। মরোল অসিদা লৈবা সেংথানেন্ মমিংদি মকুরু-হিং হিংতুহিং কৌই। মনাক্তা চাংথোংচোম্বী নিপান্না কোইনা লৈয়ে। অসাইগী মফমদা অসিবদি হন্থুরক্লে। অসিবনা শাযুবু কৌরে নংনা লৈবোন্ অনা পুও হংরে, শামু মথক্তা ওক্তী নাওফম্ থদুনা লৈখোন অমা শেমলে। শামু মমিংদি ঃ—পিৎ সনু কৌই। তিংয়ে সু কৌই। লাং তোংকেং মশেৎসুং কৌই। মনাক্তা লৈবাদি মংথংনে, খৌগিলে কানবীনে, অমসুং পিসাতাউ মখোঙ্গি তম্নবা কোইনা লেও। অসিবদি মকু তোংদুনা কাথে। নোংনোন্ অমা শেমে। লৈরোন অসিদি থরাপিচাক্তা পুইও। লৈরোম অসিদা লৈবা সোরা-রেল মমিংদি সংতরং তুকু। তরেংবা কৌই। অসিবদি অসাইগী মফমদা হন্থুরক্লে লৈরোন অহুম-মাক্ত তিনথুরেল-শিং অমসুং লাই অয়াম্বদি না মরোন লিসি থোইদসুনা নরম হংথুরো শেমলিউদা পাওবোনবা ঈশৈদি ঃ- তনদন কাই-বে কগী তনদন কাংখোক্লি পেনকাও শরিক থ্যাও থ্যাও ॥ মনাক্তা লৈবাদি লৈফুরেন কিংনাইদা, মুহা, ভাংভোই-লৈয়ানবী মখোঙ্গ অহুমনে ॥

# হৱাবনা লৈথিলকাই হৌবা

অসিবদি মকু তোংড়না কাখে, নোংলোন্ অমদি থামে, থাদা লৈবা গোয়ারেন্ মমিংদি খারে লৈহিংস্না-ঙাংক্লুপা কৌই। মমা দা থা লৈয়ে, মাবু ঈরুবদি চারোল-রাইরুরেল্ কৌই শেংবীবস্নু মানে। অসাইগী মফমদা হম্বরক্লে লাই নামুংববু লাই অয়াম্বনা লীরোন লিসি খোইসি শেমড়না পাওরোনবদি কাওথেম্বী কাওথেম্বী কাওনা মতোন লোমনসে সং সংদোকপি সংদোকফা রাইনোসে রাইনোসে, চরোং লাংমৈ রাইনোসে। লাইমুরেম্না লৈরোন্ অহুম পুরে। মনাক্তা লৈবদি লারখোই চন্থু লৈক্লুংহীপোকপী, লৈকক্ লৈয়ারেন্, হীরৈমা মথোঙ্গ মরি লৈএ।

অসিবনা মকু তোংদুনা কাখিবা নোংলোন অমদি নুমিৎনে মনাক্তা লৈবদি নোংনাংলেন অপোকপা কৌই। তরংঙাং ঙাংতুঙাং মিৎ তর-বসুং কৌই। মমাংদা শজিক লৈয়ে নুমিৎপু ঈরুবদি সীল্লুঙাং কৌই, শেংবীবস্নু মানে। অসিবনা অসাইগী মফমদুদা হম্বরক্লে। তীনচাউরেলবু লাই অয়াম্বনা চাঙাল-চনিক্ শাবঙম্ শারে। লীরোন খোইরোন্, লীথুপ, খোইথুপ, ঙনা লংখুরো পঙফা কসা থাংচেলফা কসা, লারিথৈদা পাওরোনবা ঈশৈদি :- হোইরো হৈয়া, হোইরো

হৈয়া, হৈয়া শোই, হৈয়া শোই, ঈংশোই, হে হুপ্, হে হে অসুন্না শকই। মনাক্তা লৈবদি লৈককলেন্ লৈশোবা 'খংবী কাংমরী য়াইরৈবা, অমসুং খাবী লুকোক চনু মখোঈ তরুক লৈয়ে। নোংলোন অমদি লৈছিন্না পুইয়ে, লৈনগী মথক্তা কম্বা সোয়ারেন মমিংদি খোঙ বাইরেল কৌই। ইঙ্ ইঙেন কুমহম থা শাবা নোংতাহনবা, চেন্ তাহনবা উংদ ভহানবা উরা নাপী-শিংবী হৈ-রা মতোন চোংহনবা চুমথাং থনবা নোংথাং কুপ্লসুং মানে। কুরুগী মনাক্ তান্না কাথিদুনা লৈপাক্ মরোন মাপন্ শেমলে। নোংখৌ মরোনসুং অমা শেমলে নংমা অচুম্বা লৈপাক শেয়বদি চাইথাইরগে হায়দুনা উং-শেং হায়না শিংথরক্লে। অসিবদি অসাইগী মফম সরংগী মরাইদা থুংলরে কুরুগী য়াথং পিরকপা অদু নিংশিংলক্লুনা উং-শেং হায়না হায়থখে॥০॥

মতাং — ৮ — শুবা

## অসিত্না মইহ-মরোং ওইহল্লকুপা

মপুক্না নোংথো ওইরে, মমিং অনিমক্না চুমিৎ থা ওইরে। অতুদগী ফুথৎ থাংগৎলক্কনা থাবানপিচাক্ খোংচোমনুপী অপকমা য়োরে। লীথুং অহুম্না ঈরিল্ থোবাল্ তুবেপ্ ওইরে। "ঈ" না ঈশিং ওই, মখোঙৈনা পিশুম্ ওই মমিংদ পিপুকলেন্ কৌই। থোঙ যংনা লনহাইপুঙ ওই মমিংদ সনাহিং বাসোপুঙ কৌই। থোঙ ওইনা মৈওইপুঙ ওই মমিংদি গম্বুংফা মাপাংমিংলং বাসোপুঙ কৌই। নিংশানা নুংশিৎ ওই, মশিংথানা মৈ ওই, ময়ুংনা মানা অনিমক্না চাং-মাল অপক্ ময়াই অহুম্না লৈপাক্ ফানেরে। সিলপুঙনা সনা ওই, হোকং কেতুরোই মাকন্ মনুংনা নুংমুসিদবা ওই, মথবাক্না থবায়নে মথোদি লিদবগী ফম্বীনে খোংশাবীনা মউ ওইরে, মতু অরাম্বনা ওইরে মরানা উ ম্রা অযাম্বা য়োং ওই। মরুমা নুং ওই মপুং য়েংনা শাংখা ওই, মথুং ওইনা সীং-পোপা ওই মায়েন্ অপকথা ওই, মথোক্না কোমডো মিশি ওই মরোম্না লোংমৈ ওই। -মরীল মনুংগী মহাওনা থম্ব্ রাইদবগী পাঙল ওই মতিংনা সেল ওই শিংলানা ছপ্লা-হারা

অপকন্না ওই, মহাওনা থাও মরেক্ নাইবা অয়াম্বা ওট মতিন্না চনম্ য়েনম্ ওই, মরোক্লা তিলহৌ ওই, খুদিন্না চাক ওই।

শম্না তুসসিং ওই, মিংকী পানা তিংখৌ ওই, নাকোং মন্নুংগী (য়েংকী) তুনা নাপুপা (পুংফাই) ওই, নাকোং ওই মন্নুংগী তুনা সিদবা নিদবা ওই, নাতোন ওই মন্নুংগী তুনা নাসেনফা ওই। মিৎ মশেক্লা য়াইন্নু ওই নাতোন য়েৎ মন্নুংগী তুনা নাদবা ওই, চিনবান্ মথক্ নাতোন শুমাংগী কোইনা লোহিং ওই, খদাং মথাগী কোইনা নোংলৈসং ওই, থাবাক্কী তুনা লোইরং ওই, সেগ্রাক য়েংকী তুনা উরিকাসবী ওই, সেগ্রাক ওইগী তুনা অমুরা ওই। মলনা শিংবা কোই-রোংদগী তুনা ফিন্নু অমাংথোঙদগী তুনা চতারাই ওই। (তুরুমদগী) ফিন্নুং ঈশিং খোঙদগী তুনা উচোলৈ ওই। খুন্তদগী তুনা লিকলুলৈ ওই, খুরাঈদগী তুনা লিকপালৈ ওই। খুনমদগী তুনা নুমিৎলৈ ওই য়েংবী খোঙাদগী তুনা উহল ওই, খোঙতোনবীদগী তুনা অঙাংলৈ ওই, খোঙয়াইদগী তুনা কাংহৈ ওই, খোংনিংথৌদগী তুনা পাখংলৈ ওই, খোঙনাওদগী তুনা ঈশংচাইবলৈ ওই। ওইগী খোঙবীদগী তুনা উরেল্লৈ ওই, ওইগী খোঙতোনবীদগী তুনা ঈশিংলৈ ওই, খোঙয়াইদগী তুনা কোতোম্লৈ ওই, খোঙনিংথৌদগী তুনা লুমথৌনবী ওই, খোঙনাওদগী তুনা লোপুকলৈ ওই অসুম্না খোঙবীদগী খোঙনাও মখোই তরা মক্তা হৌরিবা তুশিংদগী ওইখিবা লৈনে॥

খুং য়েংকী খুনমদগী ত্না য়ালতিংখোইবী ওই, খুবীদগী ত্না লাংথৈ, ওই, খুংতোনবীদগী ত্না সমালৈ ওই, খুংয়াইদগী ত্না লাঙরেম্না পাখংয়েংলৈ ওই, খুংনিংথৌদগী ত্না সেরেম্বী ওই, খুংনাওবদগী ত্না হাওকারৈ ওই। ওইগী খুংবাদগী ত্না চোয়াংলৈ ওই, খুংতোনবীগী ত্না ঈওেইল্লে ওই খুংয়াঙগী ত্না মাইপারৈ ওই, খুংনিংথৌদগী ত্না লৈরীলৈ ওই। খুংনাওদগী ত্না কালেনলৈ ওই, অমুম্না খুংবা খুংনাও তরামক্কী লৈনে॥

খুংদাংদগী ত্না কাকলৈ ওই পাম্বোমদগী ত্না খাগীরাং ওই, লেংবান্ মতোন্দগী ত্না লৈলোকলৈ ওই নাঙন্দগী ত্না তাইরেল ওঈ, খোম অনিমক্তগী ত্না কুমলীকলৈ ওই, মায় চুপ্পদি হয়ীসংনা চুপঈ। খিক পোকএ, অহলনা তাউ পোকএ, তাউনা তিল-কাং অয়াম্বা পোকএ ঙসিনে॥

হৌজিক্তি অসিবগী খোইদা পিরুম ওইরুবদগী খাক লাওবা, মৈ, ঈশিং, সুংশিং, ঙমিং থা চীং-মাল। সুরাই লেনফুদগী লৈমাত্তাক্তা, খোইদগীন' পুসলেনপাত্তা তাইয়ে। ঈহিংসংদা সংনৈয়ে, ঈরিক-ঈকোংশেংদা শেংনৈয়ে। লাই-নিংথৌনা হিংনৈগী মমিংদি হিংসংহিং মিহিংচি মিহিংলং কোঐ। হিংখিবা অচুদি লৈপাক্কী মথোঈ, ঈশিং মথক্তা মশম চোত্তা তানা লৈপাকপু খোমজিনবত্তা ওাক্না লৈয়ে। মমিংদি লৈচুং খোমসিরিবা লাইয়োন্ পারোন্ থেংপা কোই। তাইবং পানবাগী মপু লাইগী নিংথৌ কুরু সিদবা

অদুনা ঈশিং তরংগী মথাদা লৈপাক্কী সপক্তা সখোংদ কাংলনা কমদুনা লৈপাকপু শংএ, মমিংদি চুসলৈ নিংগুংলবা লৈশং লৈপিবা কৌএ। লৈরোম অাংগদি চিনু .সেন লৈকক-লৈয়ারেন, লাইরেম্মা লৈনপক্ক, লৈহৌং-তুরা লনবা থৌস লৈফানবা ফাম্মারিংখিনবা অসি খেবাক লেয়ে ॥০॥

---

মতাং — ৯ — শুবা

## লাইগী সাইগুন্দগী লাংগুন শম্ৰক্পা

লাই অয়াম্বগী তীন্নফমান হায়বগী লাইতীনুকোল কৌই। পাখংববু কোল্লে হায়বদগী লৈমাকোং তু থোই। লৈরোন মাপনু হায়বদি অসিনে লৈরোল মপাল অসিগী থোঙদি অন্রম লৈ মাপাল থোঙ শংবদি চকমরিং বনা শঙএ। ময়াউ থোঙ শ বদি পামাবিং বনা শংএ। অমসুং মথক্কা থোঙ শঙবদি তাপানা শঙএ। লাইনিংথৌ কোনচিন ভুথোকপা হায়বদি নোংথৌ লৈপাক্ অদুবুনে। মাবু খঙবদি অঙাইরেম্মা খঙএ। মথক থংবা মথা থংবা লাই অনিমকসু মামা খঙবনে। মরী ও নিংমক্কী মরক্তা লাইনিংথৌসু লৈনিংদবা কনা লে। লৈপাক্কী কোয়োংদি তাংলেন কৌবনে, লৈপাক থংবনে। নোংদোগী কোয়োংদি নোংতংলেন্ কৌবনে নোংথৌ থংবনে।

নোংলোন অসদি থরানপিচাক নোংথৌ সিদবগী মপুক মনুংদগী থজিং মযুগুম থোইগংথিয়ে মমিংনি নোংনাংলেন্ অথুবা কৌই। ঐগী ফম্বা অসদি অতৈ কনা অমনা য়েক্‌-রোই হায়না ঙাকচরে অদুগী কোনখৈ-অতাম্বা কৌই।

নোংলোন্ অমদাদ অসিবা সোরারেন অমম্বা অচিবা মমলেন্ মম্বা লাইগী নিংথৌ থোইথৈব লাইগী কুরু অথৈবা মহাক্তাগী মঙাল্‌না মহাকপু উসবা অথৈবা মহাক্কী মমিংদি নোংকাঙউ নোংনাংলেন্ অপোকপা কৌই। নোংলোন হায়বাদ অসিনে থঙউ।

হৌজিক্তি অযুক লৈপাক্কী মথক্তা নোংথৌগী মথাদা চুক্ ওইনা ঙাকপগী বা হায়রগ: (১) লাই সিদবনে, (২) মাম চিপনে, (৩) হায়সানে (৪) সোলথাংদ্রেন্নে মথোঙ্ময়ি অসি-ন চুক্ ওইনা ঙাকএ। থোক্লীলেফানবানা সেলবা কবো পাংনা লৈরমঙ্ক। ঙাংঙোই নুমাইনা থোংনা মরাং পাংনা লৈরমঙ্ক। অসবনা হায়এ লৈপাক্ অসিদি ঐনা শেম্মনি অদৈ কনা অমনা মূলফরোই ইচি মান্ ইপানা পুক্তএ, রাহোং মতু চিল্লে, ইবুঙ্গা নোংথৌ ওইয়ে, ইনয়া লৈপাক ওইয়ে ঈরুনা য়োৎ ওই, ইনিল্লা ঈরিল্ থৌবাল, থ্বাই তুরেল ওই। ইপুঙ্গা সনচিং ওই ইমিং অমিনা নুমিৎ থা ওই, ইভুনা উপী উরেল্ ওই, ইতিন্না অহাও অথুম ওই ইযুংনা থুম ওই, ইথিনা তাইবং-পানবনা চারিথক্লিবা পুন্নমকপু ওই। নোংজুম্ শঙদা লৈপাক শেমথৈগী ইমিংদি লৈরংলেন্ তাথংপা কৌই। নোংনাংলেন অপোকপসুং কৌই। সনচিংদা ফমথৈদি নুংকোন্নবা কৌই।

ঐগী য়ুমদি চক ময়ুংনা কোনথায়য়ে, লাইরেন্ অঙৌবনা থোঙখিংএ, ইমিংদি সনা কোনসৌরেল কোইরেনবা কৌই। অমনা চীরেল্ ঙাংলেনসুং কৌই। ইচুদি মৈ গচুনে, ইয়াদা লন্না সাদেল হৈবনে। ইনমদানা থম্মল নম্বনে, ইখুত্তা সনা শুই, খুৎ কুইদা লুপা শুই। থক্তা লাংবু থাখল ও নৈয়ে খাগী লাইবুনা সনা তাংবল্ ওইনৈয়ে। অগম্বা অসিদি ইতোম-তনে তীন্-নামুংবনা কোনথাইয়ে, তাপানা থোঙ খিংএ। ঈশিং থোইরু কুম্বদা কুমদম্বনে য়ুহার হাবসুং ঐনে। উসৈ-শঙদা লৈবসুং ঐনে। ইমিংদি মীকোনবা হায়না কৌই। লৈনুং চাখাখোংগোম্বীনা অবাং ঙাক্লৈদা ভভিয়া সিদবনা হায়রে অপালবা মঙ্, চঙাখঙনা মী শেমলুও লৈপাক্ অসিস্ত নঙগী ওইয়ো শিন্নশিরে। অপালবনা লৈপাক্ মুনখিবদগী অসিবনা হায়এ, ঐদি থাদা লৈরুরগে হায়ঙনা ফন চোংথৎ-খিঙনা থাগী মচি অমদা কাখে। লৈনুং চাখাখোং চোম্বী অমসুং লাইনিংথৌ পোনাঙতোন্ লৌখিবা অনি মাম্মঙনা পুক্লুং হরায় মরী থাঙপাক থারে। অদুগা (১) পামারি বনা অবাংদা ঙাকএ, (২) চকমারিংবনা থাদা ঙাকএ, (৩) লৈসাঙাঙনা নোংচুপ্তা ঙাকএ। অসাইগী থা মচিদা লৈখিবা অসিবনা উরক্কনা খুয়াদগী উফুল্ লোরগা কাম্মকএ। শগোল শাফুগুম্ ন্নমিংকী মশকন্না শিংথরক্লে। শামুতোন অয়াংবনা হরায় মরী নেৎলে। পোংখুশিংনা য়েংবসু উভৌদরে। পোংনাঙ-তোম্না কম্মা লাউরকপদগী খঙলঙনা লাইকাপ্পী লাং থাক্লে। শামুতোন অয়াংবা লাইকাপ্পী লাংদা খুবে। মহাক্না লাইকাপ্পী

লাংদা থুরিঙৈদা পোংমাওতোন্না হাওমুক্না লেংকাই-চল, মোংবা থুরো তাশিন-য়েংশিন্নবা মুক্রবদা অনিমক্ ওমদরে। অনি অসিগী মতৌসি উরুবদা লৈন্সুং চাখাখোংচোম্বীদি রাথরে। শামুতোন অয়াংবগী লাংচেং কোকথক্তসু মচি থোক্লে, মমিংদি লৈশাং চীংলাং কৌই। মকোই মরাংসু ফোইদোক্লে মমিংদি মরাং কোইকোংচিং কৌই। মতু মমাল ফোইনা থোখামমে মমিংদি লম্মা তুকেলবা চীং কৌই। শামুতোন অয়াংবনা নেংথংপশিংদি লৈচিন ওনখিয়ে, অমুক হোরকত্র। হন্দকমুক ঙাকপদি (১) অবাংদা লম্বুমে (২) নোংপোক্তা তুপুনে (৩) খাদা লৈথোমতাউনে অমসুং (৪) নোংচুপ্পা মালথোম তাউনে মখোঙ্গ মরি অসিনা ঙাকপদসু ওমদরে শামুতোন্ অয়াংবনা হন্দক অমুক নেংথংপদি উৎ ওইখিয়ে। অমুক হোরক্লে হন্দাক্ত (১) অবাংদা কোংনিথোমনা লৈরে (২) নোংপোক্তা থোঙাইবনা লৈরে (৩) খাদা য়োঙাই-বনা লৈরে অমসুং (৪) নোংচুপ্পা কোংখিংলেন্না লৈদুনা ঙাকলে। মখোঙ্গ মরী অসিনা ঙাকপদসু ওমদরে ॥০॥

# মিং পুখোকপা

অতিয়া সিদবনা হায়এ, অপাল্বা নও নতোম্তনা শেম্বদি ওয়রোই। অসিবা থাগী মচিদা লৈবা অসি ঐ কোয়পে হায়নুনা অসিববু য়ুকোয়ে, অসিবা কুম্লক ও হায়খিবগা থা মচিদগী অসিবা কুম্লক্কে। অতিয়া সিদবনা অসিবা নওগা অপাল্ব নওগা নখোয় অনিমক। মপিংডা মী শারুও: থরায়সু হাপসে হায়রে। অসিবনা করম্ শাউ হায়বনো হংবদ। অতিয়া সিদবনা হায়রে, ঐগী ইশক তমদুনা শাউও: হায়রে। মী অদু শারিরেদা অতিয়া সিদবনা শগোল্ ফানবা খোইশাংলী চিংথেক্লে, মমিংদি মারীচিং কৌই। শগোল্ ফারে, অসিবখোয়গা অসাই শেম্বা পোং অদুসু লোইরে মমিংদি পোংনাংতোন্ কৌই। পোং অসিবু নিংশা হাপসে হায়দুনা অতিয় সিদব।। (১) করিকা (২) কারাকা (৩) অহিংবকা (৪) উকোলেনকা অমসুং (৫) নোংতম্বকা: মহাক মতোমতনা লাই মও অসি পোকএ, থরায় হাপ্লে নিংশাসু হোল্লে থরায় মপুনে থওট। ঈশিং চাইবা লাই থৈবীকসু কৌথৎলে। লাই অয়াম্বনা মখোও কারক শোক্লা মশম মানা ফানা ওাক্লিউওগী মমিংদি চি-চিং-খিং মাহিংসং কৌই। হুমলেনবনে চুক্কী মনাক্তা লৈবদি

কোনশিনরেন্নে, কাংবীরেল লীকমরুনে, পাখং বনে অহুম্ অসিদি থাপ্লকবনে। থরায় অপিকপা বু শল শেনবগুম্না শেনবীবনে। শিংনাগে হায়বসু মানে, হিংচাবগে হায়বসু মানে থোঙারেনগা মাঙ্গদ থাপ্লকবনে, মাবু শেন্নবদি থোইদোকহনেন্ কৌই। ময়াইদা লৈবনে মাপান্ থংবদি শিংতারেং কৌই। মরুদি মানা লোতুনা কোন্দদা পিরুবে। পাখংবসু ঈশিং চাইবসু থোঙারেনসু থাপ্লকবনে শীংছিং লেপ্পবদি কৌবরেন্নে, শেলগী মপুনে। ফকচেং পোকপাদি থোইচেংলেন্না লোকএ, মীনচিংবা শা, ঙা নিংশা হোল্লবা থৈবীক্না খোঙঙবা মফমদি কোনচিন তুখোক্পা কমা হৈথঙ্ঙবনে, শিদংগী মমিংদি অসিনে তাই-বংপানবা থৈবীকসু শিদবদা চঙাখিগনিয়ে॥

শিখিবগী থোঙ্গংদে ভূমদি কাংথারেন্ লৌদমরু কৌই। ঈশিং চাইবদি থোঙারেনগী মাপা তম্ভানে। তাইব পানবদা কোনচিন তুখোকপনা লানথৈগী মমিংদি তুং লাইহংলেন্ কৌই; মাপাল ফাওবদা লৌনপা নামিংদি লায়োন-লা-তানোবা কৌই নুপাগী ফিনুংদা লৈংনে। লাইরেম্মা মকৌনুং তরেৎবী কৌবদি নুপীগী ফিজংদা লৈবনে। লাই অনিগী মমিং নারবদি নুমিৎ মঙা ভাইরবনে। অহানবদি ইমানে, অনি-শুবদি ইচেমনে অহুমশুবদি ইনেমনে, মরিশুবদি ইন্দোম্নে, মঙাশুবদি ইচেন্নে তরুকশুবদি ইচানে তরেৎশুবদি ইগোনে, নিপালশুবদি ইতৈমনে, মাপন্শুবদি ইনাওনুপীনে, তরাশুবদি ইভুনে, তরামরিশুবদি অনিগক্ নামুংএ। তরামঙা শুব.গীদি

নামুংদবা য়ারবনে নামুংবগী মথান্দ অসিনে, কসা নোংথৌ-দগী তমজবনে; মানা মীবু মাপাল্ শাহনবনে, বা অসি খঙনা চৎলবদি হকচাং ময়েং তাদবনে পুন্সিবা রানে। হে ম'ওইবশা অসিবু য়েংখায়বদি থবালপিচাক নোংথৌ সিদবনা য়েংখায়বা পীএ। মহাক্না মহৌ অনিমকপু নিকথায়বনে॥

কসা নোংথৌ গঙ্খুৎ মঙা পানবনা মচ লাইরেন্ম হৈ পোকএ, নোংচুপকী পলচিদা থম্মে। থবানপিচাক্ নোংথৌ সিদবনা লাইরেম্মাবু উবদা মপুক হরাওরে। লাইনিংথৌনা লাইরেম্মাবু ঙমগে তাম্লে, লাইরেম্মানা ঙমহন্দরে। নাপিংঙাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈারইঙদা লাইনিংথৌনা লৈপাক্ শেম্না লোইরে, অমুক মহাক্না লেংবা ছুম্সু ঙমদ্রে। লাইনিংথৌ সিদবনা মচা লাইরেম্মাবু মমিং থোলবীরে মমিংদ লান-হিংনু লান্নপক্না কৌই। নোংনিংথৌ অমসুং লাইরেম্মা নোংথাংলৈমা অনিবু কোংবা থাথোংদা কোইরুনবা লাই-নিংথৌ সিদবনা হায়রমএ।

পিসুম্ থোংফৈ ওইবদি (১) অরাংদা থৌঙাইবনা ঙাকএ, (২) নোংপোক্তা থাবালুকোক্ চন্নুনা ঙাকএ, (৩) খাদা য়োঙাইবনা ঙাকএ, (৪) নোংচুপ্তা কোংতিংহলবনা ঙাকএ, মুংশিংসু, ঈশিংসু, লৌক্না উনগোইসু, নুংবা তম্মাই অপিকপসু মখোয় ময়াম্ অসিনা ঙাক্লবগা শামুতোন অয়াংববু অতিয়া সিদবনা ছুন্নরাং ছুম্লে। লাংচল রায়রে, চারাইবী লিতোন রাহরে, বাইতোন্ মসেক তারে সেক্তা মখোঙ মশক পীরে। হক্না য়াচল চম্লবদা কপ, লাউত্নুনা চেম্লে মমিংদি ঈকপা কোই।

লাইরেম্মা পিশিন্নুদি নুংপণ্ডখরে। লৈনুং চাখাখোংচোম্বী অমসুং লাইনিংথৌ পোংনাওতোন অনি চণ্ডুনা পুক্রুং হবায় থাঙপাক থাবদি মহৈ পোংখু পোংহল লোয়ক্লে। মসু থরুবসু অচুউঙে তমলকএ, ঔগ্রা শক্করে। লৈপাক লৈতারিৱৈঙেদদি লাইনিংথৌ কৌবরেন্দা নুমিৎ, থা, মৈ, ঈশিং, নুংশিং থরায় পালবা নিংশা হোম্লিবা থৈবীক্কা মণ্ডোন্দা থোগন্দুনা লৈযে। তীল্লুপ্পা তীন পোকুপনে, লাইরুপ্পা লাই পোকপনে। তম্লুপ্পা লৈপাক শেমগে ঙাইবনে। লাইনিংথৌনা লৈপাক শেম্বা লোইরবদা লাইনিংথৌগী অবাবা উরচুদা লাইরেম্মানা হ মরকই লাইনিংথৌ ও: অচুক হক্কা বারবদি হতুম লৈরম্মো এদ অবাংলম্ কারুগে নংদি চেম্বরকপদো থুংচোক্কা চোক্কনা থকও হায়রম্লগা লাইরেম্মাদি অরাংলম কাখে, মমিংদি লৈচুং চীত্রীবী কৌই; লৈমুংসু থোরক্কনা চেম্বরক্লে। লাইনিংথৌ-না থুংচোক্কা থকপবু পেনদরে, মচিন্নো ফংনা থক্লে। লাই-নিংথৌদ খোংবান্দা শিরম্মে। লাইরেম্মানা হায়, নংনা তৌরিবা অমিদি ফত্তে, হায়দুনা উরী ময়াম্ কারীবা থৈবীক্কা উম্মুংদা, লফোইদা, ফুরাদা, হৈ ওইবা থৈবীক্কা হিদাক শেমলে লোয়ক্লে।

মতাং – ১১ – শুবা

## সাইওন্ শান্নবা

ঐখোয়না হিংনা চাবা মরম চান্মা, মুন্না চাবা মরম চান্মা ভ:থাৎ-তয়াংনা চাবা তাইবঙ্ চিঞ্জাক্ হাওথোই থুমথোইরিবী পুম্নমক্পু নোংদম্লিবী নাদবা মাপাল্ থা, শিদবা মঙ লিংবী য়োইবী থোইমোম্ কাইরৈমাবু চীংঙ্ মাগী লুমাই কোইরে-ন্দগী শম্লাং তুম্ম্ কোইনা শাশেন্নগা সিদবা মাংদা থামা নুমিৎ য়াইরৎচান্দগুম্বা হে ইমোম নঙ্বু নপল্ ঐগী লুবাই কোই-রেনতোন্ মাংথোইবদগী করম্ শাকোংবনো । ইমোম্ কোলোই নমিংথোন্নবু তন্ফা-অবাংবীও: অসুম্ মিংথোনখিয়ে। মচুনিংথৌ অহলবগী মালেম্ লৈরোই ঙমদববু থৌরৈ তেংবাংল্ল চেংনা ঙমদমলু-ও: অসুম্ পাওমেনববু নাতারবগী তন্ফা অবাংবীদি লাইজা ঈরৈমানিমা ঈশিং তমলেন্নংগী ৈতরেং খানিক্লা লাইজা নকা নক্লা খারৌ খাংরেংনা লিন্দু চৈশু পালোইনমা তকুপ্ চেংলৌ মিৎপু লংমা চোংথোরক্লে ॥

অসাইগী মচুনিংথৌ লৈরাং অতোনবসু মালেম্ লৈথিন-পাইগে লাক্লবদা তন্ফা মিৎয়েং শানথৈরবগী উনবী অঙক্-চঙ্

পুক্নিং নিংশিং লৈতরবগী কোলোঙ্গ য়াথং অমেংবনা পাও-মেনখিয়ে। তরুং লাইজ্ঞা ইপাক্থক্সিদা তকুপ্ নোংথাং কুপ্পগুম্ কোয়ো কুপ্পুম্-কুপ্ থাংবল্ লাংতুম্ লংনা চেংলো মিংয়েং হোংফদনা লৈঙগী নওবু কনানো? খোইমোন্ নতে হক্পী ময়া শায়োন্ য়াম্বী করম্বনো হায়না পাওমেন্‌বাগী তক্ষ লাইজ্ঞা উরৈয়া মৈবী হাং দো বাঁ মৈরী তোমশাংনবীনা তোংলেং মরাং হৌপগুম্ পাগোই কয়ামিং মৈসেপ্পা য়েং থারক্ তয়ালহৈগুম্ চিনশানা মোইকাই ঙাংনা হেনবীদা মোশোন্ খোইরুম্ মানোক্ তিংঙগুম্ মীপুক্ হুনা পাওথুমলকএ। হে নহ ব। ঙানবা লৈতোঙ্ লেপ্পা তক্ষা য়াইনিংখোগুম্না চেংলো মিংপু লংনা অহেন মিংচুবা নোংখিল তরে বও। নুজ্ঞা ঐদি পাখ' শংব ই লোন্দবা লৌগুম্না নুংা ঙাইখোং শিগুপুক্রুম ইনা হাঙলিবনে। পা-চা নানমদা শেনকা থৌখিংদা শুমাই উরোং খিনববু পুন্না লৈতরিয়ে। তোইগুম্ থেংকুও! অঙাংও! ইনম্ পোল্লি পোনফদে। য়াকখরুবা মৈকামও! ইচিন্ তুমই কামফদে, চেগাই হুম্না পাউশাবা লৈতুম্ হুন্না পাউতোথবন্ পাউতোয়ফদে পুক্নুং হরায় মপাল্ শাদরি, মহম্ অঙ্গো য়ান্দরিয়ে॥

অসুম তোনা চিনগোই পাউমেন্নরিঙৈদা চৌংও, নোংনাংলেন অপোকপা মপন্ কুরু সিদবা মরাথংগী থৌত্ন নু মু সিদবা মথক্তা চাকচা য়াহিপ্ তম্বা থেংগু সিদবগী য়াংবীরেন্দা খোইয়ুম্ মঙান্ হকপনিনা লাইরেন্ তাউয়োইলাইবু ওইনা তোয়েন্ মশোং চাউ চিরেন্ লা য়েন মঙান নাইনা থৌত্ন

মুংমু ৩-মানা শেকচুপ্ শোরা ওইনা য়ু লে। খোইয়ুম য়াইরেন্ খোংচিতোন্না ওইথিবা নুংঙৌ নাইদবব্ থুনেং নরিবগা তেরা ওপুনশিবু পোনবা তেনোই লোন্দম চেক্লো হয়ি মিংলেন্ শোন্না পোনবা। কায়দো ফম খাম্বী নৈনা সরোদা লাংজা "ঙৈ" না ফংদবা মালং নুংশিৎসু চঙদবা ঊবু সনাচীং মঊ ওইনা য়ুংলবগা লাইরেন অঙোবনা কোনখাঙৈ. ঊয়ুং চকসয়ুংনা পনশারে তু খোং পুংথেন. চীং সল্ ৩'৩ শুনা শাশেম্লবগা পুক্নুং হংন থাঙপাক্ থারে। সরা মালেম্ লৈবাকরে মহঙৈ অঙো পা...।

লাইপাখ্ ৭-মা লানুরা ৮ মাহু তাখোক্লবগা-৩-নোয়না ঙমদসহল্লে। মাংকৈ-৮ মা, শুদাং-১৬-মা, ল.তাং-৩২-শিংথাঙৈ-৬১ মাসুং মদোম শ শেম্লবগা (৪) লৈবাক লয়রে ঙৈশেমু শৈশকলে অদুসুং মদোমদে।

অরাং কোরে) নোমদে নবু নোংলিবগা য়োংমায়ঙৈ লাঙৈরেন তাউদনবা মালেম লাংথৈ অথৈবা (২) থবা শেন-কোঙৈরেন অপালবনে, লোঙৈদাম্ থাজা থানংথো মানাচি না থারানপিচাক্ খোংচোমনুবা শাজক থাবা ওকপুরোঙৈ, তাউ-হুইরেং পুম্নমকপু তে চেং মা রেং হোনা শ শেম্লবগা খোংয়ুম্ কনাগুম্বনা নু বী সু লেন্ করম্বু মাচলমম্লম্ লৈথিনকাং চ রবনো হয়না চীংঙ্ মপু কুরুসিদবা মখে ঙথদা ইন্দানথিয়ে হায়দবরা ? অসুম রাঙৈথুংলুরগা শামু থুংকাং চা জো তরামনা

কেপ্প লোন্না পুক্নঙ্গরুবসু লৈরোই নোংলোইজরে। অসুম্ খাক্‌ংচববু নাত্তারবগী কুরু সিদবনা হরাও পুক্নিং চঙনা অমরক খাহমথয়রকএ।

পারি নঙদি চীংঙ্ নত্তক য়ুমওইনবা খোইয়ুম্ অঙানববু ওইরবনে তৌইগুম্বসু: মালেম লৈমাইথকু অসিদা তাইবং খুলিংনববু শাশেমহৌও ঃ পাউমেনবাগী কোলোই মমিং খোংনু মালেম্ খুলিংবা কৌন পাঁরমা মাগী পিবুক্‌নুংদগী মালেম্ লৈত্ত নখোক্ তীনখোক্ অপিশাবু সিদবা মাংদা থান্না চিং-থোকু লক্‌পবু কুরু সিদবনা মিৎয়েং শানখৈরবগী অনৌবা অমরক্ খাহমখিয়ে।

পারী অশেম্বাও ঃ লৈত্তৌন অপিশা তীনবী মরু পান্দবা চেংলো শক্লাইদবা অসিনা করম্ খুলিংঙমদবনো ? তৌইগুম্বসুং মদোম পঙনা মাংহনফরোইয়ে। মালেম লৈময়োনবু তরা চানাবগা তম্বা থবায় ওইজসনো ! পারি নঙবু অমরক শানশেমঙৈনে হায়না পাউমেনখোনগী খোইয়ুম্ হৈলবনা হণ্ডোইলোইত্তামচাবু তাইবং খুলিংঙমঙৈনে। অসুম খাকৎচর-বদা হে নহাবও অসিনসু তাইবং খুলিংঙমঙৈনে। অসিনসু মদোম্ পানঙমলোইয়ে। মহাকসু পঙনা মাংহন হীকফরোইএ ইঙা কুমবম্বা, ইঙেন কুমথায়ববু ওইহনঙৈনে। অসুম তৌনা খরাঙ্গ নিংশা পানবা পুম্নমকপু শাওদরবগী অমাং কোরো নোংলিংবদি উনবী পুক্নিং অঙ-চঙ লাইজা ঈরৈ চেনগুম্ পায়ুমা লৈনিংশিংঙমদরবগী মপল সিদবনা মপারীগী থম্মোয়

লৈবুং লৈকানুংদা মালং নুংশিং অমা ইরোইননা শং শং খণ্ডহল্লুববগী খোইয়ুম্‌ মাগী শামি তম্না শানশেম্বু হকচাং ক্বাবুম্‌ তয়া মানচিংনা তাইবং মীওই চণ্ডখোম্লবগী অতিংঙা শামু খুংনা থিল্লবসুং খুং নামুং খোইয়ুম লাই মরুনা পুক্লিং হরাঙ থোইনা রাহমলক্কে। পারি মংফি নপল ঐগী পায়-মন্নুংগী বারম অথুপ্পবু করম খণ্ডলুবনো? কোলোঙ্গ নমিং খোংবু নমু পোং পোকপা হায়না অমরক মিংহোংনখিওঃ হায়দবরা? হে লিক্লাইও মদোম্‌ লৈজহনখিয়ে। অসাইঙৈগী লাইজ ঈপাকথক্তা কোরো চুমিথাং খানগুম তোংচেং মাইরেং হৌনা শান্ন পাউতাগবীসুং কোরো চুমিং চুপ্পগী মদোম্‌ ঈশিং তমলেন্নংদা কোঙ্গোল ঈরিক তাক্‌ম্‌ শাহ্‌খিয়ে।

ক্রুরু সিদবন। মমোম্‌ শক্তোঙ্গ চিংনা য়েংদা পাউমেন-ঙমএ। নঙ্ঘ নিংথৌ অহলবদি লয়বু শেম নোংবু নয়ওইরবগী নমু পোংনচিংনা থরাঙ্গ অচং অরেপ পুম্নমকপু তাইবং থুলিং-ঙমলে। ইমোম্‌ নঙবু অনা হক্লা চোক্লরিবৈনে। কোলোঙ্গ নমিংথোংবু মালেম্‌ লৈরাশুবী কোরো নোংলৌচিংবী হায়না নোইনু থুমলৈমা, লেমলৈ ঙারৈমা, লোইমোম ফৌওইবী কৌনা থাংঙা য়ুম্বুম হাংদনা বুমপরেন পামদং কেন্না তরা চাকা তম (১) তরেৎ লনয়েনলো॥

লয়ফু থুনগুম্বদা তানগোং লাইশ্রাবীচা য়াহিপ্পনা নাদবা মঙ লিংজোওঃ হায়না পাউওক্লবগা লৈমরেম সিদবীদি মপল ম্খোঙ-থাগী মালং চৈরোয়নখিয়ে হায়দবরা? ॥০॥

মতাং - ১২ - শুবা

## লৈখোং নেংখোং কোইবা

অসাইগী চৈংউ, অতোনবসুং উনবী পুক্কিং গুক্ তুন্থুং লংনা-পুনগুম্ মায়খোং ঙাং কানা মপল্ স্না মখোঙখাদা রাইথুংলরবগা অতিংঙা কোনথৈ অতাম্বানা। শম্লাং তোনগামনা পাওথেমগে। পারী অতোনবওঃ নশাবী কোংয়াং রাপিহল্ লোয়-রেল লয়থৈ ছাম্রা হুনদনা মালেম্ ?শেনা কোরৌ নোংলংবনু উনবী নখোয় শাউনা অরাঃ শোনথৈ নৈ ক্লগনো। পারী নখোঙ্গ অহুম্‌গক্‌পু মালেম্ তান্নরেহায় কোরৌ নোংখোং কোইবহুন্ মেংনরুওঃ! নপল্ ঐগী সনা ইখোংখাদা হান্না রাইথু লবা অমদি চৈংউ ঐগী ময়াই কোইরেন্ সুমেরু চৈং অনবু শম্নু থুংশিন্নউনে। অসুম্ বাহমথেনবু নাওরবগী মশাবী অহলবদি পুক্কিং হরাও থোইনা নোংশাবা পাঙ্গলদা উন্থী শারাইথৌবু শাদোং ওইনা মালং চৈরোইনথিয়ে। মশাবী চৈংখোং য়াইমবসুং অসুম্ অরাংদা পাম্বা কৈরেন্ তোংহুনা নো খোং কোইথিয়ে হায়দবরা ?

মশানো অতোনবদি চৈংউ, মাগী শাদোং শম্নু পাঙ্গল্ শে নবগী উনবী লৈনিংশিংনা নিংথনুক্কুবগী মালেম্ লৈখোং

কোইনা কোরৌ নোংখোং কোইবদি মাগী কৈদোন্‌গনো ?
ইপল্‌ কুরু সিদবগী চোইনৌ স্না ফম্বান্নাংবু থোইন্নু অমা
লৈতবা অহুনে পলেম্‌ ইমা থৌতিক্‌খোনগী ইপল্‌ স্না মখোঙ
খাহুম্‌ কোইজগে হায়খিয়ে। মতুদা কুরুনা ফম্বাল ওক্না
তোংলগা চৎলু হায়খিয়ে। হয়িংক্না কুরুগী কানখোং কোইয়ু
হায়হুনা অতয়া সিদবনে, অসিবনে অনিমক্‌ নোংখোং
কোইবা চৎলু হায়এ কুরুনা অতোনবা নংসু নোংখোং
কৌইবা চৎলো হায়না থৌএ।

পান্থী ইবুংঙো নখোয়না কোরৌগী নোংখোং কোইবা
মালেমগী লৈখোঙ্‌ কোইবা চৎপা মতমদা মউ য়াওদবা
পামেল্‌ অমা শকথঙলকউ, হৈখোক য়াওদবা তাউজিং অমসু
শকথঙলকউ, লৈখোক্‌ য়াওদবা শিঙেল লৈরাং অমসু শক
খঙলকউ। কোরৌ নোংখোং মালেম লৈখোং কোইবা
নচিন ননাও নখোঙ্গী অহুমমক্না চৎলু। অতোনবানা থুমএ,
"ঐদি কুরুগী কানখোংহুম্‌ কোইজগে নোংথৌ মখো দি
লৈতে হায়এ," চৌংঙ্‌ থোইমোম্‌ কুরু সিদবনা হায়, পান্থী
ইবুংঙো নচিল ননাও নখোঙ্গনা মালেম্‌ লৈকোইপুং অসিদা
লৈরিবা অরিবা লাই হিংচাবা অচৎ চত্তা লেংলি পান্নিবা
পুন্নমক অসিগী হৌরকফম্‌ মউ খঙজবা ঙম্নবদি অদু খঙবগা
ইপাগী ইকমদা তমলোলাও ঃ লাংওন্‌ খঙদ্রগনা খঙনবা থিজিন্নু।

মালেম নোংখোং তরেৎলক্‌ কোইবা ঙম্বা ইচাওনা
খঙগদবনি, ফম্বালগী মতিক্তি, কোইবা ঙম্বা কনানো? ঐগী

মাংদা লেপলরো মরম অসি খঙজবা হানবা অদুনা কংলৈ সনা লৈপাক লৈময়োন অসিদা ইপাগী থুভম্ শিন্নয়ন্নগে। বা অসি তাবদা ফুহিংস্না অসিবনে, অতিয়া সিদবনে, অমসুং কোনচিন তুথোকস্নানে অহুম মক্কা পহৌগী ফম্বাল অসিদি মতিক য়াম্না চাউবনি তেংপানবা মপুগী ময়োননি হায়এ। মতুদা কোংলোতোন লৌথবনা হায়এ, য়াম্নুং ননাওদি পাঙ্গল্ শোপ্লি চৎপা ওমজরোই হায়এ। খোইয়ুম কুরু সিদবগী য়াথংদি মালেম্ লৈপাক তাইদবনা অতিয়া সিদবনে, ফুহিং স্না অসিবনে অনিমক্কা কুরুবু থুরুম্নগা মালেম্ কোইরুখিগে হায়দুনা থোরক্লে। পাম্বা কৈরেন্ নোংশা খাবাক লাক্নুনা নোংশা থক্তা তোংদুনা লাক্লে। মালেম্ কোইবা হৌখিবা মফম খঙনবা হায়দুনা লৈপুঙ অমা থোল্লমই মফম অদুদগী হৌনা লাকপনা লাইগী লৈপাক য়োরক্লে।

অতিয়া সিদবা, ফুহিংসনা অসিবা অনিমক্কা অহানবা লৈশেম্বা মপুগী মফমদা চঙদুনা হংখি। হে চীংঙ্ খোইয়ুম্ সিদবা লৈরিবা থৈবীক নহাক্কী মালেমনি, হে লাই পাঙ্গলবা অদুউঙে মালেম্ লৈশেম লৈহৌরকপদা ঈহৌ ইপুনা লৈপাক অসি মপু অমা লাকখিগনি, মপু অদু লাক্তিফাওবা লৈপাক অসি শংঙ্ হায়উঙেদা নহাক্কী মালেম্ পুন্নমক অসিগী মরম্ খঙনা শঙখিবনি। মরম অসিনা অচৎ চত্তা লেংলি পাম্লিবা নুমিৎ, থা, থাবানপিচাক্, নুমিৎ চয়োল তরেৎমকসু নহাক্কী সায়োন্না ওন্নিবনি অসিগা লোইননা লাইনিং লম্বীসু খঙলিবনি অদুগা নহাক্কী মালেম্, লমদম ওইরিবা ওইরকদোরিবা তাইবংপানবগী

হেকম কাফম মরুদি মপু নহাক্তনা খণ্ডফম্ থোকই। মরম পুম্নমক অসি ঐঙোন্দসু খর খঙহনবীয়ু হায়দবরা ?

ঝা অসি তাবদা লৈশেম্বা মপু লাই মরু সিদবা ইবুংঙো মহাক্না ঙক্লত্লনা হায়খি, হে লাইগী নিংথৌ অথোইবা ওইরবা মালেম পুম্নমকু অনি ওইননবা সিন্‌লকু হোৌরকপা হৌদোক-ঈহৌ ইপু সিদবগী সায়োন্ ওইরকপদি নহাক্নী তাইবংপানবগী মপু ওইনবা লৈশেম লৈলৌরকঙৈদগী ঈহৌ ইপুনা সায়োন্দুনা নোংদম্লবা নহাক্না হংঙিবা বাফম অসি অঙকপা ঝানি লাইগী লিক ওইবা অমাং-অতা লৈত্রবা লোনচৎ অসিনা ফনানা লেংলিবনো ? অসুক ফজথ্‌বা মপুগী লাংঙনগী মরম খঙঙিবা তাইবং মপু ওইগদবা নহাকপু য়েংবদা ঐহাক্না হেন্না ঙক্লে। অঙকপনি ইবুংঙো নংদি নপাঙ্গল কল্লবাননা মালেম লমদম অসুক পাক চাওব্রবা অসি কোইনা থিরুরগা পন্থো থোইমোম্ কুরু সিদবদা পাওদম তমথ্রবা ঝাবু চীংঙ্ থোইম্নুম্ সিদবনা খঙলবদা লৈশেম্বা মপু ঐঙোন্দা অমুক্তদি তম্বীয়ু লাইগী নিংথৌ লাইয়িংথৌ, তেংপানবা মপু অসুপ্না লাইয়িংথৌ ইবুংঙোগী বাহং অসিদা লৈশেম্বা মপুনা খঙদ্রবদা ফরে অড্ডদি ঐগী ইয়াম্বা অতিয়া সিদবগা লোইননা ঐ মালেম কোইরুখিগে হায়ত্লনা থোক্লকপনা তরুকলকু কোইবা লোইরগা তরেৎলক শুনা কোইবা হৌরক্লি।

মতম অড্ডদা লৈমায়োন্দা কোনচিন তুথোকপনা ঙংক্লে। ঝাম্বং অনিমক্না নোংথোং কোইবা অসি তরুকলকু শুথ বদা

মপুক্লিংদা চিংনরক্লে। কোনচিন্ তুথোকপনা মিংস্না তরুং লাইজ্রা ঈরাচেল থুদাং পিফম্ তৈত্তুনা তাংজা মরাই লক্লা মমা ইবেম্মা লৈসিরেন্ লৈপুনবীগী মফমদা চংজরকই। মচাগী অবাবা রাখল্ অদু উবদা মমানা হুংলকই, পারি ইবুংঙো চরৈ অতোনবা ইচানা ঙসি নুংশুক নুংজাননা লাকপবু করি নমিং থুংদবা লৈরবগে? ইমাদা হায়য়ু রাফম্ য়াথং অসি মমা ইবেম্মনা তাকপিরবদা কোনচিন তুথোকপনা হায়রকই ইমা য়াম্বুং অনিমক্তি মালেম্ লমদম অসিগী মরু হৌরকফম্ মথোঙ থিবা চংখ্রে। চীংঙু খোমোম্ লাই মরু সিদবা পহৌনা মরম অসি খঙউ হায়তুনা খোংশানখ্রে। নচা ঐদি ইপাঙ্গল শোনবনিনা মফম অসিদগী খোংশান্দুনা চংপা ওমজদে মরম্ অসিদগী পুক্লিং নুংঙাইতত্তুনা মরম অসিতদি খঙজনিংত্তুনা ইমাগী নাক্তা লাকচবনি। মচাগী রা তাবদা নুংঙাইদা পারী ইবুংঙো ইচানা মিংস্রা ইরা চেন্না তরুং লাইজা ইথক হৌনা লাকপদি রাগনু ইমানা তাক্কানি॥

পারী ইবুংঙো নহাক্লা হায়রিবা গরম অতুদি কোইনা চত্তুনা হেক ফংবা নত্তে, হায়রিবা ইবুংঙো মহাক অদুদি অমত্তনে অনিশুনা লৈবা নত্তেয়ে তাইবংপানবগী মউ ওইগ-দৌরবা তাইবংপানবগী অচৎ চত্তা লেংলি পাম্নিবা লাই হিংচাবা খিবীক্কী চংজফমনি। কৌরকপা উপাল অমনা মশা লোংলগা মশাশিং অদুদগী মনা ময়োন্ মরু মহৈ থাইদোক-খিবর্তন। পান্নী ইবুংঙো তাইবগী ইচেলনা কনখিবনা নশাবু শানা শঙজদরে; নদোম্ নদোম্না কাজেরে। পারী ইবুংঙো

কাওনদু পারী নংগী নশরুক্কি তপথোও: নোংখো: চীং-
খোং লাংখোং মালেম নৈরোন তরেৎ কোরো অ'ত-ভাগী
শুইদাই ওইরিবা নপাবুংনি। পারী ইবুংঙো চরৈতোন্ ন না
হায়রিবা মরম অত্ত মালেমদা থিবা থওলোইকো ইমা মা হায়গে
তাউ। মালেম নৈখোং কোইববু ইমাগী খোঙ কোইবা কোই।
কোরো নোংখোং কোইববু ইপাগী খোঙ কোইবু কোই।
মউ য়াওদবা পামেনদি পহৌগী ফম্বাল তাংবনি, নৈখোক
য়াওদবা তাউজিংদি পহৌ পোকমাবনি, নৈখোক্ য়াওদবা
নৈরাংদি নপল পলেম পোকমাবনি থওউ।

কোরো মালেম্ অনি তাইনরক্পবু তাইবংপান্ কৌই।
পারী ইবুংঙো মালেম্ তাইবংপান অনিগী হৌরকফম্ মক্রদি
অমত্তনে। মদুদি নংনা নুংতিগী থোগল তৌজরিবা চীংঙ-
থোইমোম্ সিদবা অমাং-অতা লৈত্রবা ইবুংঙো মহাক্কী লোং-
থোকথিবা মশানি। ইবুংঙো মহাক অনিনা অমুক্ য়াম্বা
সায়োন্ লাংওন্ আস শান্নগে নিংলক্না মহাক্কী তোবা
ওম্বা মরম থর লৈশেম্বা মপুগী মফমদা হাপপিদুনা ইবুংঙো
মহাক্কা শান্নগদোরিবা সায়োন্ লাংওন থোরম তাঙ্গবং মপুগী
লৈরিবা লোনচৎ অসি লৈশেম্বা মপুগা তাঙ্গবং মপুগা লোইংনা
অথোঙ্গবা লাঙ্গগী লিক, লাঙ্গগী শুরোন্ চারোন মরম্ য়েংদুনা
অচৎ-চত্তা লাঙ্গ হিংচাবা, নুমিৎ, থা, থবানপিচাক পুঙ্গমক
অসি থৈবীক শেমহনবত্তনি।

মরম অসি থওনা তেংপানবা মপুগী ময়োন্ ওইরিবা নপল্
পহৌগী ফমলেন্ কাংথোঙ, অসিবু তরেৎলক কোইরপা নপল্

পঙ্গৌগী খুয়ারেন্ ঙাংলৌ থম্বাল্ লৈঙাং লৈকাবু পোক্কা পুংনমজো, মাকেম্ লৈখোং মোংখোং কোইবা শক্লনি। পুংমাক অসি অমাং-হন্তা লৈত্রবা ইবুংঙো মহাক্কী মায়োক্ত লা ওন থোরমনি। মা অসি তাবদা কোনচিন্ন তুখোকপনা মম' নু খুরুমম্নগা চীংঙু খোইমোম্ সিদবগী মক্কম তান্না লাক্কে। তাইবং মপু চীংঙু খোইমোম্ সিদবা মপুনা কম্বাল তোংক্লুনা লাঙ্গ-৮-মক্কা কাংহাঙ্গ পৌগল্ তোদ্না লৈরিঙৈদা কোনচিন্ন তুংখোকপনা চীংঙু খোঙ্গমোম্ কুরু সিদবগী ফমলেন্ কাংখোঙ্ ভরেংলক্ হন্না কোঙ্গরগা মপাল্ পঙ্গৌগী ঙাংলৌ থম্বাল খুয়ারেনবু পায়রুনা মাপেম্ লৈমায়থক্তা কোংয়াং চৈনা তাবগুম্ ভরেংলক্ হন্না মঙক্কা চরৈ-য়েংৎ লুরাঙ্গ শমদোন কোইরুনা ইয়া নাপী চিক্কা খুরুমজরুনা চীংঙু খোইমোম্ সিদববু হন্না হন্না পুনেমজে ॥

মচাগী মতৌ উবদা চীংঙু খোইমোম্ সিদবনা হংলকই, পারি ইবুংঙো চরৈ-অতোনবা ইচানা অসি (ঙসি) কোরৌ মুনিত্তা ইপাবু নংনা খুরুম লৈপাইরবসিবু মরম করি হংনিংবা লৈবগে হায়রু পারি খোম্মতোন্ নংনা মফম্ অসিদা লাক্লিব-সিনা কননা তাকপগে হায়রু? মা অসি তাবদা কোনচিন্ন তুখোকপনা মরৌ চাউবা কোংলৌতোন লৌথিবনা পাওথুম-জথি, পঙ্গৌ ইবুংঙো ইমা লৈমরেন্না তাকপিবনি পাওথুমজথিরে।

কোংলৌতোন লৌথিবনা মপাল্ পঙ্গৌ য়েংক্লুনা হায়জথি, হে চীংঙু খোইমোম্ সিদবা থিলেন্ উংলৈ হুংসগী লাবা

খিয়াং থোক্না লমহৌরক।। লৈশেমগী মসাংদগী চৌনা লৈরম্লবা ইবুংঙোনা নহাক্কী নহাওথংনা অচৎ-তে কোলি পাম্লনবা মী, লাই, হিংচাবা অসি লৈ ... শেংতুনা নংস মথা অয়াম্বা থোরম্, সায়োন লাংঙন শান্নরিবা পুরমক্ অমগী মউ মখোং হৌরকফম্ মরুদগী শন্দোক্ত, শান্নরিবা থিয়ু হায়না নহাক তাকপিবা অপন্দগী লৈত্রব পাক-চাওরব অ ইবং পান অসিনা কোইনা চৎপদা চাংজো লাম্বা ফাওরবা অসিনা নচানা চৎপদ ইবুংঙো নহাক্নু মচানা লাম্বা ফংগনি হায়রবা নচাগী রাথন্দা থলফম থোক্কে। লংদবা সিদবা মউ মপাল্ অমত্তা মথল্ মথা অয়াম্বা মশা মনা লোংথোকহন্দুনা থেদোম নরিংঙা লাংঙন থোরম্ শান্নগে। থাজ্ঞি পানবশিংবু পেলহনগে শুমহৎকে হায়না শান্নরক্কইবা চে চাংঙু থোইমোম্ সিদবা রাইবীরেন্ পুরমক অসি নহাক্তী তাক্কপা থাক্কনি॥

ইবুংঙো নহাক্কি নীতিক নয়াই তৌভম্বা পোকম্ হায়না সিনবা থুনা হাপ্পিতুনা মথল মথা অয়াম্বা লাই হিংচাবা মী লই অইবাগী অচৎ-তো থবজ্ঞি পানবশিংবু থোদা থাদ্রেন লোংখাতুনা শেম্বারিবা ইবুংঙো নংগী নীতিক নয়াই তৌভম্বু লৈরিক লৈকা লৈহী লৈগী মঙান্ ফংজনিংতুনা ঙাংলো থম্মাল্ লৈ ঙাং লৈকাবু শোক্কা চুমজবা তাংজ ঈকোক্ কৎনা হন্না হন্না হুরুমজরি। থৌজানগী মিৎয়েংনা য়েংবীতুনা লা বল্ থোইগু খোন্দনবা নয়াথংবু চরৈ ফিগাও শানা য়াজরি। তাকপিবা মাথংগী নচুং মতুং হন্না চেংগে ঙাইজরি নচানা মপারি চরৈ

অতোনবগী খোনথোক্ থে'ঞ্জেন মুংশিং খোমথাং বাহৈ ভাবদা চাংঙু কে ইমেৎম সিদবনা পেনবিরম্বুনা মচাবু মালেম্ মৈমাই-থঙ্গী কেৎনম-পিরগা পান্নী ইখুঙো অতোনবা নংদি ঐগী ইাত অক্রবধু করম্না খঙবনো ? হৌরকপা নপা খঙবদি নহক্তান ইচা অঙ্গিবদি নংনে পিপা খঙবা নহাক্ অদি অতানবদা পৌরম্না নাংঙদি কোনচিন তুথোক ম্না কৌরম্মী, মথ দা কোনচিন তিংথোক্পা কৌএ। মালেম লৈশেম-লৈপা নংগী চাউই হায়ম্বুনা পোংলৌতোন লৌথিবা কৌই। কানগোম্বু কোইবদা পিপা খঙই পাখং য়োইরেন্ তোন-পোক্পা কৌরগে। ইপাগী ফম্বাল ফংবদগী লৈনুং লোনজা অরিবা পাথ বা কৌরগে তাইবং থুন্দারকপশিংনা খঙনরসন্থ। নতাক্তগী মথং লে না শগথম্বুনা নিংলৌ পানবা লৈবাক ওইরসন্থ অাস হায়না নোংদম্বীম্বুনা চীংঙু খোইমোম্ কুরু সিদবগী সনা তাংবলথক্তা থাঙ্গংনারে। মিংয়েং শানখৈরবগী শয়েং পানগা লাক কৈরা-তন্দং ঘোংনা গাঙমেন্নখিয়ে॥

হে পাখি অতোনবা মঙাদ পাল ঐগী ইত্তিক লাইজা ঈরেনপুং গুম্ববু করম শকখঙলুবনো হায়ন নোংখৌ শাইরোং মরু তাবগুম্ অতোনবা মহাকচাংদা তাশিনম্রে।

অসাইৎগী মশাবী মালেম্ মানা লোইমনা কোরো নোংখোং কোইবসুং রাইখুংলরদদা মপাল চেংলৌ শকখঙ ঙমদা মশানৌ অতোনবরা হায়বসুং নাঙ-পুক্লিং অঙক-চঙ হি করিনো ? ওম্বোদএ হায়না অবা পোংলুম্‌পু খোঙবী

লরখৈ য়েং তাজা মরাইবকপু শমু খুৎনা নম্না শকথো টঙাং হৌ. লাইজা মিৎপান্ চোন্না শোল্লমএ। ইপল. সিদবা ময়াথংবু লায়াই ছুম্ব. তোন্দা পুনা পাখং শগথোং চারান "ঙ" থু কংদা অমা ছুইরাং শোন্দনা থৌনজবনে। শেনবী কবো শম্নাসুং সিদমগ্র। মুরা লুথোং পোৎসুখাং লাক্কমএ। নি থৌ কোংঙামা করম্ কুবু কুবীদবনো কল্লকএ হায়না নিংচুনা লৈরিঙৈদা মশানৌ রাকলেন্ তোংইগী চিংথোং য়াইনবসুং মরাম্ বাইথুংলরবদা মশাখীগী পুক্নিং মতৌ য়েংনা রাহমাখয়ে।

হে ইশাবী য়াইবী য়েলহৌগী কম্বা লৈশা হানবা নওবু কল্লিগী ইনবী লাংতক্রনা নিংহন্ লৈঙম্বনো ? ঐখোমগী পচ্ছৌ ইপা পোকম্বদি লাংঙন্ মতৌ য়ামঙম্বা লাইনে হায়বা খঙদবরা ? ইশানৌ অঙোনবগী শমু মহকচাংদা তাউঙ্গিং হৈরা তাজম্ কাশিঞ্জ.গী পছৌ শংখং. ঙ দরবনো মশাই কোইরেন্ কম্লিবা অ.মহুম্ন য়াং তো মা.া.বা খাং। পুরুনলসে হায়ং। মশাবী অহলবা শকা.বং পানগা লাক্না খুনমনবে হ য়দবরা ? অহুম তোনা মালেম্ লৈদা তানা কাউবা চাম্লুক্না থুক্নমজবদু মিংয়েং শানখৈরবগী নুংশি মতৌকুম্ববু লৈতনা মপারী অতোনবগী মহাকচাং পিবুক্ন.দা থাম্বা মৈরিক্ য়াইগুম্ চোংশিনখিবা লাইমিংথৌনা মৈচিন মরোন-হুংদগী য়োইমল্লাই লাইরেন্ তাউদনবা মালেম্ লাংজখৈ অথৈবা থবী শেনকোইরেং অপান্বা নুমিৎ য়োইরেং চাম্না চোংথোক্লকপগুম্ চীংঙ. মাংদা লেপ্পা পাউদমলকএ ॥

হে ইপারী কোনো নোংবু নোংবু খোন্‌বা ম্যালেম্‌ লয়বু জুম্বা নংদি নপল্‌ ইককুচা-বু কনা লৈরিগবনো পারী নংবু খোইবা চংঙ্‌ কনা লৈরীগবনো ? পুক্লিং চিনথোবু পুম্বা লৈরুগনো তৌইগুম্বসুং নশানৌ ভংভোন্‌বা নপল্‌ ইকিক্‌ মরুববু খঙলম্বগী সিদবা মাংদা থাঙম্লে । নপা ঐবু খঙ-ঙম্লে হায়বগী পারী পাখংবা কৌওয়ে । নমু তাইবং খুননিংথৌবু ওইরবেঙনে । খরাঙ্গ নিংশা হোম্লিবা পুমমক্কা চরৈ মফশেং তরা মচাক্‌চাবু তম্না য়োইনা খৌথম্নরমনো । লাংলেন্‌ কোংয়াং রাপিহল্‌ নওদি নয়েং য়েংহৌগী লংসুং লিহৌ মচন্‌গী শেকমোম্‌ কায়বিলিবু পরিং লাংশঙ্‌ থামা লিহৌবা নত্তবরা শক্তিক্‌ নোংদম্বা থাবা নোংখায়বগুম্‌ মুংনাং চাদা লোই অহেনবা কোনা খোইম্নুম্‌ লাইয়িংথো ওইয়ো নোংদম্বনে । তাইবং নোংশাশান পুম্নমক্কা তুমিং শিংবুম্‌ খুদিংবু খৌনি থাজংমসুনে । খোইয়ুম নংসুং অপক্‌মা অচং অয়েপ্‌ খৈবীকপু খৌজান্‌ শিন্নবা থুংনা লনকুবীঙেনে । অহিং ঙানবা য়াইরংচান্‌ লোই-তাম্‌ থাজ-পাথংবদা য়াইহিপা নিংনাং য়াংশারিক আপশানা চীংখোং য়াপা কারনৌও : ॥ পারী চীংখোং য়াইমাবা মঙম্‌ নমিং অসিবা সিদবা কোনা তাইবং অচং-অওং পুমমক্কী খরায় মহীরেন্‌ সিদববু ওইনা নপল্‌ ঐগা তেথোক তেশিন্নঙেনে ॥

পারী অতোনবা নংদি কোলোজ নমিংখোংবু লংবা য়াইচংচানা কোনা য়োইমম্লাঙ্গ লাইরেন্‌ তাঙ্দনবা মহুম মুংগী

চকথাং য়াউরোইকান্ নৈবুল. মৈজাও থানা চোংলেন্ ঈনাম্. থান্না হয়েং মতুং ক্রুমগুন্ য়াশবগা নৈতুং থরুক. অশৈবা মোইকাই থাবু লিবা লিক্লাং ওাংকে.ইনবনা চাংথোং তমলা নোংদমজোও ! ইমোম্ নোংথাংনৈলেমা নংদি পারী ওয়রেংগ্ থানা শেন্নরো । তিন্নিরেন্ সিদবা সোয়ারেন্ অমঙ্গা নোংপোক্ লাই মচি রাংবরেন্ থানা চাউবা থাংচিং, মাবচিং, লাই নথোঈ খৈবীকসুং লোইনা থোংবন্নরয়ো ।

পান্নী ইবু ঙো কম্বাল. অসি নংনা কংজবা নমিংনা টংকুং-তুও অসি হায়না কৌদুনা নোংদম্বীরগা থোইমোম্ কুরু সিদবগা কম্বাল লাংমিন্নথি । মপারী চরৈ অতোনববু কোন্দুনা থোইমোম্ কুরু সিদবনা চুপথরে । মপা খওবা মচাদি পাার নংগী হায়খে্। পারি নংগী নমিংবু ওসিদগী হোদুনা তুংশি কোলোঈ থোল্লমলগে পাখ বর হায়দুনা পারী নংগী সলু লাইপক ময়াইদা পাক্লবা অদু করিনো হায়না কুরুনা হংবদা পাখংবনা থুমজরকই । কমলেন্ ফাংথোং তরেৎলক্ হন্না কোইরগা মালেম নৈশা শোক্লা পুনেমজবদা সলু লাইবক্লা মালেম নৈশা পকলকপানি হায়না খুরুমজরগা নৈশা কোরুবা তকথোকলক্পদা কুরুনা খামাখ ॥

পারি ইবুংঙো মুংথংখিগনু ইপাশা য়েংবদা খান্না কজখে্, মহাকী সলু লাইপক খেরাং য়াইদা পাক্লবা মমশা আসিদি সায়োন লাংওনগী চাদা নাউদা পোইরৈ চাতোন্ শুরোন কাওবদা চংন পাথাপ. ওইনা সলু লাইপক ময়াইদা নর্মশা

ওইনা নম্লগা মপু থৌগল্ চংলকপা মতমদা য়াইফ মথোই তোংনবা ঈহৌ ইপু সিদবগী য়াইফ ইরাৎ তৌরগা য়াইফরোনবু লাউরগা য়াইফ গথোই কাডুনা য়াইফ মহৈ ফংবা ওইরসনু।

ঈহৌ ইপুনা মালেম্ কোকথক্তা হাপ্তুনা পুখৎলকই মালেম্ লৈপাক্ লৈশাবু ইকোক্ লেংদা থোংনা সলু লাইবক্তা মালেম লৈপাক্তা নমশা ওইনা নম্বদ ইপুনা মালেম শেম্বা শকতম্ ওইগনি।

ইপুগী থৌজান্ মহৈ ফংনবা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী সলু লাইপক্তা মালেম্ লৈপাক্তা নমশা ওইনা নম্বদা ইপুনা মালেম্ শেম্বা শকতম্ ওইগনি। নমশা নম্বা ফুরুপ্পু নহাক্কী চাগোক সল্লাঈনি খঙ্গনি।

নম্বাম্বুং চেংলৌ শকপানথোংবু শং শং নিংজরবা মী-লাই, তাইবংনা পারী নংবু অকাওবা লৈরবোই পলেম নমা লৈসিরে লৈপুনবী লৈমা লৈনবীসু পারী নংবু থাররোইদবনি। নম্বাম্বংগী চেংলৌ শকপানথোংবু শং শং লেপ্পা খঙগে হায়রবদি লৈহা চেনবা লৈরা বু লেপ্পা মশক খঙনবা নম্বাম্বুংগে পুন্নমক্কী মরু ওইবা লাইনি পুন্নমক অসি মানা শাথোরিবনি খঙউ ॥০॥

মতাং - ১৩ - শুবা

## পাখংবনা কম্বাল তোংবা

ইহৌ ইপু শিজবগী থৌশিল্লা রায়েন্ পোইরে চুমল্লে। ঐগী সনা কম্বালবু নংগী লেপ্না ওইখরে। ওসিদগী হৌদুনা নিংথৌ হাপ্লগে। ঐগী থৌরম লোইদুনা লাইলৈপাক্তা চৎলগে। লৈথোং, নো থোং মোংথৌ মথোঙ্ কোঙ্গীথবা লাঙ্গীগী মশক্ ওইবা নয়াম্বা অনিবু ঐনা উম্নৃন্দ্রিইঙেদা মফম্ অসিদা নয়াম্বু' অনিন লাক্লগা নহুনা মথোঙ্গ লোইহল্লু থৌরোক্ শেরীক্ হায়দুনা থেমজিল্লু য়াংখদবা মতমদা ইপা অমুক লাক্কনি। নয়াম্বুং অশিববু ইপানা মথোঙ্গ লোইহনগনি কারি অমত্তা কিগনু লৈপাক মরা তাহল্লো অশোঙ্গ-অত্তাম্ খৈবাকপু নংমা কুপ্না য়েংশিল্লু।

স্না কম্বাল্ ফমলেবু পাখংবদা শিন্নরে। পারী ইবুংঙো তাইবং খওদবসু খওহৌরসনো নমু তাদবসু তাহৌরসনো ইপারী ইবুংঙো ঙসি নৌনা কোলোঙ্গ নমিং থোনজল্লগে।

নপা ঐ মশাক থঙই, পাবু খঙবা পাখংবা হায়না কোলোঙ্গ ভমিং কোলোঙ্গ মমিং থোল্লমঞ। পান্নী ইবুংঙো ঙসিদগী ফম্বা থক্তা লেংথংলে। ইপানা ফম্বাল্ উরেন্ মহী য়ারগে।

পাখংবনা ফম্বালথক্তা ফমজরে মপাবুংগী য়াখ্‌না চৌংঙ্ লাইয়াম্না ইদিক ইশালে, লাইয়াম্না পাখংববু য়াইফ থোইরে হায়না লাউরে। মতুং আসদা খোইমোম্ কুরু সিদবনা সল্লাঙ্গ লুপ্-৮-বু পুথোক্ত্না লৈবাক অসিদা মথং লেংনা শমথরগে নিংলদুনা কংলৈ সনা পুংময়োনবু মগিং মিহিং-তোংলৈবা তোংনানিক কোত্তুনা নিংথো পোৎলোঙ্গ শনপোৎপু পাখংবা লৈন্নুং লোনজা অরিবগী মফমদা খুংশিন্নতুনা পীরে। ইংলো য়াইবী চৈংঙ্ খোইমোম্ কুরু সিদবনা মচাগী মরুম থুপ্না নুংঙাইয়াইফ মহৈ চানা চুংশাংনা মপান্নী চরৈ অহলবা অহৈবং মপু সুল্লবা মথাং ঙাইত্তুনা লৈরম্মী মত্তু উবদা লৈসিরেন্ লৈপুনবীনা মহাক্রগী তোবা ঙম্বা থোরম্ পুথোক্ত্না সনা খোংনাং লৈমা হায়ত্তুনা থোন্দুনা পাখংবা মচাদা শিন্নরে।

পাখংবনা ফম্বাল্ ফম্লবদা লাঙ্গপুংথো অয়াম্বা লাঙ্গনুরা অয়াম্বনা লাঙ্গনিংথৌবু থৌগল তৌএ, কেঈনা ঙাকএ। লাঙ্গরেম্মা তনৌ নোংতরেংবীনা ময়াঙ্গদা থমলে, ময়াঙ্গদগী কে ক্রেকে খোংএ। লাইনিংথৌনা মোক মোক খোংএ। লাইনিংথৌনা তানশিনখিরে, লাইরেম্মানা চেম্হোকখি অসুম্ তৌনা কৌথেম্মী শান্নে। খুৎশম্ লেংশিন্নতুনা কাওথেম্বা কাওথেম্বা কাউনা মতোন্ রাইচাসে কৌ কৌ খোংচিংনত্তুনা

শান্না কুম্মৈ অয়াম্বা নুংঙাইনেরে শান্নবা নক্ষমদি চথা।।
উতোইরোক্ উমংদা শান্নেএ ॥

কোনচিন তিংথোক্ন।। য়োইঙ্গয়াই পাখবগী নিংথো ফম্বাল্ তোংবা।। লাইয়াম্ লাকপা শেল্লোঙ্গ উংলৈ চিংদা তকুপ্ পুবৈ চীংতোমপোক্ মরা কোনথাং লোক্ত-খোমত্তু, লোকলেন্-লাননেম্, পেরুক্-পোরাই শাম্বা থংথো, লেমদা শোইদা ঈশকলেন্-ঈরাংলেন্ ইওনথাং-ইরাইথং লাইয়িংথৌ মিং মরু মাইঙ্গক চীংলেম্বা লাইপুং- ৭-৯-নক্কা লাইনুরা তরেংমক পু ফমফম্ থাথল ওই লৈপু রেপ্ থাঙ্গম্- থাং থোকয়ুং ওই। খোঙনেং খুদা ওইনা ইমাং কারন্ থাংনা রাতেনখিয়ে। থোইমোম্ কোনচিন তি থোকপা চীংঙ, ফিথুপ্ অতুম-শুবনা খিরেন্ হকচাং ওইবা লাইয়িং থৌদা থাংজিং কেঈবেন্ গোদে পোলাং য়িপুরেন্ য়ুংকোলেন্ য়ানশোবী য়াবশোবা সরি শোনবা সরু লাইতাংবা লা জেং শেলোই লাই শেল্লোঙ্গ উংলৈ চীং নোংনাইচীং তকুপ্ তরে না নিংথিবা চীং পুমমক্তগী তোপ্পা ফজবা চীং অসিদগী অসিবগ লোইনরকপা লাইয়াম য়রা কোনথাং লোক্ত, খোমত্তু, লোক-নেম-লাননেম, পেরুক্, পেরাঙ্গ, শাম্বা থাথোং, নেমতা, শোয়তা ঈশকলেন্ ঈরাংলেন ঈওনথাং ঈরাইথাং, মিং মরু লাই মরু লাই তরাতরুক্ অসিনা চিংশেম্বা ওংকপদগী লাই-য়িংথৌ অসিবগা লোনরকএ। লাইপুংথৌ :৯- না শেকপন মথোন-৯-ওইনা থোগমে। লাইনুরা -৭-না তাংবলগী খুদ থাক্-৭-ওইনা থোগমি।

লাইপু'থোনা মৈপুন থৌগল থাঙ্. য়েৎ ওয় থক্লি ঙাকম্ খুদা লাইমুরানা ওই। শঙ্গাইগী মমাং থংবা কাদা য়াঁয়েন তৌখি। খোইমোম্ তাইবং মপুরু অমুক্ চিংথোকপা, অমুক চিংশনবা ফিথুপ্ অহুম শুবনা হুকসাং ওইনবা লাইয়িংথোগী মফমদা থাংজিং চীংদগী লাকপা লাইয়াম্ থাংজিং কোঙ্গৈরেন্ পোনদে-১২-মক্তা চী শেম্বা য়িপুলেন্ য়িরাইলেন লৈকচেং, নোংকাচেং, য়ানুবা য়াঙোবা নু কাংবা, নুংচোংবা মথুরোন্ খোইমোম্ লাইয়িংথো ৯- মকপু নুংনাং সক্রান তোংনা থোয়া তরা মঙাম মোইবী অহুম-মাবু থোঙনেৎ খুদানা নমথাং থোক্য়ুং ওই ফম্ ফম ফানথোঙ্. ওই মৈপান চেপথঙ্. ওইনা মথক থাবল্ ওইনা মতোম্. পানফাথিয়ে।

নোংতমথু নোংতমহান্না অহিং নুংথিল্ থায় উন্ তরুক্ য়াউ তরুক্ তম্ মকুয়াঙ্গ চেন্না লাংনা পুংদিং তমাখিএ। স্না কা ওইরেন্ কাংখন্ লাইবং দেন্ কোনা গালেম্ লৈরোন্-৭-মক কোবো নোংলোন্ ৭-মক্তা লোংশাবা পোলাং য়িপুলেন্ য়ুকোরেন্ য়াশৌবী, বশৌবা, সরিশোনবা সরু লাইতাংবা লা জেং সেলোই নঙ্গ ১২-দসিনা চিংশেম্ চীংচোক্ সেনবা কোইবা লাইনি। অতৈসু লাই কয়ামুক্ য়াওরএ। য়িপুলেন্ রিরাইলেন্ লৈকচেং নোংকাচেং, য়ানমুবা, য়ানঙোবা নুংকাংবা নুংজোংবা অসিনচিংবা শিংথাবা ঙমদনা লাই কয়ামুকসু য়'ও'র।

লাইয়িংথোনা মোইরাং মাইকৈদগী ময়াম্ লাকপা অতু উবদা লইনুরা-৭ তা তোংলম্বা অতু থাদোক্তনা মোইরাংগী

মোইবী অহুমগী মথক্তা খোঙনেৎ থুদা ওইনা তোংলে অদুগা মোইরাংগী থোয়া-১৫-না মথক্তা শেকপিন খল্লি য়েংথাঙ.খল. মৈবুল. থৌগল তোরে। মোইরাংগী মোইবীদা ক্ষমকম্ ঙাকম্ ওইনা মনিং তম্না মতোমতগী মথোনানা পাম্খি। অদুগা নোংতম খু, নোংতমহন্ হায়রিবা লাই ঙ.িনা, ৎ িং. মুংথিল, অমম্বা অঙানবা থায়রে অদুগা নিংথমথা ত.রু.ং. ওলাংথা তরুক. তয়ে। মকু য়াইরেন্না য়াই ওইবা মউন্ খৌরাং তোঙনা পুংতিংবা তম্বীরে॥

অথোইবা মশক্লা থব ঈ য়াইবী পুন্নমকপু পুন্দুনা ময়াগী কাওখন্না কুপ্প.না লৈপাক. মরোন্-৭-মক্তা শান্নবা অদুগা খোইয়ুম্ লাহগী মশক লাইন। ময়াগী কাওখল. মপান্দা নোং-লোন্-৭- মক্তা ঙানবা মাসেম লৈরোন-৭- লৈচকলেন্, লৈথমলেন্ খোমলেন্ মৈহৌরোন্ টেবী তেম্ম্ংন্ থমবাই য়ামবা রিক. মালেম. লৈথল-৭-মকপু ওন্না নোংশাবা লাইয়িংথৌ থরোং ইভুন না লাইরেন্ য়াইবী পুংশোঙবগী তে.বানবা কোরৌ নোংলোন্ ৭-মক লোঙ্গরেন্ খনবরোক নিংসোক মাওবীরোক মথক থয়াঙ্গরোন্ থানি.লোনবা চীং মহো ঈবাং কাঙ্গথুনবী নারেংচীং থুংখোং মানৌ লাঙ্গথা চরাঙলোক লমলেন্ খাংলাকাঙ্গ নোংদোন্ কোরৌহন মোংথাঙ্গ মপু ওঙ্গনা মতোম্ পানকবা লাঙ্গীয়ংথৌ।

পাথংবা মহাকথক্তা লাঙ্গয়াম্না য়াম্না নুংঙাঙ্গব নৈম্মে ঙমত্তা পান্নসি থন্নরকান্দা পাথংবনা হৌদোকএ। লাঙ্গরেম্বীগা

লাইন্নুংগী হিয়াং তান্নসি হান্নবা হোৌক্লকুনা লাই নুপীগা লাই নুপাগা নিংৱাং তান্নরে। হিয়াং তান্নবা লোইরগা লাই নুপাগা লাই নুপীগা হোৌরিবা নিংৱংগী চহী পোৌচিংলরে। পোৌচিংলবা লোইরগা শাগোল কাংজৈ শান্নবগী কুম্মৈ অসি পোরম্ পুন্নমক্ তাক্লকুনা মাচং খাগত্লুনা মশোঙ্গ মশেন্ কাংজৈ শান্নবা হোৌরে।

কুম্মৈ য়েংবা লাইয়াম্না অচুম্ অৱান্ ৱায়েল্লে। অয়েং লাইগী মমিংদি চিতা-শেংলংবা হুপত্রেংবা চিনাঙ্গবা, চিরোং চিজাওবা, চিরোং চিপুংবা, চিরোং চিনাঙ্গবা চিরোং চিপাকপা, চিরোং চিশাংবা, চিথিয়াবংবা, লেংজাওবা, চিরোং হায়নাইবা, অসিনচিংবা লাইয়াম্না ৱায়েল্লে। লাইয়ামনা মুংঙাইনা শান্নবা কুম্মৈ লোইরকপা মতম ওইরক্লে। লাইয়ামনা নিংশিংলুরগা বাথলগী মতুং ইন্না নুংঙই মাপাল্ শাখে। কুমজা মতম্ কুইখে, মালেম্ লৈখোং নোংখোং কোইখিবা হল্লক্লরোই হায়নরে। লাইগী মরুপ পুমনমক কুইখ্রবা তুংদা সাইওন্ লাংওন কয়ামুক্ পুখোক্লকুনা শান্নরকপা লাই নিপালবু মাঙ্গকৈ-৮-গী নিংথৌ শেম্বীন্নুনা লৈপাকপু হান্না শেম্বীন্নুনা শাগত্লুনা পাল্লক্লে।

মতম অসিদা অতিয়া সিদবগা, অসিবগা অনিমক্কা পাক চাউরবা মালেমগী খোংজি মরিমক্কপু থুংনা মাইকৈ চিখেক নিপালমক, শুংদাঙ্গ তরাগুরুকমক্ লৈখোং নোংখোং তরেংলক হন্না কোইরগা হোৌরকখম্ মতৌ থিবদা খঙদত্লুনা অহানবা নোংখোং কোইবা হোৌখিবা লাইকমলেন অত্নদা লমহোৌরকপা

নি মা, নমহৌ। য় ইমা।' নংদি মাইগী মফমদ, লাইয়ামগী মংথ ওইন ফমলো হায়না ফমহল্লে। লাইয়িংথৌনা অহানবা কোংদ কোক্লিংদা অরাং কৌক্রগা থুন্দ। অহানবা অথোইবা লাইথামগী নি থোকেন্ লাইয়ি থৌ ইথংগো শেনত্রে লৈনিং-শাংগী থিরেন্ উংলৈ চোংগী লমহৌরকপা কোরৌ নুমিৎশিংবুম্ কাংলংনকপু চুক্তাবিরকপা লাইহিংথৌ চৌংগু নরোই নাইনরি চাং তন্নরকপশিংগী নিংথৌ ফম্বাল্ চৌংদা থিরেন উংলৈ নুংগী লৈরে। মাইমরু অহানবা অতংঙা কোনুং য়াইর্বরেনগী চুমজাওনবা থোইমোম্ মরোই নাঙ্গৈ, হাম্না চাকলিক মাপান থা নোংথৈ মউ লি বা, থেউ থোকতা বা ওকলবাই চৈংচা থুংগাকপা পাল্লবাই পামেল্ "উ থম্বাল্" হৌরিবাই পম্বে লে॥

তক্রুপ তরেংনা লৈবা নোংদোন লাইবৈপাক্ উংলৈ কোবা অকনবা নুংশিংকী মরক্তা লৈবা চৌংদগী হৌরকপনা মালেম্ লৈনাক্তা শান্নরবা লাইয়িংথৌ নুমিৎ চয়োন্ তরেৎ-মংপু থায়না শেম্বিরকপা খোইয়ুম্ লাই পুম্নমকপু লিতিন্নবা লাইয়িংথৌ নংগী নপাং মতুং ইন্না লেইনরকপা খোইয়ুম্ লাইয়ামশিংনা কৌক্ষ চৌং কোয়ুংদা স্না ফম্বান্ থিবদা উ লৈ কোবা নুংশিংকী মনুংদা লাইরৈপাক কোন্নুং লৈরম্লে। মালেম লৈবাক্তা য়াই মরু ওঙৈনা অহানবদগী হৌরগা লাই-রৈপাক্ কোন্নুংদা মদোম্ পানকবা লাইয়িংথৌ। থবঙ্গ পানবা পুম্নমক্কী অথোইবা য়ুমজাও ওইনবা লাইয়িংথৌনা লোইনরকপা মী লাই পুম্নমক্কী মমাংথানা অহানবদা থারক্তনা

ইলিক মপান-থা, নোংথো মউ লিংই হায়বদি ইলিক থরাঙ্গী অপিকপা অত্থু থারবদি নোংথো হায়বদি ভুকসাংগী মউ লিংথৎলকই হায়বনি। লাইয়িংথৌনা মী লাই পুথমমক লোইনরক্তনা কৌক্রু চীংদগী লাকপদা লমথাদা থেউ পান্থী থেংনৈ চীংচাখোং নপাকপী লৈরম্মী উথম্মাল, পান্থী হেনরমং। অসুম লাকপনা মালেম তম্পাক অনেম্বা কৈপাক লেমাইংঘক হেক রোবদা লাঙ্গীগী মশক পম্বা ভুকলাং থরঙ্গ পানবা তাইবং মশক অমমম্ ওইরকই। অসুম্না মালেম্ তম্পাক হৌরকই। কোরো মালেম্, তাইবং অহুম্ মক্কী ল ইগী নিংথো লাইরৈপাক্কী খোঙ্গয়ুম, লাইয়িংথো লাঙ্গী নিংথো অথোইবা ঈবুংঙো মহাক্কা লাকপদা মপল পঙ্তো চাংও, খোঙ্গয়ুম, কুরু সিদবগী ফমলেন্ ফম্বাল, থক্তা মনাও ইবুংঙো কোংলৌতোন লৈথিবনা ফম্বাল, থক্তা ফম্বা অত্থু উরে, শং শং য়েংশিনলাকপদা ফম্বাল, থক্তা ফমভুনা চোং শেকপিন্ থন্দুনা পানখি॥৭॥



মতাং - ১৪ - শুবা

## নোংখোং ওম্বনা মালেম্ চেপ্পা

করিনো ? হে খোইমোম্ কুরু সিদবা ঐবু মালেম্ অমঙম্ অসিদা লৈরিবা পুমনমক্ অসিগী হৌরকফম মরু লেন্ধ, মউ মশা পুম্নমকপু চিৎথবা লৈতনা খণ্ডনবা থিরু হায়রুনা তৎহল্‌বা অরুগা হতুংদা নচা অতোনবদা নিংথৌ খুতম্ শিন্নরম্বা আস অণ্ডকপানিদা ঐ অসিবু করম্বা হৱান্ লৈরকুনা পহৌনা নুংশবীদবনোঃ ইনাও অসিদা নিংথৌ খুতম্ পীগে হায়না তান্নবদ রায়োহদৌবা নচা মত্তে। পহৌনা ঐগী ইচুংদা নিংথৌ খুতম্ পিরম্বদি কৈ লৈবাক অসিদা পানবা ওম্বরা য়েংগে। রা অসি হায়রকুনা চৌংও, খোইমোম্ কুরু সিদবগী মনাক্ য়োরগে হায়রকুনা মনাওবু তাংখিনা অথা মিৎয়েংনা য়েংলম্নগা, ফুহিং নোংখোং ওম্বনা খণ্ডগনি ঈগী ঈকোক্লা ঈথ'ঈ লান্ লুংঙিদা ঈনমহদা ঈথৌ ইথিক্রি, মহৌ ইথিক্রি তুথুংগা, ঐহাক্রি ৱাইকৈ মরুং খোমগে য়েরা হারু লৈনা লমগনগে মিৎয়েং লিকোম্ ফংনরম্ ইথিক্ ওলাং ফুদোকলম্, তুজুং ইরিক্ সৱ ঈলম্ ঈহি ইয়োক্‌কোম্মি। ইতম্ তম্পাক্ পামলোনি তুতো ময়াঈ খাংচেৎনি ! তম্বা ইথৌ য়েং ওইনা

লৈথক হিরি খোমনা মালেম, ফোঙনা নাপী রাৎল, ফোই-হনুগে. চেহ্নরম্বা মরু হনগংকে তম্বা ইথো ঈথে ইবু ইতিকপু লানুলোই সবাই থওবা ঁরি মৈন্ল ল নদাগে ইন্নোক ইহান থওগনি ॥

অসিগী পাওরোম্ পাংদিম্বিবা লিনম, ইহি ইৎ হথি। চপা ওইরগা তুজুং লানুলোঙ্গী পীগে, চেন্না চুকথোং লানলোইগে থওগনি; মশী ওইরগা খুরক হেবমাই নাংদা লৈথেংকে ৎ'স থওনা বারেনগে নোংজা থওনা বাতেমগে ঈংথাং পোইরৈনা মালেম, খুংলবদা তম্বা ইরাক, চমাথবা লাথেক লাকোন্ জমনরম, চিংমাই ইপাক, ইওাংলম, উমৈ তুনা বারোন্ থৌসি চৈসু চুকথোং কন্না পাওজেল, চেৎনা ঈথো ইওম, পঙ্গুংগে হোক্‌ম, থওলবদা য়েকসোঙ্গী নাউছুন্ মপুঙ, যুগতিনলমগে হায়রম্পা চংথিরম্মী। মরাম্বুংগী অশাউবা মিংয়েং অত্রু পাথংবনা থাপ্পা হেক উবদা পাথংবগী মশা অচু থক থক নিকলক্লে। ঐ গাংবা তাবে, শিবা তারে হায়ত্রনা পাথংবনা কম্বাল্লাংদগী চোংথত্রনা লাইরেম্বা -৮- গী মফমদা পাথংবা চেমশিল্লক্লে। মত্রদা লাইরেম্বী ৮- না খুংশত্রনা মথোঙ্গনা কর্ণবিগনি হামত্রনা গাথ ববু ময়াইদা থম্লগা বাহৈনা প্রণান্ তৌত্রনা ঈশে লিরোন্ শকলকই।

ঈশৈদি :- - ঈশৈ খিং খিং লাওরসি য়ারোঙগী শওাইনা মচৌ কেক্রু খোঙ্গদরি, মনাংনা হুমাঙ্গ শাদরি। তোকফমদগী ওমুনা

খোঃচু তান্ খোইঁচিংতরি। কোংদগী ঙাখানা পোন্নাং কানাকু নক্লরি। শুক্লা মচৈ য়ান্দাব, য়াংকোক্লা মাপাল্ শাংতরি। নোংমৈলাক্লসো, ইতাংখাঙ্গী খোইনৌখোঙ্গ শগোল্ চেনসে লানচেনসে; উরাও চৈংতোন্ লোম্লুসে, খঙলা পোংপুঁ পুরুসে। লাইথরোই চাকথাংসে। হৈতুপ পেতুপ্ পেতাইন্নু পানাও তংহল্লু তপ্ তাইন্নু। শগোল্ তোংবা কাইরিংবা নঙবু তোংবা য়াংদবা লমগী পানা থোংশাংবী নংবু শায়বা ঙাংদেদা মনিং মসাং হাইরোনা খুবাক হাইরো হংগেল কোম্লে॥

অঙাইঙা অঙাইঙা! কোক্কাই মোইতাং অঙাইঙা, হিয়াংমৈ অচেংঙা চা কোল লিক্লা রাইরিংথু, খিংকু নম্পোল নোই নোই। হরাই থাঙপাক্ মথাংপ ক চেংবী লোইয়া মরোইয়া, লমলোই থারোক্ট থাচিক্লা থাচিক্ থ চা থামে্ চম্। অনি লেংঙা নুরালেং থাংমা শেম্মাস থাংশেমলে। সাইকু শমতু রু রু বারু রু রু চোংঙা চোংঙা চোংঙক্তে, কাইরিংঙা চো ঙো চোংঙো মনিং মমাং হাইরোনা খুবাক হাইরো হংগেল্ কোম্লো॥

কুম-কুম, সেক সেক, কুমসেক্ সেক্, সেক্কুম্ সেক কুম্ সেক কুম্ সেক, নুং লৈতে নু লৈসন্, তোং লৈতে তো লৈসন্ ফি লৈতে ফিলৈসন্ সরা শম্না শম্নোকলে, লাইরেম্মাগী তীম্-লিথোঙ, লাইমিংথোগী তীমলিক্লাকি্ মুমনিং মুমমাং হাইরোনা খুবাক্ হাইরো হংগেল কোম্লে॥

লাইনিংথৌ অমাইবনা তিংথৌ মপোপ্ চিল্লে মমিংদি তরেং-তরেংবা কৌই। লাইরেম্মা অমাইবীনা লায়োন্ চিল্লে মামংদি ঙাংস্নাহা-লায়োন্-লাংতানৌ নোংকারেংপী কৌই। মসি শান্নফমদি রাইরংকোন্দা শান্নেয়ে॥

লাইনিংথৌনা ঈশিংনৈ চিল্লে মমিংদি তরং সনা কৌই। লাইরেম্মানা অমুরৈ চিল্লে মমিংদি নোংখাংলেমা কৌই। মসি শান্নফমদি শমজিনফমদা শান্নেয়ে। লাইনিংথৌনা মথক্তা তোংঙে, লাইতোংলেন্ তরংঙাং কৌই। লাইনিংথৌনা পাখংনৈ চিল্লে মমিংদি ভুমলহিংমি হিংশং কৌই। লাই-রেম্মানা উরিকশিরী চিল্লে মমিংদি পিরিংনু কৌই। ঈশৈদি য়েন্নাওবা চেক চেক নচা ফাগে ফাফরোই নহি থক্তে থক্ফ-রোই হায়না শক্তুনা শান্নেয়ে শান্নফমদি লপ্য়ান্ কাদনে। শান্নবা অতুদগী নৈমাকোন্দা ভিন্নরে। লাইনিংথৌনা ঈশং চাইশিল্লে মমিংদি চুইস্না মীমং‍েন্ কৌই লাইরেম্মানা নাঙৌরা চিল্লে মমিংদি খুইসোর কৌই। লাইনিংথৌ অমাই-বনা খুংমসি হায়এ, লাইরেম্মা অমাইবীনা নিং নিং হায়দুনা কায়না চেল্লে। লাই পাখংনা ঐগী কোন্দা, ঐগী কোন্দা হায়এ, লাইনুরানা য়েন্দখি য়েনশেম্ য়েপশে, চুইতরি য়েপ্শে ময়েপশে খুম্মে। ইমানরন্ধি কৈদৌখি হংএ, ইমান্নবদি সনা, লুপা, ফিগে ফিরাং, শগোল্ শামু থিখিয়ে থিরুও! ইপান্ থোক্তে থোকফরোই ইমুংদা শিংজু খুদেং অমত্তা চারুপে চাফরোই থাম্মে ঙাকপা ঙমদনা চেমখিয়ে, লাইপাখংনা তান্নখিয়ে। লাক্না কানা শান্নরে শান্নফমদি রাংগোল্ উমংদা শান্নেয়ে॥

লাইনিংথৌনা ককলৈ চিন্নে মমিংদি কক্‌লাচৌং তরেংবা কৌই। লাইনুরানা লুমথোনবী চিন্নে মমিংদি মচুমচু কৌই। ঈশৈদি :— অঙাঙঙা অঙাঙঙা কোক্কাঈ মোঈতাং অঙাঙঙা — — — — শকএ লোঈননা হিয়া কোক, চোংএ। লাঈনুরানা লাকও লাকও হায়না অমুম্বা শকএ। শান্নকমদি মাংগোলমাং উমংদা শান্নরে।

লাঈ পাখংনা চুম্নাংলা চিন্নে মমিংদি শাবা মনিক কৌঈ। লাঈনুরানা কোকতোন্না চিন্নে মমিংদি সংতরেং-তরেংবী কৌই। ঈশৈদি ই ই, আ আ, এ এ, লাইচুম্বা হায়না শকএ। লাইপাখংনা হে ইতাও :, হে নিংথিবীশা হোসে হোসে মাহোসে, খুন্নাকপা মতু থিরুসে, শিংজু বাইরু চারুসে হায়না কৌথিরে। শান্নকমদি লাইতিনকোল্‌ উমংদা শান্নরে, মাংগোল্‌ শান্নকমনে। লাইপাখংনা লারি উরিলৈ চিন্নে, মাকোরে মমিংদি মীমহেন্‌ তরংবা কৌই। লাইরেম্মানা পাওহংলকএ হে ইবুং নহা সরি লারি চিন্না মাকোম্বা হে ইবুং চেন্নসি লাকও। লাইপাখংনা হায়এ চামো চামো চামম্‌মো শংতংতিক্তা চামম্‌মো। নখোঈনা তৌগুম ঈরু মাইতাজো। লাইরেম্মা অমাইবীনা ঈরু মাইতাজরে, সুরে হেন্নে, চোমকুম্‌ পান্নরে। লারিয়াইচিন্ন্‌ চিন্নে ঈশৈদি চামো চামো চামম্‌মো শকএ। মমিংদি মিৎ-মহেন্‌ তরেং তানৌ কৌই। লাইরেম্মাগা পুন্না কন্নে। লাইনিংথৌনা মাইরেন্‌ নিরুও হায়এ, লাইরেম্মশা লাইনিংথৌনা মাইরেন্‌ অমত্তা পিন্নবউ হায়এ। লাইরেম্মনা

খুমমে, মহৈ য়াম্দরি মাপাল্ শাওরি অতোপ্পা অমা চাখিনি খুম্মে। লাইরেম্মা অমাইবীনা পানা চাশি খুম্মে। য়ারোদগী শঙাইনা মচী কেক্ক্রু থোন্দরি — — — — নোংমৈ লাকলো অসুন্না শান্নেরে। শান্নফমদি মুংনাংকোল্ উমংদা শান্নেরে॥

লাইনিংথৌনা লিক্লা লারি চিন্নে মমিংদি সেংকুপলেং কৌই। লাইরেম্মানা তুমিং লারি চিন্নে মমিংদি তোলথাংক্রু কুপঙরেং ঙরেংবী কৌই। লাইরেম্মা তানৌ ঙরেংক্রু ঙরেংবীনা ময়াইদা থন্নে, ময়াইদগী কে কে্ক কেক, থোংএ, লাইনিংথৌনা মোক্ মোক্ থোংঙে। লাইনিংথৌনা তান-শিনখিন্নে, লাইরেম্মানা চেম্থোকখিন্নে। লাইনিংথৌ অমাবগা ক্লাওথেম্বা শান্নরে। ঈশৈদি ক্লাওথেম্বা কাওথেম্বা কাওনা মতোন্ লোম্লসে কক্ খওমিন্নবা মান্নরে। শান্নফমদি চাথাপা উইতোইরোক্ উমংদা শান্নেরে॥ লাইনিংথৌ লাইরেম্মাশিংগী শান্ন কুম্মোনা মরম্ ওইরুনা ঐগা পাথংবগা হাকথেংনবা য়ারোইদোরে মখোঙ্গনা খামরুনা তোকপা তারে, তৌরুরবা থবকশিনা ঙমদনদি তোক্লরোই না অসি খন্দুনা নোংখোং ঙম্বনা লৈপাক্কী সেকাননংদা চোংখিরুনা মহাক্কগী মন্নাই অকলবা মপাঙ্গল্ পুথোক্ক্রনা মশানা লাই অচৌবা ওইরে মখোং নেংনা থাংহি ঙাংঙোই চীংগী চীংদোন্দা নেং, মখোঙ. ওয়ন্না কংলৈ সা পুন্দা নেং কংলৈ সনা পুংমন্নোন্ মালেম্ লৈপাক্-পুমনক অসি মথক মখা ওন্দুনা মাংহল্লপে থোরাংলকএ।

মতৌ অসি উবদা কোংলৌতোন্ লৌখিকনা খল্লি কনাগুম্বনা ঐনা নিংথৌ ওইবসিদা তাখিল্লুনা মাংহল্লগে

থৌরাং.লবনো? অসি হায়ভনা লৈপাক্কী চিন্না মরিমক্তা মোংথো পান্নমা মিৎপাংমা উয়্না য়েংলকই নোংথৌথক্তা থোরাংলিবা অভ উবদা কোংলৌত্তোন্না হায়থি মমিংবু থুরাঈ সো.বু চিরাঈ কাংবা থোম্নক্লে॥

পাখংবনা ঈয়াম্বুং ইবুংঙো হৈয়া ওম্বা হৈয়া হুম্ ইহি ইয়োক্ কোন্ অসুপ্পা হোৌবা লোইবা ইথৌ ইকাল্ ইবুংঙো থোইমম্ সিদবা নহাক্লা ন্নমিৎ, থা লেপলিবা অমম্-অঙান্ থায়রি নোংখায়গুম্ থায়রিবা নোংলোনগুম্ লোন্লিবা, লৈচনগুম্ শিল্লিবা লিক্লাগুম খিক্লিবা মালেম. লৈরোন্ পুরিবা য়েক্লো মকা হুম্নিবা, মন্নুংগুম্ কারিবা, মফেন্গুম্ য়ৈরিবা ভুখুন ঈচেন্ইচিক্ লৈথক. লৈথা থুরক. লৈকা চম্লিবা বারো মিৎয়েংনা মৈরা মৈচাক মৈচম্বা কুবী মিৎয়েংনা ইরিক ইচুম. চুমথরেন্না ভুখুল. ঈচেল. লম্থুংবা ইয়াম্বুং ইবুংঙো পংলবা ইরিক. ননাওমি নাওয়েং মদাই পলেমগী লাইজা থয়োৎন্নুংগী থোম্লাং মনম. কোৗত্রবা অঙানবা থঙক্ড্রিবা ননাওনি য়াম্বুংনা শেম্বনি য়াম্বুংনা শাবনি, য়াম্বুংনা শিন্নবনি। য়াম্বুং ইবুংঙো ননাওগী ইরান পুন্নমকপু য়াম্বুং ইবুংঙো নংমা কোকপিন্নু হায়না কোংলৌত্তোন্না থুংকাং চেপ্পা লোন্নসুন্না মরাই জুক্না থুরুমজভনা হায়র্জাখি॥ হে ইয়াম্বুং ইবুংঙো নোংদম্লেন্ লাই অচৌবা ননাওনা থোঙনেৎ ফম্. লৌক্ননা হায়জরিয়ে ফম্. লাওনা থোঙ্জেল থোক্না য়াম্বুংগী মমিংবু হো থাংজিং হায়না কৌরক্লে॥

য়াম্বংনা মতৌ অচুম্না ত্তৌরবদি ননাওনা লৈবাক. ফসিদা করম্না পানবা ঙমগদগে হায়না লৈপাক্কী নুংকে অনিদা মেত্তুনা হায়জখি; হে লৈপাক. শেম্বা লাই নকা নুংদা চংজরি থোজান পিসবীয়্। মনাওগী বা অডু তাবদ নোংখোং ঙম্বনা অমুক হন্না শাউখিজনা অকলবনা তিম্লবা পাঙ্গল. ,পুখোক্তুনা লৈপাকপু থুনা মাংহন্নবা থৌরাংলক্লে। কোংলৌতোন্না ময়াম্বংগী অকলবা অডু উবদা তৌনিংঙাই লৈতজনা পন্তো খোইমোম. কুরু শিদবও: কলবীয় হায়না হন্না হন্না কৌয়ক্লে॥

ফুহিং নোংখোং ঙম্বনা মালেম লৈপাক লৈময়োনগী লৈমাইথক্তা লেপ্লগা মালেম্ মথক মথা ঙল্লগে মাংন্নবা হায়জনা অশাউবগী রাথলনা চোংঙকপদা খোঙ য়েৎনা থাংহি। ঙাংঙোই চীংদা নেংলে, খোঙ্ ওয়না লৈপাক্কী নুংকেদা নেৎপদা মালেমগী অরোইবা ঙমখৈ লৈপাক্তা খোংজি মরিমক. নানখোক্লে॥

মপাবুংগী লৌনমবু খঙলবা কোনসেন সনা মৈবুন্না মৈয়া হৌখ্রে, মরান্ হাওকপ. তেনা মালেম্ পুংময়োন্দা খোশারক্লে। ফুহিং নোংখোং ঙম্বনা পাখংবগী মথক্তা কম্না লানবু তৌখ্রে, মালেম্ চেপ্পা হৌখরে॥

ফুহিং-নোংখোং-ঙম্বনা মশানৌ পাখংববু চিংনা য়েংজনা লাপ্না হায়রকই, ইশানৌ করি খঙদবগে ইশানৌঙ ঐনা শিনবনি হায়বা ইখোং পোইরৈনা লৈখোং নোংখোং

চিংখোং লাংখোং লৈথক লৈখা খুংলবদা ঐনা শিনবনি হায়বা থংউ। ইশানো পাম্বী লৈশা কোকত্রিবৈও থৌসিন মপুং লেপফরোই ঐনা শেন্বা মালেম্ তাইবংনি তম্বা ইমিংনি কাংরবরা, তম্বা ইখানি নিংজ্রবরা ইনম্ ঈথায়গে, ইচম্ ইথোইগে লৈথক লৈখা মালেম্ উচুক্ শৎকে ময়োন্ পায়না লোমগে। মথক মখা ওনগে নোনা লৈশেম্গে মীশেমগে চুম হুন্ চুং উং হায়না মালেম মথক্ মখা ওনগে থৌরাং তৌরকপা মালেম লৈরোন্ তরেৎ মক্লা নোম্না হাইনা খাংনা লৈরিবৈও ফুহিং নোংখোং ওম্বনা কংলৈ পুংময়োন্দা খৌশাদুনা খেক্লা নোক্পা মীমোক্তগী তরং নোংদোন্ ফাওতুনা নোংদোনথক্তগী অপানবগী মরুপ্ থকতোক্তুনা চাইথরে, ঈশিং তরং হৌবনা মক্কম্ মরাং খওনদ্রে। অচৎ-চত্তা পুন্নমক্ থক থক্ নিকথে। লাইগী মরুপ্ খেবীকস্থ মাংলে মাংলে হায়নরে মালেম্ লৈপাক্ লৈসাবু মথারোমদা চেপ্থরে। কোমসেন্ সনা মৈবুল্ নোংখোং ওম্বনা মালেম লৈপাক্ লৈশাবু মথারোমদা চেপ্লক্লবদা লাইয়াম্না মক্কম্ মরাং খওদনা কওাওননা চেন্নক্তুনা পাখংবদা পাওকৎলরে।

পাখংবনা চোথে চীওমাই ন্নুওদা কাব্রও লওলম্ তরেৎ পুন্দুনা থম্লবা থাং কুফেৎ মিরাৎথাং কুরুনা লৈবাক্কী য়েক্লমা লাক্লবদা সিজিন্নৌ হায়তুনা পিরম্বা থাংদি তোলোম্বা ময়া লিশিং - ৩২ - পানবা মনিল্তনা তুপ্পা থাং, মালেম তুম্বা থাং, থাং অসি পাখংবনা চোথে চমাঙ্গ-ন্নুংদগী হেক

শৎ, ভাক্লুকপদা মালেম্ পুমনমক মৈতনা পুমঙাং ঙাংলা-ক্লবদা ময়াম্বু ং ফুহিং নোংখোং ঙম্বগী মশা অসি লৈকম্ খঙদতুনা মোংখো মতোন্দা কাখিদুনা লোইতাম্ থাজগা তিল্লুক. ওইদুনা শকতম্ অমত্তা ওইদুনা হায়রম্মই। তেংবান্বা মপু হে নোংদম অহানবা মচা লাংওন্, শগথিরগা অচান মিন্নাই মাইমা নোংদম্বীবা লৈপাক অসিদা নুংঙাই য়াইফনা পানবীহৌরো মথং লেংনা নোংদম্ তৌঙমদবা অাসিদি লৈপাক অসিদা পাল্লকপা তাইবংশিংনা খঙন্নবা পন্থোগী থুম্নালেন্ অাপা থোঙ.লেম্ থন্বাল. লৈঙাং লৈকানা তমজবা নখোঙ্ থাদা মইহে থরদংদি কচ্চরমগে।

মপায়রিগী খোঞ্জেল তাবদা কুরু সিদবনা করিনো থৌদোক অসিরি! খোঞ্জেম অাসিদি পারি ইবুংঙো ইচাগী খোঞ্জেন্নি মাংলেদনা মানা শেমজসা লৈপাকপু মরম করি লৈদুনা মাংমনবা হোৎনবা ঝাখল তৌদুনা সিদবনা নোং খোংবগুমন্ কপলক্লে।

"থাং নংদি ঐঙোন্দগী খোকথিবা থাংনি থাং নং পাথংবা মত্রা থাং নং হনজিল্লো" থাং অদু পাথংবগী চোখে চমাঙ্গ-লুংদা হজিনখিয়ে ৷৹৷

মতাং – ১৫ – শুবা

## নাওথেম্ লোন্

খোইয়ুম্ কুরু সিদবনা মপারি মচাবু য়েংদুনা হায়রক্নই, পারি ইবুংঙো ইচাবু ঙসি কৌবা অসিদগী লৌরদুনা পারি ইচাগী মিংলেনবু "কৌবা মরু" খোম্মমগে হায়দুনা চুমিৎ অদুদগী "কৌবা মরু" কৌখ্রে অসিবনু। অফিংঙা কুরু সিদবা লৈরবদা লৈমরেন্ লৈমরেন্ চোংথোরক্লে। লৈমরেন উবদা কোনসেং তুরৈ শেংবনা মিৎকুপ, অমগী মনুংদা কুম-১২-চেল্লে, লৈমরেন্ মশাদগী লৈমা-১৭-পুথোক্লে, মাইকৈ পুম্নমক্ লৈমরেন্ ঙক্সা ঙাইখ্রে ॥

পাখংবনা ফম্বাল্ তোংবা অসিদা ইম্‌শিল্লম্বা অসি কনাগী থৌইলশিন্নমনো। চুপী ওইরে তাম্লোই শিংদা চনগে, চুপা ওইরে চাইনা খোংত্রেন্ হাইনগে হায়খিবা অদু লৈমরেন্না ইনশিনবা থৌইনশিনন্ ওইরম্বদগী লৈমরেনবু উবদা চেল্লখনি। ময়াথং মতুং ইম্না মাইকৈ-৮-দা লৈমরেনগী লৈমরেন-ঙক্সা ঙাই-রবদা মমা লৈমরেন্না ইকাইবা ৰ:হৈ হায়রক্লবগী লৈমরেনবু উবদা কোনসেন্ তুরৈ শেংবা মশা অদু লৈকম্ থঙদদুনা মচেং মচে সিদোক্লে মচেৎ-৬৪-থাইদোক্লুনা সিদোক্লগা চেলখরে।

অতিয়া সিদবনা লৈমরেন্দা মচা কোনসেন্ তুরৈ শেংবব কৌ হায়রবদা লৈমরেন্না মিকাপুংদা কারগা মচা কোনসেন্ তুরৈ শেংববু কৌরক্লে ॥

কোনসেন তুরৈ শেংবা অসিবনা মমাগী খোঞ্জেন্ তাবদা মিৎনা কুপ্পা অমগী মঙ্গুংদা খোংজি মরিমক্তা থু ঙরে, অাক্লা -৯-মক্তা ত্তোংদ্রনা লৈমরেনগী খোইজি থা থুদোন্ অনি-মথায়দা নাওবরেন্ সিদবা লৈরিবা মথক্তা থানা মথুম্ থুম্মিবা থাগী মথক্তা লিক্লাই অঙৌবা মিরেন্ মিদবনা ফয়গা মথক্তা ঙুমিৎনা মথুম্ থুম্নগা লৈরিবা অসিবনা লৈমরেনগী খোইথা থুদোন্ অনিমথায়দগী মিরবা খোঞ্জেন্না ধ্যুক্লবদা মপন্ পম্বো চীংঙু কুরু সিদবনা মপারি অসিবগী মিংলেন্ অথুপ্প হায়রভুনা পারি ইবুংঙো চংবা মনিক্ নহাকপু ইপাগা চিরেন্ ফম্বাল্ বাবু পাংওশানসি; লৈমরেন ফম্বাল্ বাবু পাঙশানসি। পারি ইবুংঙো পুক্লুং শোজৈ হিওনলৈ লৈরাং পাশনাসি ইপাগা পম্বো ঈনা ঈফাং মাইনা চেলবনা ঈরোং ইথায় অনি থোক-থরে। পারি খোঞ্জেন্ খোনফাংলবরা পারি ইবুংঙো পম্বো ঈগী ঈচেলবু সাওন্ লাংওন্ কয়া ওল্লকপদা কাওরবরা পারি শানৌ পারি নংগী নপন্ ঐসে ত্তেংপানব মপু নংগী লাংওন্ -১১-শুরকপা ঐনি ॥

হে ত্তেংপানবা মপু নহাক্কা শান্নরকপা লাংওনান, হে পুম্নমক্কী মপু ওইবা ইপারি অহানবা নশানৌ পাথংবগী ফম্বাল অসি পিথবা ফম্বালনি, হন্দোকপনি য়াররোই পারি নংগী

ফম্বাল্‌বু মরাং কায়না লৈরিয়ে, ননাওগী ফম্বানদী অমত্তনি ইপ্যারি নংগী ফম্বালদি মালেম তাইবংপানবা য়ুম্নুং ফম্বাল্‌বু নংগী ওইরে খঙগনি । সাকোক থিরেন্‌ লাংবু হায়বা পুয়া -৬৪- থোকথিবগি নুংশিং-৪৯- না কংলা নোংদৈ ম্রাংগা শিংনা হায়রিবা নুংশিং অদুসু কোনসেন্‌ ভুরৈ শেংবনা সথা মতু ।-২-থোক্না সংবোকপা আসদগীনি ।

পাখ্রি ঈবুংঙো চরৈহল্‌ লাও ইপাগা অমুক্তদি তিলুক্‌ ওইথিসিগবা কংলৈ গুংমরোন অসিবু ইপা ইচামা অমুত্তংদি করোং খুংকুম্‌ নোংদম্‌মিন্নখিসি । ইপানা ননাওগী মকমদা মি থোল্‌ থোন্দুনা মিংথৌ পুভম্‌ পিরুবদি ননাওনা থেংপানবা হৌরককুম্‌ মরু খঙজবা হানাথবমা মমিং লৈনুং লোমজা অরিবা পাথংবা হায়না গিংথোন্দুনা নিংথৌ ফম্বাল্‌ শিন্নবনি শাউরন্তু ইপারি চরৈহল্‌ ইপানা ফমলেন্‌ লুচিং নোংদমগে । নপন্‌ ঐগা অমুক্তদি লৈরাং পাওশানথিসি ইচাগী চেংলো শকপান্‌থোং অতু শং শং মাইয়োক্কনা তাংখল্‌ অমত্তদি ফমলেন্‌ লুচিং বারি শান্নসি লাও বা অসি তাবদা অসিবনা হায়রকই, করম্না পঙ্কো ঐত্তোন্দগী মহাক্না হালম্বা চংসি হায়বা মতমদদি উম্মোঙ্গ হায়না লৈহৌবা মহাক্না ওসি পঙ্কোগী ফম্বাল্‌থক্তা লৈরম্বা অসি নচাগী থম্মোঙ্গ মথক মথা ওনবা পুক্রিংয়বাফম্‌ অসি নচা ঐগী মরাক্না পঙ্কো ।

নচা অসিবগী বা তাবদা অতিয়া সিদ্‌বনা হায়রকই, পারি চরৈহল্‌ 'ইচানা' মালেম্‌ কোইবা মরু মখোঙ্‌ থিবা চংখি, ঙৈগা

মনাওনা পক্হং পাওহং কনজবদগী নমা লৈমরেন লৈপুনবীদা ছংজবদা পলেম্ নমানা তাকপিদুনা কোইনা থাপ্ল চৎলুদ্রে। নমানা তাকপিদুনা লাইনিংথৌ অসিবনা হায়রকই, "ঐবু মাংহনগে তৌবদি ইমানা তোবা খুজিন্ ওইরে, কৈ থওগনি অসি হায়না মালেম্ লৈকোইদুং পলেম্, মমাগী পিবুক্হংদগী চোংথোরক্লুনা পলেম মমাদা শমু মাইয়োক্লুনা ওর্দশিলক্লুনা অশাউবা বাবু ওাংমা মমাদা হায়খি। মচাগী অশাউবা অত্তু উবদা অতিরা সিদবনা মপারিবু য়েংদুনা হায়রকই, "পারি ইবুংঙো অসিবা অশাউবা রাইহ রাথল্ কয়াবু পারি খোইথাদা লৈতাদুনা থমখো হায়না থামখি। চৈংও খোইমোম্ কুরু সিদবগী থৌজল ফংলবদা অসিবগী অশাউবা পুম্নমক্ কোকখি। মমাগী মফমদা লংজখিবা অদ্গী রাবনা মিৎম্না থম্মাল লৈকা মানবা লৈনা নুংদা তরং লাইজা ইরা চেল্ খুদাং পিফম্ উেদুনা মালেম্ লৈমাইথক্তা ওয়া খোইনা কপ্পুনা লৈরে।

মচাগী নুংঙাইতবা অদ্ উবদা ফুহিং সিদববু য়েংদুনা সোরারেন্না হায়রকই, পারি ইবুংঙো নশাবু নহাক্না থওদবনা নপুক্ ওমাংবনি পারি নহাক্তি হোবা লোইবা নহাক্কি তাক্কু তাক্কমনা নয়ুম্ নশক্কি তরং হিরেন্ হোলিবা ইপোম্ ইকা থংলিবা কয়াৎ কাংলোন্ সাথৌবা ইপাকথক্তা ফুরেপ্ পুরেনবা য়াইবী কোনগী মপুথো য়েনৌ লায়োন্ পাইরিবা কোনসেং সনা পিবারেন্ স্নামহি ঙৌবরেন্, সনা কম্বাল্ লাইরেন্। লৈরক শাথৌবা পারিনি, হৈথাং পোলিবসু

পারিনি। কেকু হায়বসু পারিনি, ফোং ফোং হায়বসু পারিনি। লায়োন্ লংতানৌবা সনাকোন্-সৌরেন কোলেনবা কৌবসু নহাক্কি স্নাতিংলিরেন্ কৌবসু পারিনি। ইরিক ইচুম্ ইথৌনা নাওয়েং ইকান্না মরাক মযুং তম্বসু পারিনি। মফেন্ শিংচেপ্ য়েরিবসু পারিনি। পারি নংনা শেংজা-শাজা মঙান্ মনিলনা ওল্লাং পাৎচ ইরিক্ অহোইনররবরা ভুবী তিন্না থদৎলগে লাইজা ইরোম্মুংদগী হৌনা ইঙারেন্ ফিদম্ লৌনা নোংখোং চাংথোং লাংখোং ভুখোং লোকলম লোকয়া লমথোই লময়াংবা মীকোক সয়াম্ শৌন্নিবা লাথেক্ লায়োন্ লায়োন্ চোংম্নবা য়েনৌ হেনৌ সানৌ কননা থৌরিবা মাইকৈ মরি কারন্ মরি হারো নিপাল্ কারল্ তরাতরুক্ মালেম লৈরোন্ তয়েৎ কোরো অতিয়া সুপ্প। সাথোং লৈসা পাইরিবা চুপলি পাইবা রায়েল্লিবা চৈথাপিনা রাতেল্লিবা পারিহল॥

ইরিক ইচম লাইজা ঈশিং খিকফেন্না ইরিক্ ইথাদা নাওয়েং ঈ ইকান্না পরিং লাংশিং তন্নিবা উকামাঈথোং য়ান্ নোংপোক্ খোয়রা য়াল্লিবা ইবুংঙো অসী (ঙসি) কোরো ন্নুমিত্তা নোংখোং কোইম্নু থৌসিরুরে থৌসিবা কোলোঈ মিংথোনগে ঙসি কোরো নোংলেন্ নোংজা খারনা পাঙদম্বদি হৌবা লোইবা থোদোকাসি নাপ্পা লৈসাং তম্নুঙঃ বাহৈ লৈথেং থেংলুঙঃ। পারিনা মকম অমত্তগী নিংথৌ ওইদুনা কমকম্ রায়েন্ তমদুনা কমথেং মরা চেৎখ্রবদি পারিনা শেম্বা মালেম্ তাইবংদি কনানা য়োকনি খোইজেং খোইদাওঃ- ঈরাং ঈ তপথৌও

পারিহল, পারিগী মিংথৌ খুভমৃঙি ইপানা হাক্লিরে তাইবং মুমথোং খুদিংগী য়ুমজেন, কাচিন, ফম্বালদা ফম্ ফম্ থাক্লে তৌদুনা পারিনা শেগজ শাজা, চাদা নাওদা কোনথাজা কুমজা লাকয়েন ওঈদুনা ফুনজা সেনবৌ খরাই থো গানু থোক্লা উরান চাক্তিনচা তাইবং চৈগা পীদুনা কুচৈদা কুমদমউ। য়ুমজা ইরাংচদুনা তাইবং সাথোং ফাহল্লা মালেম লৈয়োন্ ইংহল্লু ইরিক ইকাইহল্লু পারিহল, তুংগী ইচেলগী ইফুং ইনিল, অচৎ-চত্তাগী ইনিল থোহোক অউ-উদগী ভেংথানাওই থোজেন্ হিরি শিকোল কোনথানা মাইকে মরুং থোম্মা সাথোং লৈসা পাইদুনা য়েংকী থো নেংত্তা দনা লম্, ওয়গী থোংনেত্তা লুপা লম্ থাদুনা সনা চেগু পাকদুনা চাদ নাওদগী ইরি লাংজেন্ লাইখম খুজোক্লা মীরমথেন্ থৌদা বারক্ চেংনা অচৎ চত্তা অউ উদা তাইব চৈগা ফাহল্লু কনাদম্ তাগান পায়দবু তাগান ইপাগী থায়েল্ থোইরা থোননিং থোহোক, অসিগী রাখল, লৈপাং মপুঙ ফাহল্লু পারিহল, ॥

পারি নংগী নফম্, সরাং কাইনা লৈরিজে পুক্কে লংইগে পুম্নমক ঐনা লোইনা থম্লিয়ে। তাইবুং মীরেপ চারা লি দুনা লৈরকুবা মতমদা তাইবং য়ুম্ম খুদ দা পুক্কে শেনইগেলেরিবা পুম্নমক পারি নংনা লেপ্লা ফংগনি। তাইবুং য়ুম্ম খুদিংদা নংনা নিংথৌ ওইগনি। পাখংবগী ফম্বালদি অমত্তনি থঙগনি। পারি নংগী ফম্বালদি য়ুম য়ুম খুদংমক্তনি। তাইবং য়ুম্ম

হিংনবা পোম ময়াম চংথোনবা লৈরিবা খৈবীক পুম্নমক ওসিদগী হৌড়না নংগী ওইরে খণ্ডহৌরো। ওসিদগী হৌড়না নংনা তাইবং থবায়গা মমগী নিংথৌগা অনিমক্ পরুনা পারি নংনা ওইরে হৌরো। পারি নংগী পুক্কে শেনগৈদি মশীং মাইদবনি। নচা ননাই তাইবংনা নংবু ইবাৎ থৌনিগনি। লেংগানবগী মপুদি নহাক মাক্ত খনগনি। নংবু ইরাৎ থৌনিরিবা নচা ননাই তাইবংনা নংগী নত্তিক খণ্ডদবা তাংবর মরুপ খৈবীক্তা মরু কনা মাংজনি নংনা য়েংকম থোক্লরোই। অফ নুংঙাই য়াইফবা কৈদৌউদা থোক্লরোই। নমু তাইবং পান্না পুনি নুংশাং ওইররোই॥

ঐগী মঙাল্ য়াইবী লৈমরেন্ থরাঙ্ক সিদবাদি নংগী নত্তিক খঙগনি। নংগী পুক্কিং থুংনবা মহাক্তনা তৌগনি। তাইবং শন্নবগীদমক ঐগী লৈমরেন সিদবীনা শিদ-সাইওন্ ওনবা লৈমরেন সিদবীগা চপ্ মান্নবা সাইওন ওম্বা লৈমরেন সিদবীবু নংগী নাক্তা পম্নগে। মনুং মপান্ বারিদি মঙোন্দবু তৌরমগে। তাও তাও পারি অনিমক্ শিদ-সাইওন্ ওম্বা লৈমরেনগী মত্তিক মিংথৈরোনবু মথং শিংনা হায়রকে ঃ— ঈবেম্মাদি লাঙ্করেম্বী শিদ-শাঙ্গওন্ য়াম্বীনি, ঈবেম্মাদি সিদবী তাইবং মালং শন্নিবী সনা ফম্বাল্ ওই ওইবী, চিক্রবা লাঙ্কশঙ, মনুংদা নোংথ্রে নোংদ্রা অশংবনা চুরৈ থাংচেৎ মচী লাংলিবী মুকফু পাবামচুনা কোলোম্ থৈগু ওরিকী মকমাই লাইরেক্ ইচুনা তাইবং নমু পোংবু অশি থোংবু থিংচুনা অচুং থোংবু হাংলিম্বী (স্বোর)

নিংশা নথাং কখী সনাচিং চীংতোন্ ভাল্লিবী তাইবংকেনব্ হুল্লিবী মালেম্ লমজাও ওইরিবী। অদুং হেৎগী মগারেন্ মুমর্দা লৈরে মুমলৈমা, লিন্দা তোংলে অনুলৈমা, লৌশিং লৈরা ওইরিবী মনুং মপান্ উবীনি। ঈশিং থক্তা লৈরিবী ঈরাইলৈমা কোরিবী, ইশাইকুদা লৈরিবী লৈমরেনবু কৌরিবী, লমলক্তুবু লৈরগা সনা মিংয়েং তারগা লমলৈনবু হায়রিবী মচা মনাই য়োক্লিবী মতৈ মরোং ওইরিবী ফৌওইবীদি ওইরিবীনি॥

লাইরেম্মা লৈমরেন সিদবীনা মালেম্ লৈরোন্ তরেৎ নোংদোন লৈরোন্ মাপন্ নমু তাইবং মীথল্ তরেৎ মাপনমক ফমফম্-২৫-মক্তা কাউওম্না কম্বাল তোংবী। মালেম লৈরোন তরেৎমদা নোংশাবী লৈমরেম্না লৈপাক্কী লেক্লিংদা য়ামথক্না লৈয়ে মমিংদি হুং হিক হুংহিক্ হুং কৌই। লেক্লিং যাম্ফক্ অসিগী মথক্তা কনা সিদবীদা লাইমোনা কমই লাইরেম্মাগী মমিংদি লৈকোক্পী তনুং কৌই। য়েত্তা ভাকপী নুংমত্তা লৈবী লৈমরেম্নে অমদি তিল্লিকোক্পী মনু কৌই। হেদা ভাকপী খাদা লৈবী লৈমরেন্নে কম্বাল রানে। মরানে লৈমরেন সিদবীনা ওাচিং নমু মরম্ নানথৎখরে মমিংদি হংলৈ-তিলসং কৌই। অমরক ইনথৎখরে মমিংদি মরী-লিতিন-খাকলুবী সিংলুম্ কৌই, মসিমা পোকপ্র। অমদি তিনুত্রেংলু কৌই, অমরক ইনথৎখরে মমিংদি লৈহিংলপ কৌই। অসি থৈবীকী মথক্তা কাত্তোনো ওইনা কম্বালগুম

মনন্ নাইবী লৈবা থৈবীকপু পুক্নিং ছুরিবী মমিংদি লৈছিংপুন্ মিত্রোংচীং হিং কৌই। লৈবাক্কী সেক্লিংদগী হোনা তাইবং পানবা ফাও-ওন্না ফম্বাল তোংলে ফম্বাল, মানে লৈবাক্কী লেনফুরেননে॥

অসিদগী লৈবাক শেম্মে নোংথৌ হৌরে, লৈপাকসুং অচাইবা ঈশিংসু তরং নুংশিংসুং তরং মৈসুং তরং; তরং ফাওবনু থম্না ওয়, য়েং ওঈনা তুনা লৈবা থৈবাকপু ফাজিননা থম্মে, মমিংদি পুনচি কৌই। ওয়দি পুনচিগী ওয়দা লৈত্র মামংদি লৈপুনলু কৌই। লৈবা থৈবীকপু ফাজিন্না লৈরে লৈহিংনু লৈনপফা কৌই। অমরক কোবদি লৈহিংনপ লৈচিনফা কৌই। অমরক্ কৌবদি তে তে-হিং ওক লৈনানু নপফা কৌই অসিদি মী-লাইগী ময়োন্ চোবনে। লৈমরেন্না লৈপাক্কা থোংজি ওইন অক্লাদা কারন্ মারমাগী ময়াইদা চুপসেন্ ওইনা লৈবাক মদা চেংনবা হঞ্জেন্দুনা ফমলে মমিংদি উম্বী-থুম্ কৌই। অসিনা লৈবা থৈবাক পোকপনে মমিংদি হুইত্রেং লৈতোং মেনবী কৌই। অসিদি সা লুপা য়াওনা পোম্লো লংজা অয়োন্, অবাঙনা কোকনে॥

অসিদগী লৈমরেন সিদবীনা চিংথৈ মতেন্দা হুইরিওম্না কুপথংখিয়ে মমিংদি তিলতালিকেপ কৌই। মী, লাই পুম্নমক হরাও নুংঙাই মথোই কাহনবী লৈমরেন অসিদগী তিলগী মকোক লাইগী মকোক মরু ওইরে মমিংদি তিলসিং হন্ হন্ লাইমিং হন্ হন্ হন্ তাহল অসুম কৌই। মিংথৈদি

উম: শ্রিংপি শ্রিংখোম্বা, উমঃ শ্রিংপী সিনখোম্বী কৌই। মী, লাই পুন্নমক্ য়ানরে। অসিদগী লৈমরেন্ সিদবীনা লুমিত্তা চোংশিনখরে মমিংদি মিংতরেংনু কৌই। অমরক্ ইনখংখরে মমিংদি কুপতরেংন্ কৌই। অমরক ইনখ খরে ঙাংতরেংনু কৌই। অমরক ইনখংখরে ঙাংসংলেন সংতরেংনু কৌই। লুমিত্তা থুংলে মামংদ ঙাংতুমনু কৌই। অমরক ইনখংখরে মামংদ রোংহংচি কৌই। ফম্বাল্ বানে। নাওয়োমদি তিক্থুয়োম্ তরুং কৌই। মমা নাওয়োমদি য়াফমনে মথক্কিদি তিলীক তিলাকয়োম্ কৌই। লিয়েমসং কৌই। নাওয়োমগী মিংথৈ, লুমিংকী ফম্বাল বা অসি শক শোল্লকপদা মীগীসু লাইগীসু হরাও নুংঙাই মথোঙ্গ তোংনরে হিং নিং মিং কুক্ কুক্ কুক্॥

লাইরেম্মা লৈমরেন্ সিদবীনা অমরক্ কৌবা মিংথৈদ লিকশঙ্-কুম্ কৌই অমদি সংতাইনপ্ কৌই। "লিকশঙ্ কুম্" মিংথৈ অসি চীংথৈ ওন্না শজিকপু য়েংনা শোল্লু লাই-রেম্মা লৈমরেন্ সিদবীগী থোজান্ ফংলে খঙউ। লাইরেম্মা লৈমরেন সিদবীনা অমরক্ কৌবা মিংদি পর কোঃ পরেংচি কৌই শজিক্তা য়েংনা শোল্লু ফম্বাল্ বানে। অসি শক শো-ল্লবদা লাইদা পিনবা পোৎলম্ খোইয়ুম্ লাইনা পাল্লা লোথিয়ে। লাইরেম্মা লৈমরেন সিদবীনা শজিক্তগী থাদা ভুনজিলখিরে মমিংদি থুপ্পিয়েং কৌই। অমরক কৌবদি লিক-লিক-ঙাং কৌই। অমরক কৌবদি লিক-লিক সং

য়াইফ লৈপুন্ চাংথবীয়ু হৈজদবা মরমনা খওজদবা নরানা চয়ৈ ফিবু থোনখিদবা কুমজা ইরাৎ তোজরকখিনি নতিক খওমদবা নবা অতু অয়োন্ অরান ঙাকপিয়ু, লংজথৈবীক কোক-পিয়ু। হৈজদবা ননাই ন খওজদবা নচানি লংজবগী নরাদো খওদবনা মপুক্লুং ল জবগী মশক্তি তাইবংদো য়াইবী ইশো লাংবীনু খাম্বী মৈশা কাংবীনু খুবাম্ তরা লোন্দুনা ইবেম্মাবু খুরুমজখনি তাইবনা॥

ইবেম্মা নহক্তি তাইবং য়ুম্থুম খুদিংগী মাংশোক্ কাজাও য়াবীনি, ফমলেন্ লুথুপ লোবীনি, নাকথা লৈমা পাওদোই-নুনে লৈপাক্ পুংগুম থোন্বনা শিংঙেন্ লৈরাং লৈহুনগনি, ঈশিং পুম্রাং অথনবদা হিংখু মাইতানরনি চকপী লাইচম থোংনেংনরনি লিকোন্ অাকংবনা খাংনেনরাম তা জ লুয়েন্ থক্তা কৈজা পোপতেক লৈরনি শম্মা লৈমা নমোংইবু মোংফু টাগা তাইবংনু তফা সাইওন্ অয়াম্বী লৈমরোন্ তরুক্তি লুচিংবা নোং চুদনা শাইচোংপী নংশা শাদনা ফোকংবী ফোরা মচি পোম্বী অমুক চারা নো খায়রিবী, নুংঙিদাং চারা নোংদম্লিবী, অয়ুক ঙন্না কোম্থারিবী, নুমিদাং ঙন্না কোন্শনবী অচিক অশা খায়রিবী পুম্নমক্কী মমানি তোন্নবা মচাগী তোংজেং লুচিন্ থৈবীনি রাক্‌লৈ হিনাও শাবীনি। সোরখাং ফম্বীনি য়াংলো লমদাং শিনবীনি, য়েনগী চুপ্‌লি পায়বীনি। ইবেম্মা মহাক্তি সঙ্গাঙ্গৈ নুংঙাইবদা লৈরগা কায়েন অঙোবদা পাও-দোইবীনি, মকু থোংঙাইবানা থোংঙশওনংনি, ঈশাইফুদা

লৈবীনি লৈমরেনবু কৌবীন, ফুঙ্গাদা লৈরগা ইমোইনু অহোংবী চাকলেন্ তরেৎ চাকশৌবী ফুরোন্ তরেৎ ফুশৌবী য়ুরোন্ তরেৎ য়ুশৌবী অকোং ততবী অথোং কংদবী অরাই মিদবী নত্তুনা চুমথাং থল্লিবী ইমোইন্দি চাকহোং ঙাহোংবী অহিং লিক্লা তাক্তবী নুংথিল্ লিক্লা কংদবী থোইদো চুপ্লি পাম্বিরিবী ফংবীরেন্দী সিদবী ইবেম্মা কোলোঙ্গ হকপী লাইরেম্বী মিংলেন য়াম্বী সিদবী মতম খোংলৈ তুংইন্না য়ুম্না থাংলেন্ শুগনি লান্ডম্ তেংমাই লেপ্ক্লি হে ইবেম্মা লাইরেম্বী নচা ননাই তাইবংগী য়াইফনবা মরমদা মনিংতম্না চৎচরো ওইনিংবতা ওইদনা য়াইফনবা মরমদা হে! ইবেম্মা লৈমরেন্ সিদবী লংসোক্ তেংবাং-হৈববু নহাক্তনি থওগান॥

হে লাইরেম্মা সিদবা নহাক্লা কোনসেন্ তুরৈ সেনবগা কোনসেন্ তুখোং-সনাগা অনিমক্কী খোরি তেংবাংঙু হেঃ লাইরেম্বী সিদবী সোরারেন্দী সিদবা সাইওন্ ঙম্বী লৈমরেনগী মকমদা পুকমেন্ পাওমেন্ লোইরগা মচা অনি য়েংদুনা সোরারেন্না হায়রকই, নচিন ননাও অনিনা য়াইফ থোইনা পালহোরো শিদ মিংথৈ অথোইবা ঙমথৈ লৈত্তনা ফজবা খোইয়ুম্ মাগী মিংলেন্ [অরুববু নখোঙ্গ অনিনা ফংজরো তেংবানবা মপুগী য়েংকা ওয়গা শক্ত্না য়াইফ থোইনা পালহোরো নচা ননাই য়োক্ত্না ওইনিংবা ওইজরো য়াইফনবা মরমদা ননিং তম্না চৎচরো॥

ঙসিদগী হৌদুনা নমিং সনা খোল্লমগে সনামহী হায়দুনা চুংশি চান্না কৌরমগে মরু ওইবা মিংখোন্তবু খোল্লমগে মরু

কৌই। অমরক কৌবদি লিক-লিক-পোং কৌই। অমরক কৌবদি লিক-লিক-য়োম্ কৌই। থা য়োরে মমিংদি থুপ্-থুপ্-পি লৈসংনু কৌই। অমরক কৌবদি লিক-লিক-সাচুং-শেন্ কৌই। অমরক্ কৌবদি লিক-লিক্ সেকক্-ন্ কৌই। অমরক্ কৌবদি সেংতরেংন্ কৌই। লৈবা খৈনা চেংইনগুম্ কুপখিরে হঃ লৈমরেন ইকুপ্-পি কৌই লৈবা খেবীক্তা শোন্দুনা চিল্লু মীগীসু লাইগীসু চান্নরবনে। অমরক্ কৌবদি থুপাপ লৈতোংন্ কৌই। কেরে চিংন্ নপ্ কৌই অমদি তিলতরেং লিক্ কৌই অরুবা মীংখৈনে। মাওয়োমগী মমিংদি তিললিক্ কা য়োম্বী নুরংনু য়োম্বী কৌই। থাগী ফম্বাল্ বানে লাইথ্রিংখোগী মরা ওইবা বানে। লংজ অয়োন্ কোক্কনি॥

লাইরেম্মা লৈমরেন্ সিদবীনা থাদগী হুইরিগুম্ কুপথংখিরে মমিংদি হঃ-লিং-হায়নপ্ কৌই। অমরক্ ইনথংখিরে হঃ-নপ্ তরাইন্ নপ্ কৌই। অমরক্ ইনথংখিরে তরং তরেংলিক্ কৌই। তাইবং পানবগী মরুনে মতোন চোংবা য়ানে পাথংবু সংএ, অকংবু সংএ, ইপুন্ নুংসাংবনে মচু হৈয়োইগুম্বনে লৈমরেন্ ফম্বাল বা অরুবনে। অসিদগী লৈবা খৈবীকপু তোংচিনা চিংবগুম্ চুপশিনবা লৈমরেনগী মমিংদি হুংচিনপ্ কৌই। চুরুম্ নপ্ কৌই। অসিদগী থরানম্নাক নোংথো সিদবদা ইনথংখিরে মমিংদি তরং নপ্ কৌই। অমদি অংউপ তরৈচি কৌই। মফম্ য়োরে মমিংদি খিরিং

তরং কৌই। অসিগী মপুক্ মনুংদা লিক্লানা লংনা লৈএ মমিংদি লৈহোপ-নপ. কৌই। চিংশিন্না শোল্লো মিংথৈনে। অসিদগী থজিং মমু মারম্ লৈখৎখরবদি অমলবী খোইমোম্ সিদবী লাংপুমকুম্ চান্নবী থিবা খঙরবী ওইরে। ললৈমরেম সিদবীগী বাখোঙ. হৌগী লিতোন্ লোমমাপি হৈপাক্ নোংখোগী মরা লেম্ফ. ওইবনে॥

কম্বাল্ ওয়-ওইনরগা মপু মাক্তা ভাল্লগা লৈমরেন্বু কৌগনি সিদবীনি খঙগনি তাইবং মপুগী মমানি শিনবা থুংনা লৈবনি, ঈশিং তরং চাওবীনি, মুংশিং তরং খোম্বীনি। অতিংঙাদা সল্লিবী মৈতোন্দদি খোশাবী মালেম্ লৈগী ময়োননি য়েন্নৌ হুন্বী হায়বনি। সঙ্গাঈ-মুংগী মৈরানি, মৈরা মঙাল্ কবীনি য়েক্পু তরেৎ কোল্লিবী সল্লাঈ তরেৎ ঙাক্লিবী পুম্নমক্কী মমানি মবেনখোসু মহাক্নি॥

তাইবং য়েক.পু থৌগ্লিবী খোইদৌ চুপ.লি পাইরিবী তাইবং পোকপী নমারেন্ তাইবংগীদি য়াইজরেন তাইবং মমা ওইরিবী মচা মনাই য়োক্লিবী তাইবং মল্লপ. থৈবীক্তি নচা মনাইনি চাদ-নাওবা ওইবনা সল্লাঈ য়েক পু ওইনা থৌ-নিজবা মতিক্নি, ইরাৎচবা মথৌনি। মচা মনাই তাইবংনা য়াইফ মুংঙাই মতাংদা নংবু ইরাৎ তৌগনি মংগী নতিক্ খঙবনা হৈরম্ তরেৎ কর্চানি, লৈরম্ তরেৎ লোমজনি থুবাম্ ঙরা লোন্নহুনা থুরুমজনি তাইবংনা অফ-মুংঙাই পিনবীয়্

ওইবা মিংথৈবু মথং শিংনা হায়রক্তে ইনুংঙোংদি ইপুরো মাইবী কোনগী মপুখো কয়াং কাংলেন্ সাখোবা লৈরক্ কোনশাং শিনলিবা সক্তা সরোই লাললোইবা খোংথান্ মুংদা লানুনাবা নোংদোন থক্তা পালোঙ্গবা সনজিংনা মাওকোনবা লাপ্‌খিবনা উদবা মকমন্‌খিবনা উদবা চাউবা পিকপা নমিংনি লিন্না থুংনা লৈবনি ঙ্গপুরোঙ্গনি খওজগে তাওহেরোঙ্গনি হায়জগে পারিহল্ মৈ তরং, নু শিং তরং অতিংঙা মুংশিং তরংলেন্ মালেম লৈদা খোশাবা য়েক্তা সরোঙ্গ লানওঙ্গৰ তোপ্পা লৈবা তোঙানবা তিন্না লৈবা অতিন্‌বা তাঙ্গবং মুংদা লৈবনি থমাঙ্গ হায়না কৌবনি পারিহল. তমজাও কাংলেন্ শাখোবা য়েন্নো চুপনি পায়রিবা চৈবী নাওরেন্ হোন্নিবা য়াংজা শগোল্ খোরিবা সজিক্ থাবা ওঙ্গরিবা অমম্ অঙাল্ থায়রিবা মুংনা নিংনা নওংনি তাঙ্গবং লৌশিং মৈরানি পারিহল. কোনসেন্ সনা পিবারেন্ সনামহী ঙোবরেন., ফুহিং সনা লাইজলো সনা ফম্বাল্ মহারেন ।

সম্ভোংগীদি মোরিবা, কুঙ্গাগীদি লাঙ্গরুবা পারিহল. থোঙজিনবু লৈবনি থোঙারেমবু কৌবনি শাইচুম তাকম্ তাবনি, তরং নোংদোন্ ফাওবনি সন্দংখাদা খোশাবা কৈদা লৈরে কৈরুংবা লোক্তা লৈরে লোনামু, লমলক্তদি লম্মাবা লমশেম্বু ওইরিবা হিংখোন্ মতোন্ মরাম্বা কোম্বোং তাও-রোইলাই, য়েনখা পাওদবা শাইজিন্ পোন্নিবা পারিহল., নোংখোং কোইবা অওম্বা তরং হিরেন্ হোন্নিবা ইপাক-থক্তা পুরেম্বা ইথৈ ইহল্, মরেংবা য়োনিংবতা য়োবনি চংনিংবতা

চৎপনি পারিহুল্ল। পাম্না-কৈরেন্ কোইহোম্বা চহুইলিংগা কোকহেনবা লাইপাক মাইবা হামলেন্. মাইবা সংনোং মুনোং সরক খায়বা খামুল্ কায়রা, লা না রাইবা লাইশঙ, রাইবা কোনতে খুরাই তাংবা কৌই। নি.থৌ মাইবা কাম্লেন্ লিবা, চককবা, পুথিবা চেঙসুম্ লৈবা কোরোং শেম্বা শোংনে-ন.পু চিরাই তাংবা কৌই। মপাল্সু হনবান মপুগীসু মথক্কি নতেকমদা তেসনলো নহন.ফমদা হনজিল্লো॥

শিদ সাইওন, য়াম্বী ভক্ষা কোরৌ রাংবী রাঙম্ কোনথৈ অতান.বী শো/লোইবুদি অথাপ্পী খোইমোম্ব.দি লৈখা ম্লেন্. য়েনহৌ খোইরা মরুগী কোরৌবুদি মিনোংথো খাবী চামা শিনতাকপি, অনাই চামা শিনতাকপা পারি নাক্তা লৈহৌরৌ। সনামহী লাইয়িংথোনা তন.বা মিংথৈ কাডুনা মপাবুংগী য়াথংবু চেংনা নুংদা কোনখরে। মচা মনাই তাইবংগী য়া ক মরাং ক্লানবা থনম্লে। সোরারেন্দি সিদবা শুকমেন পাওমেন্. লোইরগা তাঙ্গবং পানবা থৈবীকী মথং মনাও সিল্লগা মপারি অনি কোয়না য়েৎকা ওয়গা চুপ.লক্লে। সাইওন লৈমরেনবীদা কুংশি পাওবু হাইরম্লে। সনামহী লাইয়িংথোবা মপন্ পম্বোগী থম্মোয়গী অশেংবা রা অডু তারগা হাল্লজরকই। কৌক্ত লাইরেন্. সোরারেন্. পম্বৌ পোকমারা কে: অজিরা সিদবা কুচি কৌবা ইপন-ও: কুহিং চিং কৌরা পোক্লেনও: চরেনচি কৌবা শাৎলেনও: শম্বলেংবা কৌবা অশাৎপও: পেরে নহিং কৌরা ইপুও:। ইপনগী খুল্লবা মিংলেন্. মঙা

শক্ শোদুনা সরী শোন্নবা হায়জবনি পন্থৌও: খোইখা লিনখা খাবীগনু অশাওবা পুম্নমক্ খোইখা লিনখাদা নমথবীনু। হে: খোইয়ুম্ মপুরেন্, সিদবা পন্থৌও: লৈখক লৈখা শিংনা লমতাই পনথুং ঙাক্না মিংলাম্মা চকথাই তম্মোবা য়েংখিবনা নও,নি উথি উথিবনা নতৌনি নওং লৈবা তমজ্বার নতো লৈবনা নিংথিরবী হৈয়া মপুরেন্, অপোক্পা ইশাবু ইশানা কাওরুবনা ইদোম্নু, ইদোম্মা খঙলুদবনা খোংথিন্, চকথাইতম্ খোংথিন লাল্লোইনখি নংনিবু হায়জগে ইদোমনিবু শিংথাগে থাহৈগী কারল্ পোংথাম্মিবা থাতাগী লরাক্ ইকাই-খিবা লরাক্না লায়োন্ কোনবগুম্ ইমৈনা ইয়াদা চিমশগুম্ হৌবা লোইবা কনবিও: হোইয়ানা ইন্জগে, খোয়ানা খোসিগে ভুমঙ্গনা মপুরেন্ ইবুংঙো খৌদরম্ খোসি খোদা থাহেন্ সিলুগে ইরম্ ইথইবিরো তুখুল্ হৈচল্ লম্থুংজগে অপোকপা॥

মচাগী অবাবা অত্তু উৎদা চৌংও, কুরু সিদবনা মচাগী খুদাং পায়ত্তন মচাবু থাগোল্লকুনা ভল্লুক্ ওইনা নোংদম্লে। মি থৈদি চন্ডইদিল্গাং কোকহেনবা লাই কোকদেন্ হেবা মনিক কোনা মপোক্ি লুই নো দম্লে। পারি নংদি হায় চক্, খুল্লুংচক্, মপোক্, অহুম্ অসিদা লৈপাক্, পুম্নম্ক্না নংগী লাওন্ খৌরম্নু, মথং লেংনা শান্নরুরগা লাংবা কোবা চক অড়দা তাইবং য়ুমথোঙ্, খুদি দা য়ুমলাঙ্গ পোনজেনবা হায়ড়দা তাইবং পুম্নমক্না য়াইফনবা শেং ব ওইডুনা নকা চাম নিপাল, (১০৮) কমরুনা তাইবং লৌঙ্ইবগী থাহেন্ খোদা অচুম্বা বর ও-ন্নুংঙাঙ্গবগী চুক্রিং মরোন্ পুম্নমক্ চোংহন্নদবা পারিনে।

পারি খোমদোন্ অতোনবা নংবু শেম্বীগদবদি নয়াম্বতনা শেম্বীগদবনে। নয়াম্বগী মফমদা নোংলুক্না থুরুমজতুনা নিংবা থৈবীক নিজহৌ। অতিম্না সিদবগী য়াথং ফংলবদা পাখংবা কোচিন-তিংখোকপানা ময়াম্বগী ঙাংলৌ থম্বাল্ মখোঙ্ শোরা থুরুম্ লৈপাঙ্গজখি। পাখংবগী মতো অত্ত উবদা মপন্ পম্বো শরুবা ময়াম্বনা পেনবীরতুনা হায়বাখি, ইশাংনৌ ইবুংঙো নং পম্বোগী য়াথং নকোক্ থক্তা থোংতুনা কংলৈ পুংময়োন্ অসিগী নিংথৌরেন্ ওইতুনা মালেম্ লৈকোই পুংময়োন্ অসিগী চক্মরিমক্তা ইয়াম্বনা হৈনা নতুং ইন্দুনা নংগী য়াইফনবা থৌরাংবা শরুক্ ওইগে। মতম অতুদা চাংঙ্ কুরু সিনবনা হায়রকই, পারি ইবুংঙো পাখংবা নংগী নথক্তা নয়াম্বনা করোং থুংকুম্ নোংদম্ বায়েনগদবনে। নয়াম্বগী য়াথং ফংদবা থবক্তা নংনা নমথেক্তুনা থবক্ তৌফরোই। নয়াম্বগী ময়াথংনা নোংদমদ্রবা থবক্তা নংনা থৌরাংলুরবদি নংনা নমাই পাকপা লম্বী ওইগনু। নয়াম্বনা হায়বা য়াথংবু লৈবাক্তা তাহনফরোই চেৎনা ঙাক্কদবনি॥

কুমজা অমগী অনৌবা লাকয়েন্ শুংদাই খুদিংদা লৈবাক অসিদা লৈবা অনৌ-অপেন্ ফংজবামখৈ নয়াম্বগী মফমদা ফংলগা নংনা চাজবা ওইজৌ· অনৌবা চরৈ নমথাংশু কুমজা কুমজা খুদিংগী চরৈ অহনবা হোংতুনা থুরুম্ লৈপাইজতুনা নুংঙাই য়াইফনা পুন্সি নুংশাংনা পানবা ওম্বা থৌরাংজৌ নপুক্লিং হরাও নুংঙাই মখোই কানা নপন পম্বো শরুবা নয়াম্বগী ঙাংলৌ থম্বাল লৈঙাং লৈকা শোরা থুরুমজৌ॥

ইচাগী নত্তিক্-নয়াই অকল্বা শকতম্ অসিনা লৈবাক অসিগী ঈয়েক্ তরেৎকী শাথাঙ্গ শক্তম্ অথোইবা মীপোক্, অথোইবা মীপোক্ অথোইবী ওইত্তনা শাগৈ সম্লাঙ্গ তরেৎ থোক্লা থায়থোক্লগা শক্তম্ অমত্তং ওইনা থোক্কলোন্ মাপন্ ফাত্তনা থোইরূম্ লাইয়িংথৌ ওইনা শিদ মাইত্তন্-মুরো পারি ইচাগী চিংনবা পুক্লিং রাখল্ অত্তসু থাদোক্লো নংগী নপোক ফিজুই থরোইবদা নমিংবু উংচংনেং হায়না কৌত্রুমা লাইরম-লেন্দা লাক্লগা লৈবাক থুঁদংগী রাইফনবা শেম্মীক্ ।

লাংবা চক্তা নমিং হৈয়োম সিফবা সম্লাঙ্গ সনা হায়ন কৌহুনা তাইথং শকতম রেন্ নোংদম ওইরুরো । ঈচাগী তাংলো থম্বাল লৈকাবু লৈপাঙ্গজরবা অমাঙ্গবী অমাঙ্গবনা তেংথা নাওরোঙ্গবা মত্তমদা ঈচাদি তত্তবগী হৌফম মরু থওবা ঈচানিনা থরাঙ্ক পানথশিংগী শোগ্রফম লাম্নফম ওঙ্গগদবনি । ঈচানা মত্তম অদ্দা ঈচাগী মাংদা ঈপানা ফম্বাম্মাংদ্না লম-কোঙ্গবা তিল্লুক ওঙ্গরগে নংনা ঈপাগী ঈতেং ওঙ্গনা ফম্বাল তোংজরো অসি হায়না য়ুমলাঙ্গ পোনজেন্বা থোঙ্গয়ূম লাঙ্গ য়িংথো অসিববু নোংদম্মীরগা পাথংবা মচাগী য়াঙ্গফনবা শেম্মীথি ॥

## মতাং — ১৩ — শুবা

# লাইগা তাইনরক্পা তাইবং মী ওইরক্পা

পাখংবনা ফম্বাল তোংঙৈদা পাখংবগী চিরেন্ মতাং তরেৎ শাংবগী চিরক্তা পাম্লেন্ লেপকং উচুবদা মঙাং ময়েক তাখিবনা লুরাং মৈশা নেৎপগী খুমন্ মনজুববু মৈরি মৈঙান্ ফাওখি অরেপ্পা অথম্বা ময়েক্কা থাম্নী মৈর মৈরাঙবা তাঙবং রারেপ মৈরেম্বা মশেক মঙান্ মৈরিববু হানৌ লৈকা লৈত্তোন-থুম ঙাংনা মৈরি তরেৎনি অমম্বসুং খায়রিবা অঙানবসুম্ব তাঙবং লৌশিং মৈরানি অথা অয়'ক লমথিংদা অচং-চত্তা অসি পুম্নমক্পু মসি থানা কৌবরী নশক্ চংনা পাওশিল্লি, নঙান তানা পেলহল্লি লংজবা পুম্নমকপু থৌজানবাবা পুম্নমকপু থৌজানবীবা পুম্নমকপু লৌবাবা ঙাসি খঙবা নুমিত্তা মৈগীসৈথোঙ্ খঙখিবা লাইগী নিংথৌ সিদবনা মত্তোমতগী মশাবু শিদোক্তুনা তরেং থোক্লা থায়দোক্লগা সাইওন্ পুথোক্তুনা লাংওন্ শান্নরকপা মতম অসিদা তোবা ঙম্বা মতিক ময়াইনা অমুকসু মচেং ৬৪-থোক্লা শিদোক্তুনা ওইনিং ওইনিংবা ওন্দুনা লাংওন্ থৌরম্ অয়াম্বা পুথোক্তুনা শান্নরকপা মতম অসিদা পাখংবা নিংথৌসু মপাল ফারক্লদুনা পাখংবগী মপুক অসিদা মপন্ পন্থো শক্লবা ময়াম্বু কয়ামুক্ থৌওইদবগী

মরম অসি চীংগু, খোইয়ুম্ অতিয়া কোরৌ সিদবনা খগুলঙ্না পাথংবগী মকমদা অতিয়া কোরৌ সিদবনা য়াথং পাওতাক্ হায়দ্না থবক্ খোরম্ কয়ামুক্ চংথরকপদা পাখংবনা ওয়াখিদব থবক্ খোরম্ কয়ামুকশিং অদ্ চীঙ্ অতিয়া সিদবনা লা ওনগী চা শঙ্কবা খোইয়ুম্ লাইয়িংপৌ অসিবদা হায়থি, পাঙ্খি ইবুংঙো। ইপানা ইচাগী ফজথবা শকতম্ অদ্না তরেং খোক্লা শিদেক্লগা অমুকস্তু তোবা চেম্বা নংগী নর্তক নয়াইনা মচেৎ-চৎ-খোক্লা শিদোক্লগা লাংগুন্ খোরম কয়ামুক্ শান্নরকপা অসি ইপানা উবদা ইপাগী হরাও নুংঙাইবা অসি ওনথে লৈতনা পেল্লে পারি ইবুংঙো! অদ্ মহিকোত ও রবদা ইচাগী শাখায় মচেৎ মচেৎ সিদোক্লবা অসি ইপানা য়েংবদা য়ামনা নুংঙাইত্রে। ইচাগী শাখায় মচেৎ অসিবু ইচানা মশক্ মওং অময়ম্ খোক্লা শর্ভিজু হায়রক্লে॥

অসিবা কৌবা লাইমা চীংগু অতিয়া সিদবা য়েংদুনা হংদোক্লয়ে পাক্লো ইবুংঙো অহানবগী শাখায় তরেৎ অসিদগী খোনা শগজগে মখোই অসিন পাক্লো ইবুংঙো শকতম্ মওং করম্ করম্বা মওং ওইনা পুথোক্‌ভ হায়বনো হায়না হায়জরক্লবদা অতিয়া সিদবনা অসিবগী চুনা হাপ্লকই, পাঙ্খি ইবুংঙো মখোই অহানবগী তারেৎ অসি তাইবং শকতম, অময়ম, ওইনা শাদুনা লৈবাক অসিগী তাইবং মী ওইনা শংথোক্লবা ইচানা খোরাংবীরক্লো। পাক্লো ইবুংঙো কনানা মানবা শক্রম্ শারগা তাইবং মশক ওইগদবানো? করম্বা শক্তম্ শাক্লো হায়-নো হায়না হংজরবদা অতিয়া সিদবনা মপারি অসংবু য়েংদুনা

হায়রকই, "মচুদি পারি ইবুংঙো ইপাগী শকুম, মান্নবা শাক্ত-ও হায়রবদা ভ্‌ৎসিবনা অতিল্লা সিদবা লাইয়িংথৌ সোরারেন মানবা শকুম লৌচুনা তাইবং শকুম্ অমমম্ শাখে । মখোই তরেৎ অসি শাবা লোইরক্লনা অসিবনা 'হায়রকই । ইপাগী নোংদম্ নয়াথং শাজবা লোইজরে শকুম্ পোলেপচরে থবায় হাপ্পবা থৌরাংবীরো পম্মো ইবুংঙো হায়র্জখি ।

মপারীগী মায়ম্ অসি তাবদা চীংগু অতিয়া কক্ষ সিদবা সোরারেন্না লাইয়াম পুম্নমক কৌশিল্লনা হায়রকঙ্ ইশা অসি অনি থোক্লা থায়দোক্লগা থায়দোক্লিবা অমমম্ অসিনা তাইবং মীতম্‌মিবা মখোয় তরেৎ অসিদা চৎলগা নখোয় ঐখোয় পুম্নমক্ তাইবং থবায় ওইচুনা তাইবংগী মরুম্বা মশা অসি মখোঙ্ থাংচুনা চৎহল্লসি লেং-ওৎপনচিংবা মথুৎ হায়বা মরম্ পুম্নমক্ য়াহনসি মখোয় ঐখোয় শকম'ন্নগনি অতুমহিক্তি ওইরবদা নখোয় লাইগা তাইনবা তাইবং মীদি মমানা পোক্‌পা চাগোক সন্নাঙ্গদা চৎমথ্রবনি, মমা পিপুক্রংদগী তারকপদস্তু পংথগনি পংথখিবা তাইবং মখোয়দি পোকপা শিবা নাইগনি লাঙ্গ ঐখোয়দি শিবা নাইদ্রে লাংওন্ শান্ননিংলগা শিদা সায়োন্ ওল্লগা চৎনিংবা য়োনিংবা মকমদা চত্তুনা লাংওন থোরম্ অয়াম্বা শান্নগন্নি ॥

নখোয় ঐখোয় পুম্নমক্ অসিনা শেমগৎ শাগৎপা তোক-কুমশি । লাংওন থোরম য়াম্নবা ঐখোয় পুম্নমক্ পেন্নবা মখোয়গীসু পেনবা ওইগনি । ঐখোয়না পেন্দনা মখোয়না

চুংঙাই মখোই কানা হরাও নুংঙাইনা পেনবা থক্ য়ারোইব
তাইবং পুমনমক অসিনা হয়েং হয়ি হৈয়া খুদুং হয়ি লাংবা
কোয়চক্ য়োঁরক্লবা মতম অনাদা তাইবং ঐখোয় অসি কপাইদগী
লাক্লিবনো হায়না হৌরককম মরু থিরকপা মতমদা হৌকম
মরু খঙ্বা কোয়ো নোংথোঁগুম্বা মীথোই মীহেনবনা ঐখোয়
পুমনমকপু নুংশিবগা লোয়ননা খোইমোম্ লাই খোইয়ুম
পুমনমক্কী ইরাৎ থৌনি তৌরকনি মতদা ঐখোয় মখোয়.
নংঙাইনা পেন্নস । মতুদা ঐখোয়না মখোয়বুসু অফ-নুংঙাই
ওইনবা লাইগী শিদায়াই নাদায়াই কংজনবা ঐখোয়সী খোজান্
লৈপুন চাইবীসি ঐখোয় পুমনমকপু খঙদবা তাইবং অদুদি
মপোক মপোক্ থুঁদংগী লাইগী লমল্ তোন্না অরাবা লাংবা
থুদুনা লল পাম মখো লাংসনু ॥ সোরারেন্না খোইয়ুম্ মিহিংপা
পুমনমক্তা য়াথং ইরু থাদরবদা অতিয়া সিদবা কৌবা
সোরারেনগী য়াথংদগী চীংঙ্ লাইশ্লাম পুমনমক মাগী মাগী
মপঙ্গল মথোনা মরিংজেন্না তৌবা ওম্বা মতিক মঙান পুমনমক্
পুখোক্লতুনা চীংঙ্ অতিংঙা মপু সিদবনা লুবাইদা তাইবং
থবায় হাপ্পবা থুংনিংথৌনা মদ্দা থবায় পান্নে । মতু উবদা
লৈসিরেন্ লৈপুনবীনা অতিয়া সিদবগা জিন্নুক ওইরে ।
পলেম্ পাহৌ অনিনা চংখিবা উবদা অসিবা কৌবা লাইনা
খুজিংবয়োমদগী চংলক্নুনা অতিয়া সিদবগী খুম্নাবু শোক্না
লৈরে। অদুদা পাখংবা লাই অনিনা মথক্তা তাইরবদা দুংঙাই-
রক্লুনা খুজিংথাদা মহাক্কী মথবায় অমা পথোক্লুনা থম্লে ॥

পাখংবশা চৎখিবা অত্তু উবদা স্নাথোংনাং লৈমনা মহাকপু ঙাক্লমদে হায়ডুনা মপুক্তা তাখিরে শাওনিংবগা লোয়ননা মহাক্তগী ময়াই অমা পুথোক্তনা থুজিংখারোমদগী চৎলক্তনা অতিয়া সিদবনু য়েংওইনা কোইডুনা খোইগী গথাদা লৈরগা অতিয়া সিদবনু থোগল্ তৌডুনা লৈরে। মমিংদি তরৈহিংসং কৌএ থম্বাল ময়াইদা থুংলুরে, লাই মঙামক্তা থবাই মঙা ওইরে। থবাই অমদি থোংবারেন কৌএ অমদি পোমন্থু কৌএ অমদি উতন কৌএ অমদি পিয়া কৌএ অমনা য়াইবী কৌএ। মথোয়গী ময়াইদা নুংশিৎ কুপান উম্বং ওইরে থম্বাল লোংথোক থাং থোপ অসি মনা অনি লোংএ। য়েৎথংবা মীৎতরেং তরেংবা কৌএ। ওয়থংবনা পেঙা হে হে কৌএ। থবাই মঙা মক্তা থম্বালগী মশেক চোইখিগনী হায়দনা সারিক খোঙ্গেন নুংঙাইরীবা খৈবীক্তা ঙাক্তনা লৈরে থম্বালগী মনুংদা লমথৈংগী মমিংদি সনা লিহিংসং লৈংনবা কৌএ। অদুগা লাইয়িংথৌ অডুনা অসি কোনা থম্বাল কুপ্পা লৈরে মমিংদী লৈসিরেন লাংপুম্বা কৌএ সরিক নোদন খোঙ্গেন তানা লৈরে।

লৈবাক য়ামক্তা কৌংসু অসিনে থোইদৌ কৌবসু অসিনে। কুরুপগী অপানবা কোনা চংলক্লে, থোংবী থোইজি থাদা থু লে অহিপ, য়াহৌ থমহৌ নুংশি নোংদমনা লৈএ মমিংদি অতুম ঙাংতরৈবা কৌএ। কুরু সিদবনা হংকং হনদা লৈরে মমিংদি খাঙা কৌএ। মতৌ অমুমনা তৌবা ঙম্বা মতীক মরাই মঙান্না চৎখিডুনা তাইবং থরায় হাপলক্লবদা মথোয় পুমনমক্তী, লৈফম্ব,

চীংও, সোয়ারেমনা নোংদমলক্লে। অসিবনা খোইগী মথা থুংদোন্ অহুম কুমথরগা নাউবরেল্ সিদবা কৌনা মুমিৎনা ফম্বাল ওইদুনা ফমহনলে। থানা থাকল্ ওইহল্লে থাগী মথক্তা গি রেন সিদবা অপোকপনা ফমহল্লে মথক্তা নুমিৎনা মথুম্ থুমলে অসীসু অসি হয়েংসু অসী, হংসিংসু অসী, হায়রিবা অসী কোবা পুমনমক্পু মথক্তা থমনা পাইহল্লে।

লৈমরেন লৈপুনবীনা খোইদগী থুদোন্ অমা কুম্বদা তিল্লুক্ ওইনা থল্লে। অতিয়া সিদবনা পিগুম্ অনিগী মরক্তা লৈরে। পাখ.বনা খোইদগী থুনোন অনি কারগা লৈহল্লে। য়েংথংবা সেগ্রাক্তা লাইখোং চেল্লে। ওয়থংবা সেগ্রাক্তা খাখোং চেল্লে। ঈশিং তমলেন অচৌবদা অপানবা পাথংববু নোংদমহল্লে। লাইপুম্নমক্তা মডান্না কোক্র চিংদা পানবা লাই ডৌমনিক মিহিংশাংবনা লরায় থোপ.কী মমুংদা, কোক্তি ম য়োন অহুমনে কোক্রী মমুংদা ঈরম অহুমনা চেল্লি থক্লোমদা শঙ্গোম অহি.বা চেল্লি, ময়াইদা শঙ্গোম অফম্বা চেল্লি, খাদা চেনবনা ঈশিং অরুবা চেল্লি। কোক্রী মমুংদা স্নাগী থম্বাল মাঙা চাম্মানিশাল পানবা থম্বাল অহুম্ শাৎহল্লে অছুগা লৈয়েং অসিনা খমথিবা অচুদা নোংদমহল্লক্লে।

থাংজিং চী.দা পানবা লাই কোইরেল লাই লা.মাক্তোংবনা পিয় মখা থাগী কুরুথোংদা নোংদমহল্লে। নোংপোক্পা খোইদোদা কাজাও ওইনা নোংদমহল্লে।

রাত্রেন চীংদা পানবা লাই বাংক্রকুপ মিহিংখোয়াদা ঈশিং খোংদা নোংদমহল্লে।

চীংথৈ মরজিং চীংদা পানবা লাই ময়মচুকুপ, শ্যাংনা তোম্বনা থবাক্ শরেং মরূদা লোংদমহল্লে।

খানা-চাউম্বা খোইজিখাদা লোংদমহল্লে পজিক্কা য়েংশংবা চুবা নাপাগা, থাবাগা ওইশংবা চুবা লাপাদা, থরানমিচাক পুম্নমক্কা ইরাং লাংনা ইশা পুম্নমক্তা লৈতেংহল্লে।

সনাখোংনাং লৈমাগী ময়াইনা মঙান অনি থোক্লনা ওয়, য়েং অনিমক্তা থয়ে। অতিয়া সিদবনা লাই পুম্নমক্কা লোইননা লাই মঙা অসিগা লেপ্লক্লবা মক্কম অসিদা চাংঙু লাইয়ামগী মঙানবু তাইবং মপাদা পক্ত্থি হায়বগী তরৈহংসং হায়না কৌএ। পাখংবগী মিংথৈনা মিহিং তরৈবা হায়না কৌখে। সনাখোংনাং লৈমগী মমিংনা উংহিং লোংহোংনিং হায়না মিংথোন্দুনা তাইবং শক্তমদা থবায় হাপখি।

মীওইবগী চুকসাং মনুংদা লৈরিবা ঈশিংনে, ঈনে, চুকসাংনে, তোংনে, তোংশানে, শরুনে তিংনে অসিনা অতোবা; অঙাংবা, অশাংবা অমুবা, অরাংবা, অশংবা অরাংবা তরেং অসিনা থবায় ওইহল্লে। মখোয় অসিনা মপোক্ য়াই ওইদুনা লৈরে, অসুমনা পোকএ হায়বগী নোংপোক কৌএ।

থরাই মঙামক্পু তরুক্ চাকশিল্লে, অমত্তা ওইনা তিল্লে হায়বগী পোকলেন্ কৌএ। চাক্তি অরুবনে, ফিদ অতোবনে, অসুমনা ওইরবগা থবায় মঙামক্কী মত্ত ওইবদি সিকবা লাই মহাক্কে। অসিনা অমত্তা ওইরে হায়বগী লাংপুম কৌএ। লাংপুম্ হায়বদি খোঞ্জেন ওম মসেন থবায় পুবা হায়বনি।

চীংঙ্, নোংপোক খোইমোম্ সিদ্বনা শাথেক মঙা থোক্না লাংওন্ শান্নরকপদা শাথেক্ অনিনা লাইরেম্বী ওইরে। শাথেক অহুম্না লাইয়িংখৌ ওইরে। খোইমোম্ নোংপোক্ মালং হুমমোইবা, খোইয়ুম হুমমোইবী অনিনা হুমলক্না নোংলোন্ অতিংঙাদা মখল-৮১-থোক্না নোংলোন্ নুংশিং শিংলক্লে। নুংশিং ৮১-না অহিং য়েৱা পুংজা-৩২-নুংথিল্ য়েৱা পুংজা-৩২-পুংজা-৬৪-মক্পু বাংলেম পুংলুপ. পুক্না তরং থক্না লৈরগা মালং নুংশিং সিদবা কৌঐ। মিংলেন্ -১৭-মক্না থৌগল্লিবা মালং নুংশিং সিদবানা নোংঙানলম-দাইদা শিংলক্পা য়াইবী লৈনম্ য়েনবীবা তোংলেন্ তপ্না শিংলক্পা তাইবং নুংদা লৈরগা থরাঙ্গ হায়না কৌনরি॥

অয়ুক শিংপা নুংশিংনা লৈচিন ওকপা নুংশিংনি, কংলা নোংলৈয়াংবু তন্না থবাঙ্গ মঙামক্. মিগা থানা তরুক, কসাগা তরেং মিরেনগা নিপালমকপু য়াইবীরেন সিদবগী থরাঙ্গ হামচংনফরোই মিরেন হামফনফরোক হায়রুনা নুংশিং-৮১-ইরম-৭-খোংলম্-৯-দা ইনুংবা মশীংখোং য়াকারক্লে। লাই-য়িংখৌ লাইরেম্মা অনিমক্ অসিনা নুংশিংকী মশক ওইরুনা তাইবং নুংদা ইরম তরেং, খোংলম্ মাপন্দা শিনবা থুংনা শিং-তুনা তাইবং থরাঙ্গ নুংশিং নিংথৌ শিংলক্লে লাইয়িংখৌদি খোইনে, লাইরেম্মাদি থম্মোয়নে, অনিমক্তি মিংনে, মিত্তি পজেং ফিরাল্. মখোক্লে পজেং ফিরাল্. মখোক্তি থবাঙ্গ য়াইবীরেন্

সিদবগী ময়াক্ট মকোক্কে। পজেংদি হনজিনখিবনে ফিরাম্দি মতুমনে, মখোক্তি মীনে, মীদি নুংশানে, অচুম্বাদ মশক খোক্না উববু কোঁএ হায়ত্রুনা য়েংববু উরে মসিগী মথক্তা অতিয়া কোবা লাক্ট লৈবনে॥

মীগী ফম্বীদি থবীময়ুম্ শানা মোইবুং মরৈগুম্না লৈবনে। থম্বাল লাকা তরানে, মচুদি হিগোক্কে, মমোম্দ অঙাংবনে থম্বাল অত্তদি নুংশিংনে নুংশা খোকপগী মকমাদ অসিনে। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিনা থম্বাল্ অত্তদা ফম্লিরে মকা তরাদা সিদবা লাইদিং অরুবা অমবু শোন্দুনা লৈরমএ॥

খোঙকাপ্-১৬-না মিকুপ্ অত্তমসে। ফিরান্না লৈবা মকমদি থবীময়ুম্ শানা কোইবগী ময়াইদা ফম্বাল্ অত্তগী মকা তরেৎনা কোইনা পাল্লে। ঙাংলৈনবা য়াইঙংগী মচুনে মমেন্দ সনা লাথারক্ ফুদোংবগী মচুনে। মকা অমদা লৈঙৈগী খোংকাপ্‌তি-১৬-না মিকুপ্-৪-নে। শোনবাদি মমিং-৭০০-কী মিংথৈ শোল্লো। লাইরেন্ অঙোবনা কোনথায়এ, উয়ুংদি চক ময়ুংনা কোনথায়এ। ফজবা থৈবীক্না তিনবা মনুংদা কুন্না লৈএ, মচা সনা য়োংমানবীনা কোনঙাকএ, ময়ুমদি নোংপোক্কী ফম্বারেম্রে অমরকতি পাংথংবগী ফম্বীলেন্ অত্তদা অতিংকোক্ কোবা থবাক্ট মঙামক্কী মশক ঙইনা লৈয়ে। মকমদি সনা কোন্থুলেম্না পুহি কোনা মিংলেন্ মিংথৈ-১৭ শোম্না লৈএ। শলেম্ পিপুরুংদা থবাক্ট য়াইবীনা লৈবদি লেঙ্কুদা লৈয়ে,

থবাঙ্গীনা খৌরিন্নুংদা লৈ, নোংলুম্ অনিদা লৈ, হুকসাং লুংদা ঈদা লৈ, থম্মোয় লাইয়ুম্ মুংদা লৈ, মিংথৈদি হুইতে তেরা, হুইতে তেন্না, সংদে নুদে সন্নে কওম্ নপক্না কৌএ। পিপুক্ মুংদা চাবা চিলচাক্তি হুইরিক্ রিক্লেন্ কুক, কুক, কৌএ। পিপুক্নুং থম্মোয় লাইয়ুম্নুংগী অরিবা মিংথৈনে॥

লাইরিক্থো অসিবগী মশা শাখায় মচেৎ-২৭-না মচেৎ মাপন্না মীওইবগী হুকচাং কয়াৎ মাপন্দা ইরম তরেৎ ওইনা মীওইবগী হুকসাং মনুংদা ইরম তরেৎ ওইনা তুখোং তরেৎতা চেলহনা হুকসাংগী পাঙ্গল অথোইবা মাংবা লৈতনা য়াইবা য়েন্নো ওইনা সিন্না থুংনা লৈরে। মচেৎ মওান্না মীওইবগী হুকসাং ওইরিবা মীগী মশা পুরিবা মৈ, ঈশিং, মুংশিং লৈপাক, অতিংঙা মওাদগী ময়াঙ্গ মওানা ওইরিবা থবায় মওাগী মপুঙ, তেংবানবা মপুগী সায়োন ওইহনা তাইব.গা লোইনহনা লৈরে। মচেৎ অহুমনা মীওইবগী হুকসাং পুরিবা মুংগী মৈ, ঈশিং, নংশিং হুকসাং পুরিবা মওং মায়ন্ অমুবা তাইবং মী মশা পুন্নমকপু থোরিবা তেম্বানবা মপু অপোকপা ওইনা লৈরে। মচেৎ অমনা হুকসাংনংগী মরম পুন্নমক, অসি উরিবা উরিবা তেংবানবা মপুগী তুংনফম্ ওইহনা লৈরে। মচেৎ অমনা নিংসা নংশিং স্বোরগী চুপলী পাইহনা য়েৎ ওয় চংলিবা তেংবানবগী অমম্ অওান্ খাইরিবা সান্নরিবা নংশিংকী মপু ওইহনা লৈরে।

ঈরম তরেৎ খোংলম মাপনগী মরুমি লরায় লেম্ফনে লেম্ফদা মীওইবগী হুকসাং পুন্নমকী বাখোল্ল পুমনমকী বাকোল

বাগী মকোন ওইদুনা পাওতাকএ। থরায় মঙা মিগা থানা শুরুক্তি থরায় অমনা হেক য়াথোক্‌পদা মী ওইবগী হুকসাংনুগী অমম্বা বাখল লৌশিং অপাংববু মাংহল্লি। অনিশুবা থরায়না হেক য়াথোকপদা মঙান পুমনক্‌পু খোমজিন্দুনা হুকসা.নুংগী অমম্ববু মাংহল্লি। অহুম শুবদা থরায়না হেক য়াথোকপদা বাখল মপুঙফানা লেপ্লগা অমত্তা ওইবা শক্তমনা পাক চাউরবা ওন্নথে লৈতবা অহুবু শক্তম মওং থঙনা নিংসাংনুংশিং য়েং ওয় মশক থঙ্‌না য়াইবী থক্তা বাখল পুমনমক থম্বা উমহল্লী। মরি শুবা থরায়না হেক য়াথোকপদা নুংগী মশক্তুমনা কল্লবা মীওইবগী থম্মোয়বু থোংনা ঈংনা ঈশিং ইরেলগুম্মা মহী চেনহল্লি। মঙা-শুবা থরায়না হেক য়াথোকপদা মীওইবগী হুকসাংনুংগী, লাই পুমনমক্‌পু বাখলনা নিংবা মতুং ইন্না চিংশিন্দুনা মশক থঙ্‌না নিংজবা ওন্মী। তরুক শুবা থরায়দি লেংফদে মানা লেংলবদি তাইবং শকতম মঙান্‌ য়াইবী পুমনমক্‌ পুরিবা তেংবানবা পুমনমক ঈরং খুদেং অরোইবা ঈপাক্তা তাগনি তাইবং শিরগনি হায়বা বানে॥

ঈরম তরেং খোংলম্‌ মাপনগী অরোইবদা খোংলম্‌ অহুম্‌ চেল্লী অমনা মীওইবগী হুকসাংনুংগী য়াইবী ওইরিবা য়াংগী লুচাউ ওইরি। খোংলম্‌ অনিনা মীওইবগী হুকসাং অসিবু পুরিবা থবায় ওইয়িবা নুংশিং নিংশা য়েং-ওয় অনি ওইদুনা লৈরে। ওমথৈ লৈক্তনা পাকপা ঈপোক্‌ হায়বদি মীওইবগী হুকসাং মনুংগী ইরম তরেং খোংলম্‌ মাপন্দা চেল্লিবা ঈচেলগী পম্বুংফম্‌ মরুদা লৈবা ইরাং হোক্ষম্‌ শুরুং ইপোকফম,

ঈহৌকম্ মরু ঈরাং ঈপোক্পুনি ॥ মচেৎ-৩০ মা মশী-৩০-ওইখে । মচেৎ-২৭-না থবায় শকম ওইখে । মচেৎ-৭ মা শকম্ মওং লেপখে। লাইশ্বিংথৌ অসিবনা মচেৎ-৬৪-থোক্না সিদোকথিবগী অমুক্ পুনশিন্লকপা শকমদি অসিনি। লাইয়িংথৌ সিদবগী সায়োন লাংওন্ অসিদগী লাকোক্ থিরেন লাংপুম পুয়া ৬৪-না পুয়া অমমম্ অমুক্ থোকখিবনি।

কৌক্র কৌবদি কোক্নী মফমদা কাথি হায়দুনা কৌক্র কৌএ। কৌক্র অচিবাসু কৌএ। অক্লগী থবায় পুক্নমকপু পোক্লমএ হায়বগী পোকলেন্ পোকপা কৌএ। পোকলেনগা কৌক্রগা অনিনা তিনশিল্লবদি লাবয়োন লাংপুম কৌবনে। চিংথৈ লৈনা ভুনবনে চিংথৈ অমম্বনে চিংথৈ অঙানবনে অহুম অসিনা অমনা পক্লেংবনে, অমমা লিক্লাইবনে, অমনা মখোক্লে, অহুম্মক্লা অমনা ঙ্গুমিংবনে, অমনা থানে অমনা চহিবনে অসুম্না থওউ মমিংদি ঙ্গুমিংবনে থাদি মাক্মৈনে পুংদি চহিবনে। অচৎপদি মরিনে লৈ পরেংগুম্বা লাইরিক্নে চেৎনা থওউ।

মশক অমা হায়গে মোংদম্বা লাইমা কম্বাল মরিবু শোক্লবদি খোং অচু লাংশিন্লবনে মৈরা ঙাংলবনে ফিরাম্না লেংলবদি খুজিল্ তাইরবনে, খুজিল তাইরবদিশিরগদবনে। শম্ খোংলবনে, মাক্তোন ময়াং কংলবনে, মিৎ তম্লবনে, লৈতোন্ ঙাংলবনে লাইগী মনিল্ থোক্রবনে। খুন্না হোইরবনে মতম অদু য়োরবদি ঐহক্না মচেৎপা চুক রৈও।

মওং কাইদনবা থৌওং পাথাপ্তি মথৌ মওং তৌ। মথৌ মওম, থৌওংগী মওংদি মুকফুদি হকচাংনে মুংতি মহৌরেল অইবদি খোঞ্জেল্লে লাইদি পুক্লিংনে। চিংগৈদি মিৎ অমিমকনে, অনচিদি খদাং চাইরুং অমিমক্লে। মথাদি কে ক্লে হুকাং-দিকোএ অকারদি মিনে। কৌক্রু মমিং খড়লবাদ লৈবা খৈবাক্তু কাম্লবনে। কৌবরেন মমিং খড়লবদি লৈবা খৈবাক কোক-পনে। চিংখৈ মমিং খড়লবসু লৈবা খৈবাক ওম্বনে। চিংখা মমিং খড়লবসু লৈবা খৈবাক ওম্বনে। লাংগুম অসি খংলবদি লাই ফংবা ওম্বনে। কোনুখোই লৈমগী মমিং খড়উ মনু মকাপ-চওদবনে। সন্তোং মরি হওউ লৈথোও কাইবা তায়বা ওম্বনে ॥০॥

---

মতাং – ১৭ – শুবা

## কংলৈ পাফন্ ময়েক্কী হৌরক্ফম্ খরা

পোই হংকোগী লোইরকপা, হয়িচক্কী হৌপকপা মতাং মতম অসিদা মতাং হয়েকচা য়াংগেন কুরুম্বা হায়বা অমা, লৈরম্মী। য়াংগেন কুরুম্বা হায়বা অসি লাইরবা অতোন অতা মমলৈ অয়েং চেংবা ওইরম্না। মশানৌ খংলৈ য়াংবাগা লোরননা

চৌংথৈরোং য়াওম থেন্দা শিংজরাই কোইনা থিবা লাকই।
মতম অসি লাইজা ইরোমুনুংদা পাথ বনা মথেক থেক্লুনা থৈরিথৈ মতমদা। থৈমরেন্না লোইবী চিংদা হারগা য়াংগেন কুরুম্বা য়েংলুনা হায়রকুই, য়াংগেন কুরুম্বা নংনা শিংজারাই কোয়না থিবা লাকপদো লাইজা ইরোমুংদা শিংজারাই মপুন অমা থৈবমে পুখো তাকপিরে। থৈমরেনগী য়াথং কংলবদা য়াংগেন কুরুম্বনা মশানৌ খংথৈ য়াবীগা লোইননা লাইজা ইরোমুংদগী শিংজরাই মপুন অদু পুরক্লগা ময়ুম মরাংয়াই অবাংগী য়েন্নথাদা থম্লে। য়াংগেন কুরুম্বা মশানৌ খংথৈ য়াবীগা লোইননা তুমথুন ইচিক হুনবদা অবাংথৈ হয়োকচখি। অদুং ইতিক হুনলবদা থৈমরেন্না লাক্লুনা য়াংগেন কুরুম্বগী শিংজরাই মপুন অদু থেক্লুনা লাইরিক ময়েক শাখিয়ে, অদুগা য়াংগেন কুরুম্বা হোদেক্লুনা হাইরকুই "নহাক্কী শিংজরাই মপুন অসি লৌশিন্নে।" রাথৈ অসি তাবদা কুরুম্বনা হোগক্লুনা খাওথৈ মৈরা থাংগক্লুনা য়েংলে মথেক ময়েক অদু হুংপাক্তা ইহোরে অদুগা য়াংগেন কুরুম্বা মকাইফমদা চংলুনা অমুক তুমখে। থৈমরেন্না অমুক কুরুম্ববু হোদোক্লুনা ময়েক অসি তম্বীখরে। মরম অসি থৈবনা তাইবংগী লাইরিক ময়েক হৈবা অহানবদি য়াংগেন কুরুম্বনে খঙউ॥

খোই হকোগী মতমদসু থৈমরেন্না পাখংবগী মথেক ময়েক য়েংদুনা লাইরিক ময়েক পুখোকপিখিয়ে। অসুম্না থৈমরেন্না মঙাং ইয়েকচা য়াংগেন কুরুম্বগী মতমদা পুখোক্লম্বা

লাইলিক ময়েক অসি শগোক্‌ য়াংগেদ পুয়াদা ইরিবা ময়েক অদুনে থগুউ ॥

হকচাং কয়াং কিথুপকা মরী লৈননা পুথোক্লম্বা লাই ওইরবা লাইলিক্‌ ময়েক্‌-১৭-অসিগী অরুবা মিথৈশিং, চুংগী ওইবা চাওরাক্‌পা বাথল্লোন্‌, ১ সুং কাম্নবশিং থরা মথাদা থমজরি।

## (১) ꯑ - অ

অতিয়া—অচিরেং নোংদরেংসা কুচু থোকত্র। অতিয়া হায়বদি মেনোনো মোংদম্‌ অহানবা তাইবং মপুগী হৌরক ফম্‌ মরুদা মীতমদ্রিবৈগী ইহাং করিগুম্বা অমত্তা য়াওদনা লৌরবৈ পান্দম অসিবুনে ॥

## (২) ꯄ - প

পক্‌ কাংপুর্নচি স্না পাখংবা কুইমা কুংশাংনা লৈএ। পক্‌ হায়বদি অসিগুম্বা তাইবং মপুগী হৌরক্‌ফম্‌ মরুসিদা মীতম্নবা পোংচাক থরা য়াওরক্‌ লৈরকপগী পান্দম্‌ অসিবুনে ॥

## (৩) ꯈ - খ

খৌথাং মিহিং মনিক পাঙ্গল্‌ কল্লে। অসিগুম্বা য়াওরক্‌ লৈরক্লিবা পোংচাকশিং অসিনা পাঙ্গল শক্তি লৈনা মখৌ তৌবা হৌরকপগী পান্দম অসিবুনে ॥

## (৪) ꯂ - ল

লাইস্না - ঊংলৈ হিংও : অনা-অয়েক্ লৈতেরে। লাইস্না হায়বদি অসিগুম্নবা পোৎচাকশিং অসিনা লাইগী মশক হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম্নমক্কী মশক্কু ওইনা লৈরবা মতিক ময়াই কয়ামুক্কা পুন্নবা থবায় ওইনা চৎদুনা লৈখিবগী পান্দম্ অসিবুনে ॥

## (৫) ꯉ - ঙ

ঙোন্নুঙফা মেন মনিক নহা ওইনা শিদেক্নে। ঙোন্নুঙফা হায়বদি অসিগুম্নবা থবায়গী শিদেরে ঙোন্নুঙফা হায়বদি অসিগুম্নবা থবায়গী মশক অসিগা খোইরী খোইফা অমনা ফজিন্ শমজিন্নদুনা লৈরক্পগী পান্দম অসিবুনে।

## (৬) ꯏ - ঈ

ঈহিং মিংৎ মহোৎয়াই শুইবা হিংয়াই মনিক নহা ওইএ। ঈহিং হায়বদি মথক্কী খোইরী খোইফা সিদা কে মহীরেনবু অপুঙ্ফানা চংহনবগী পান্দম্ অসিবুনে ॥

## (৭) ꯅ - ন

নাহক্চাং মহৌ-স্না তাদনা কুইনা নিংথো ওইএ। মপুঙ্ফানা লৈরবা ঈ মহীরেন্দগী হকচাং কুয়োম্ ওইরকপগী পান্দম্ অসিবুনে।

## (৮) ꯌ - য়

য়াংয়েনৌ, তরেং মনিক, মীনা চাপ্লে। অসিগুম্বা হকচাংসিদা য়াংবী য়াংলেন্ য়াওজিবগী পান্দম্ অসিবুনে ॥

## (৯) ꯍ - হ

হুক হৌস্না কোমক্তু তরং হুকসাং নুংঙাই য়াইফনা শোইব-ঙামবনা লৈয়ে। অসিগুম্বা থরায় ওইবা লাংনা হকচাংনুংদা হুনজিন্‌খিচনা লৈথিবগী পান্দম্ অসিবুনে ॥

## (১০) ꯆ - চ

চিন্ স্না মেন্ মনিক, তিল-লাঙ্গী লাইথুং লৈতেয়ে। অসুম্না মীতয়বা শক তম লোঙ্গীশিনলক্লবা মতম অসিদা মকোক মচিন্ ওঙ্গীবকপগী পান্দমনে ॥

## (১১) ꯇ - ত

তিন্‌-তক য়াঙ্গ মহি শি মনিক য়েক্লবা ওমএ। অসিগুম্বা চিনসিদা তিন্ থোক্লক্লনা লেং ওৎপা য়ারকপগী পান্দমনে ॥

## (১২) ꯈ - ফ

ফম্‌পা মনিক লমখ্যাংদা শিদেয়ে ফমপা হায়বদি অসিগুম্বা মপুঙ কারক্লবা হকচাং মনুংসিদা কশী মরুমী তুমখম থোপ ওইরকপগী পান্দম অসিবুনে ॥

## (১৩) ꯁ - স

স্না হিংনিং ক্রক সুরিং ক্রক, চাবা ৱাত্তেয়ে। অসিগুম্বা ফম্বী মরু থোপ, অসিদগী হকচাংগী মকম, পুমনমক নুংশিনবা থুংনা শন্দোক্নবা লৈরকপগী পান্দম অসিবুনে॥

মথক্কী ময়েক ১৩ অসিদা থম্লায় ময়েক্কী হকচাং কিন্নুপক্কী মরু ওইবা মিংথৈ থৈরে। (লোইরে)

## (১৪) ꯀ - ক

পম্ফাং কোপরেন হাইচিংপা ওৌ মনিক মিহিংলাংপা অসিগুম্বা হকচাংগী কয়াৎ অমা ওইল্লিবা কোক, অসিগী মমিং কোপারেন্ কোঐ।

## (১৫) ꯊ - থ

থোৗখওবা থংল্ং য়াইথুরেন লাংমা তোম্বা ক্যাংচি থাংচৈং। তাইবং পানবদা লৈরিবা মচেৎ-চত্তা পুন্নমক্পু পুথোক্নবা ত ইবং কুমৈ শান্নরিবা হকচাং থাগী কয়াৎ ওইরিবা থোও, অসিগী মমিং থাংচীং কোঐ।

## (১৬) ꯚ - ৱ

ৱাহিং ওাংকোইরেন্ মিহিং থোম্বা ক্রকু, কুংফা। তাইবং পানবা ঐথোয়না চাশিন থকশিনখিবা মল্লায় অসি মপান্দা পুথোক্খিবা হকচাং কয়াৎকী থোও, ওইল্লিবা অসিগী মমিং ৱাংরেন্ কোঐ।

# (১৭) ꯃ — ম

মিৎ ক ঃ ম্মা সংত্তে হিংতে মরাম্ হাঙকুপ সাংমাতোম্বা। অসিগুম্বা মরাম্ পুম্নমক অসিবু উবা খঙবা তাইবং মপু মহাক্না ঐখোয়দা মিৎ পীবীরমলে।

ময়েক হৌরক পগী অরোইবা ওসৈখিদি অসি খঙলনে খঙউ। ময়েকশিং অসিগী মরুওইবা খোংথোক্তা পাফম্ ফিগুনা ১৭ অসিদগী লোথোক্লগা ওইখিবনি। অসিগুম্বা হুকচাং ফিখুপ ময়েক্কী হৌরকফম মরুদি মুক ফন্না হকচাংনে মক্তি মহীরেম্নে, অইবদি খোঙেম্নে। লাদি পুক্কি নে, চৈথদি মিৎ অনিনে ওঅতিদি খবং চাইরুং অনিগষ্কে। মথাদি কৈক্লে, অকারদি মিনে কোপারেন্ মমিং খঙলবদি লৈবাথেপিক কান্নবনে। চিংখাং মমিং খঙলবদি লৈবা থৈপিক্ ঙম্মনে মাইকৈ লাই পুম্নমক খঙলবদি ইশালাংপুম খঙলবনে॥

মৈতা পোইরেই কংলে (ময়েক্কা) লোনগা মান্নবা থিংদি ঃ—

১ — আনম্
২ — চোংনম্
৩ — নম্ফেৎ
৪ — লুপা
৫ — কাকোক
৬ — লৌহিরী
৭ — তোনসেন্
৮ — কৌক্র
৯ — তন্না
১০ — প্রম্

১। কোক্কী থোপ মনুংদা অথোইবা থবায়গী মপু লৈ, মকম অসি হুমিৎ কৌবা লাইগী যুম্ফমে ॥

২। থবায় য়াইবীগী মপুনা পিওম ২গী মরক্তা মাখদু পুথোক্‌পিবা মকম অসি মপু মাগী যুমফম্ লাই-নিংফরি, নুমিৎ থা অনিগী মরকনি নুংশিৎনা য়োদবা মকমনি ॥

৩। থৌরি অকুৎপা মাপাদা ঈশিংগী মরী লৈ, মকম অসি থাগী লৈকমনি ॥

৪। থাচিল্‌ লাকা অকুৎপা মপা থম্মোয় মপাদা লৈরিবা শিংলি অচু নুংশিৎ শিংথোনে ।

৫। থোইদো মপাগী শিংশিদা, নৈ, কৌবা লাই লৈ, নুংশিৎসু লৈ, ঈশিংসু লৈ ॥

৬। থোইদো মপাগী মথা শিংশিদা ঈশিং খাও লৈ, ঈশী শিংথোনি, লৈথারোনগী মথক্কি ॥

৭। ঈশিং খাওগা খাগী থোংগো অনিগী মরক্তা থবায় য়াইবীরেন লাংপুম লৈ, তুম্নবদা খুয়া থম্বালদা থবায় য়াইবীরেন লৈ অচুগীদমক থয়া খম্বায় হায়রবনি ॥০॥

## মতাং - ১৮ - শুবা

## কোন্য়াই হুন্বা

কোনয়াই হুনবা হ্না লুপা কৎপা অসিদি মরোন্ য়াম্না, পম্ য়াম্না থায়রি ঃ -

১। ইস্কাস্ মখৈদি "হো কংলৈবু" হায়না হুনগনি।

২। অবাং মখৈদি হো থাঙ্ মাইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

৩। নোংপোক মখৈদি হো মাইরংবু লমহল্লো হায়গনি।

৪। নোংমাইচৌং বাংম মখৈদি সেল্লোই হায়গনি।

৫। লিলোংদগী খোবাল মখৈদি লাংলোই হায়গনি।

৬। হিয়াংথাংদগী কোগাকূচাল কাওবা সেগা লম্বা সরক্কী নোংপোকমখৈদি লানলোই হায়গনি।

৭। অল্লোংদগী শুগ্ন কাওবা "থরৈ" হায়গনি।

৮। শুগ্ন মথা মখৈদি "লেমলৈ" হায়গনি।

৯। লাইরেন্ শক্তিগী ইরেংবম্ কাওবা তোংজৈ মরিন সরক্কী মনিংমখৈ "লোনলোই" হায়গনি।

১০। ওইনামদগী নিংথৌখোং কাওবা "থুল্লোই" হায়গনি।

১১। নিংথৌখোংদগী মোইরাং কাওবনা "তাংলোই" হায়গনি।

১২। চীং মোইরাংগী মনিং অহু "কেগে" হায়গনি।
১৩। লাইশঙ মনুংদা লাইগী হুনবদি চীঙবা লাইকোয়ং মোংবা য়ুমদাংসাং হৌ কংলৈবু লমহল্লো অসুম হায়গনি। কবোদা "সেনবী" ময়াংদা থোংনাং হায়গনি। ইম্ফালদা ওইরগা কংলৈবু হায়গনি।

## কোনয়াই থাবা স্না, লুপা কংপা

হৌ কংলৈবু লমহল্লো। লমলেমবু অনি থোকও। তুনেম্ব অহুম থোকও। তম্পাকলোন্ মঙামক্ লৈমুরোন্ তরুকমা লৈথাবী লৈরাম্বী, অপোক্ চন্ থামবাই য়ামবাইনু তম্পাক লৈশুক্ লেশোই য়াম্বীও ঈ। সিজবা ইবুংঙো লাইরিংথো নোংথোরেন্ অথৌবা চীংঙ নথোঙখাদা নঙ্ হেংপুঙথৌ হেবেস্মাশিংনা পাথোইগে পুথোইগে কবো লাক্ ময়াংলক্ মীরেংবানকা মীবাইরেনতোং পুন্সি নোংশাংনা হায়হে লৌচৈনা পানগে হায়বগী কোরৌ নোংলুম্পান্ অঙোবনা লুপা, কোমগা চন্ মালেম্ লৈস্না অঙাংবনা স্না য়াইগা চল্লবনে হৌ ফল্লো ॥×॥

ঈশিংদা হুনবদি লৈমুরোন্ মঙামকপু মাইথা ওইরিবা লৈথারোন্ তরুকমকপু থৈচুপ। ওইরিবা ইথৈরেন্ নামুংবা ইরৈমা ঈনামুং কোরৌ নোংথোরেন্ তরেৎমকগী কুমলকলো হায়না থাগনি।

অতুগা লাইপুঙদা হুনবদি হৌ চীংঙবা লাইকোয়ং মোংবা য়ুমদাংশাবু লমহল্লো হায়না থাগনি। কংলৈ হায়বদি

ঊম্ফাল মর্থোন। (১) হৌ কংলৈবু লমহল্লো হায়বা অসুপ্পা (২) হৌ লোনলোইবু লমহল্লো। (৩) হৌ থাংবাইবু লমহল্লো। (৪) হৌ বাইরংবু লমহল্লো। (৫) হৌ সেল্লোইবু লমহল্লো। (৬) হৌ লাংলোইবু লমহল্লো। (৭) হৌ লানলোইবু লমহল্লো। (৮) হৌ থরৈবু লমহল্লো। (৯) হৌ লেমলৈবু লমহল্লো। (১০) হৌ খুয়োইবু লমহল্লো। (১১) হৌ কেগে ভাংঙোইবু লমহল্লো। (১২) হৌ লোন্‌লোইবু লমহল্লো। অসুপ্পা লম অহু করিনা পুবগে হায়না হংলথা কোনয়াই ক্লমশবনি।

## মাইপয়লান

লৈপাক মাইপা হামলেন্ মাইপা সংমোং য়ুনোং সারক থাইবা খামুদ্ কইপা লাংনা বায়বা লাইশঙ বাইপা কোনক্তে খুরাই ভাংপা কোএ।

নিংথৌ মাইপা হামলেন্ লীপা চক্কপা পুখিপা চেঙপুম লাইপা কোরোঙ শেখা লোংলেলপু ফিরাঈ ভাংপা কোই।

— — —

মতাং – ১৯ – শুবা

## ঈরেংপু লমচৎ অরীবগী মৈতৈ থৌরম্ লোন

অপোকপনা তরানিদা নাহৈ য়ুমশেংও। নিপানা মচানিদা য়িপাল থাও। হুপীনা নোংমা হানবগী তরুক্কিদা য়িপাল থাও য়িপান থাববু কোবদি নুওদগী লাকপনা পান্দা লৈওম্বা থবায়বু খোমজিল পৈশিনবঁ বনে ॥

অশিবগী নাহৈদি তরানিথোঙৈদা য়ুমশেংবনে। তিনথুং লাঙৈথুং হারথি শোঙৈনাঙৈ, উদা রাদা শিবা অসিদি মরিনদা চুপ শাবা লোইরগা নাহৈও। মমাইবদি লুমাং লংমাইবসু মোংবুরমনে। নিবদি পুসা অহুমগী লুকফম্, হুমিৎ চরোল তারংমক্কী লক তরেৎ। থা তরানিথোইগী লুক্ তরানিথোই। উলথম্ চিথম কালবী অহুমমক্কী লুক্ অহুম্ মকসি রাওনা মংকারান্ য়ুনিক্ লুক্ ॥ তিলথোঙ, লাইথোঙ মেলও মৈদা অমল পোলোইও। কসা লাললোইও॥ ॥ মসি থীরেল লায়াৎ লোলগী বানে খুডুউ ॥

## ঈরুম তরেৎ

১। সারোল্ নোংলোল্ ঈ।
২। চেংলৈ লুরাই ঈ।
৩। মোইরাং তোবুং তেঁফাই ঈ।
৪। কুরেক ঈ।
৫। তাকন্ লমশেং ঈ॥
৬। ভুরেল্ লোকচা মংজা ঈ।
৭। লংমাই লাইজ ঈ।

ঈরুম তরেৎ মক্না লুনরবমে শেংমরবনে ॥০॥

## লাইশোল্

উঙহৈ উঙহৈ উঙহৈ॥ কে য়োই মেলকা য়াইকা থোরী থোয়ারাংবু থোরী থাবা পোংথো তম্লি॥ থাবা মাবু লালনংদে। নুমিৎ পোংথৌ তম্লি, নুমিৎ মাবু লালনংদে। য়ারা কোংথাং শাগী পোংথো মথং পিজগে। কুমজা পালওথোগে নোংজা পাল্লোথোগে ঙান্নরে তেন্নরে ॥০॥

মহান্-নোং মোংবা ভুতো নোং খোংতো নোং ভুদেং নোং খোংদে নোংগী থোরী থাবা পোংথৌ তম্লি থাবা মাবু লালনংদে। নুমিৎ পোংথৌ তম্লি নুমিৎ মাবু লালনংদে। য়ারা কোংথাং শাগী পোংথৌ মথং পীজগে। কুমজা পালও থোগে নোংজ পালও থোগে ঙান্নরে তেন্নরে ॥০॥

## অনম্ অথো কোক্পা

তেক্পি মওকপা কাওরেল্ মশনচা য়াংলৈ তাওপ্পা মচুঙ্চা কাইরৈ ময়েল্ চানা নম্লবা লাক্লবা। পোং খুৎকাংবা লাবাইবনা ফিজিনা কিনানা হুম্লবা থৌরী। থাবা পোংথৌ তাম্লি। থবা মাবু লাললনংদে। নুমিৎ পোংথৌ তাম্লি, নুমিৎ মাবু লাললনংদে। য়াবা কোংথাং শাগী পোংথৌ মথং পিজগে কুমজা পালওথৌগে নোংজা পালওথৌগে ওান্নরে তেম্নরে॥ উ.হৈ উ:হৈ উ:হৈ কে রোই ॥০॥

## তাইবং পানবা মপু খুরুমজবা

তাইবং পানবা মপু শিদবা অচৎ-চত্তা লেংলি পাল্লিবা পুয়মক্কী মপাও। মৈ, ঈশিং, নুংশিং, লৈপাক, নোংথৌ চী.ঙ্. লাই মঙামক্কা অহিং নুংথিল জনিমক্কা অচিক-অশা থায়না থোগ্লবা মপুও নংগী থুম্নাখদা খুৎফাং তরা চেম্পা লোম্না ইচু কাইদ লিশিংমক্কা কো'য়াং চৈশু তাংবগুম্না হম্না হম্না খুরুমজরি ॥

## নাইহরোল

১। হা উং হা রেং থৌবিতেং ॥ লোইবীতেং উঙালডৈ হাঙালডৈ। শিনসুডৈ শাসুডৈ, চরোইনা থো'দমডৈ, য়াম্বীনা

খাইদেমগৈও, ছুইখোমা চিংকে থৈও, কৈরেল্না য়াখোকথৈও। লংলাইনা মৈহ্নথৈও লংমাই িজিনখো হিয়া থোনা খিনখাই লাওখাইথৈও, পুরৈরোম্বা অঙক্ অঙাও হো। সিকপ, সিকা ময়োলশং। লৈরাই ছুই শোন্ কানা মচন্ মনিংকা গোইথাপ, মৈরেংকা হৈকোই লায়েং মশিং শুনা সরোই লালহৌই মতিলথৈও পান্নরে শেংনরগে তিললৈরগনো, লাইলৈরগনো ॥০॥

২। হিরোইনা লালহোইনা। উমথুথৈও য়াওথুথৈও। মীলাইনা নাইথৈও, সোইকাই খম্কাইথৈও। হৈখো তেনথাথৈও। ঙাম্না ঙাসিংতান্ সেনলম্ পাইরমচং য়িরক্ লমলক্ মকৈনথৈও সারোই লালহোই মতিনথৈও পান্নরে শেংনরগে তিংলৈরগনো লাই-লৈরগনো ॥

৩। পোইরৈনা কংলৈনা উরা লাইচিংনা খোইনাই উমপুনা, চেংলো য়াংখো তৈসু হাওংেং য়ামনবুলসু। চেং লৈ উচুংতা ॥ তোলচেং সোই খাপৈ পুঙ ॥ লাংজা লোপুঙকৈ ॥ খোম্বী তোং উঙমপৈ ॥ চরাইবা হাওতন্ ॥ রাইরা রাইতোন্ তাংখম্ বাপোক ॥ লিকলু বখা ॥ হাওকু তাংখম্ ॥ খাঙখাই মুচেং কৈহৌনাওরেল। লিসিঙ খোইনিঙ ॥ সোংবী সোইয়াম ॥ লিংপি বাইচৈ ॥ কৈথু কৈরেল ॥ লমলেল মিপুমতা সরোই লালহোই মতিলথৈও ॥ পালনারগে শেংনরগে তিলনৈরগনো লাইরৈরগনো ॥ ॥

লৈচোন হাওতম্বা চানেম্ য়ুনেম্বা পুঙকাই মেলতোং-লাকপা লেঙনা কোংবা "খিংনাংখু চিং ঙালেন্ ॥ য়ামলা

য়িয়াম্" সায়েপ, লোলমল্ ॥ থুম্বী লৈহৌথোং য়াসাক্ য়াওবা সুকোক্ থাথা লৈতোই ॥ চেংপৈ থারুল্ ॥ লময়াই তোংচিং ॥ মায়াং লাইথোই ॥ থোংকায়া থৌপাল্ য়িথোং কারেং লাইতাউ ॥ লারাক্-থাংদেথোম্ ॥ চীললেন্ মাইকোইরেল্ ॥ সারোই লাংলোই মতিনউ ॥ পান্নরগে শেংমরগে তীল-ক্রোরগনো লাইনৈরগনো ॥০॥

থুরাই অঙৌবা॥ য়িমথু রিমলেন্দবা ॥ চকপারমপু শাওতা য়াম্বা ॥ কোয়থাং নাচৌবা মে ॥

কোরৌ মচি ঈ, বাংবল মনাও ঈ, কসা লালোই ঈ, খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাং নাকবা ঙকোংমরোং ওনদেবা থোংম-রোং হলবাইবা শিনাই নানিরোংবা কেংগাজ ঈ, লৈতুম ঈ, নুংক্লুম ঈ, নুংবু মুংঙৌ ঈ, অরাং কৌক্র অসুপ্পা য়ারক্তপী শিহ ঈ, অশাংবম ঈ'দ বাইচং ঈ অরাম্বম ঈদি মাইক্লোই ঈ, নোংথৌ সোয়ারেল, মরিকপা মরিকপী শমথোম্বা শমথোম্বী ইবেম পিথ্রাই থোংদ্রাইবী কসা অশেম্, অশা হৈবী মংনা শেম্বীও, শার্বীও কত-হৌতিবা থুনাম্-নাউবদি লোইরেম্ হাওরৈ খামা পাংবারোমদা হোইর্থবিরমও, অকবা-নুংঙাইবা কপ-য়াংবা জময়াংবদি অরাং কৌক্র অসুপ্পা নচা লৈচংলেন্-অহানবা শরু অঙৌবব শিংনা ম্মান্না কোনবগুম কোমশিনবায়ম্মে ॥০॥

থাকথবা কৌই। ঈশিং নংগী লাইরেংমা কোজরি কজং চিরিক, অমসুং চিরাক, অমসুং চিচিং, অমসুং চিখা, অমসুং লাবি অমসুং চিথুম, অমসুং কাল, তাইসক্কে কুবায় হিং নিং নিং কুক কুক ঈরিক ইকানা থুরুমগনি।

লাইজা ঈশিং ঈরৈমা হে খোইমেংম লাইরেংমা কচেং ঙানবী কোবী ঈরৈমা ঈনাসুং ঈখেরেন নামুংবা মেংদা তরংলেন তুরিকপি ঈরিক কোঙ্গোল লনচুবী কংাক কংচাউ পোকইবী লাইজা ঈথাবী লাইজা ঈরিবী কোয়ো নোংলোন তরেৎমক্কী কুমলকউ, মালেম লৈখাবোনগী ঈরম তরেৎমক্তগী কারকউ নদাইরেম ইবাক মানা পুনেমজার চীংঙ লমকুবঁয় মহীদগী অথোইবী অফকত্তা শেংলিবা ঈহিারুন মালেম লৈরোন তরেৎমক্তা কোয়ো নোংলোন মাপামমক্তা নোংশাবী তাইবং থরায় য়োঙ্কিবী ঈশিং হায়না খউনারবী নংমু ঈরাং খোরম তোনা কোজরি লাকপিরো ইশুইফু নুংদা ঙানবীরো য়াইফ-মংয়েং তাবীরো কুবঁয় হিং নিং নিং কুক কুক ঈশাইফুদা ঈরিক ইকানা থুরুমগনি॥

## মেগী মিংথৈ

লন্নুবীনা পোকপা কোমচিন তুথোকপা মহাংক মৈনে। মৈগী মমিংশিং অমসুং মৈমুৎসং, অমসুং তরংঙাং, অমসুং ঙাংতুহং, অমসুং ঙাংকুঙাং, অমসুং সংতরেং, অমসুং কেমনুবী, অমসুং মৈহিংসং,

অ.ং মিংতরেং, অ.ং সংত্রবী মখোয় মাপন মক্তি কোনচিন তুংথোক পানে তাইসিক্তে কুবীয় হিং নিং নিং কুক্ কুক্ ঈরিক ইকানা খুরুমগনি।

হে খাম্বা ঙৈম কোবা অথোইবা লাই নসেক্ নঙাল্ ভবাবনা অফ-ফত্তা চাক্লবা, অমম্-অঙাল থায়রিবা য়াইফ-পুংঙাই পিরবা ইনুংলোন্দা লৈরগ। থাম্বী হায়না কৌরিবা তাইবং গালংপান্দা ফাওরগা মৈ হায়্না থঙনরিবা সংবু ঈরাৎ থৌরম তৌজরি লাকপিরো ঈশাইফু নুংদা ঙাল্বীয় য়াইফ-মিংয়েং তাবারো কুবীয় হিং নিং নিং কুক কুক্ ঈশাইফুদা ঈরিক ইকানা খুরুমগনি।

## লৈবাক্ লৈসাগী মিংথৈ

লৈপাক লৈসা নংবু নংগী লাইরোন্ হায়না কৌজরি "অ.ং হিক্, অ.ং হিং হং" তাইসিঙ্কে কুবীয় হিং নিং নিং কুক্ কুক্ ঈরিক ইকানা খুরুমগনি।

মালেম লৈশেম্ লৈহৌরক পদা কোরৌ মালেম্ তাইবং অহুম্মক্কী লৈরোন্ নুঙলোন্ অনিমক্তা অ.ং হিং নিং হায়না ঙংবদগী হুমথোক্লক্পা নুংশা মনিল্ অহুনা হুমলেন্ নুংশিৎ ওইহুনা নোংলোন্ অতিংঙাদা তরং নোংদোন্ শিনবা খুংদা লৈচিলগী মশক ওইরে। লৈচিল্ মশক্কী লাইজা ঈশিং ওইরক্তনা ঈশিং নুংশিৎ অনিমক্তা অকলবা নোংলৈ নুংশিৎ ওইহুনা

জুং জুং নিং নিং হায়না ঙংলদুনা য়েখাঙ্‌লবদা মৈনা রাপ্‌
তাংনা শম্‌, তা গ-রাইনদুনা লেন্‌ মতুম্‌গুম্না মপঙ্‌ ওঈনা
কমজিল্লক্‌না মালেম লৈসা ওইরক্লে। মাংেম লৈবেন
তরেৎমক্তা নোংশাবা, মালেম লৈপাক্‌ লৈরেন্‌-হন্‌বী হৌনা;
থবাম্ম য়াইবংগী য়েন্নৌ তুলহন্‌বী নচুনা চুমিথং নো থকলগুম্‌
ফুদোহবী, ঈরোল্‌'দ' লৈরগা মালেম ভম্পাক্‌ লৈরেন্‌ হংবা
হায়না কৌরিবী তাইবংপান্দা কাওরগা মালেম্‌ লৈপাক্‌-লৈসা
হ'য়না থঙনরিবী পুম্নমকপু য়োক্লবী পুম্নক্কী তুংনমম্‌ ওঈরিবী
লৈপাক-লৈমা নংবু ঈরাৎ থোরম তোঙ্গার লাক্‌পিরো
ঈশাইফু-চুংদা ঙানবীরো য়াহক-মিৎয়েং তাবীরো কুর্ব য় জুং
জুং নিং নিং কুশ, কুচ, ঈশাঈফুদা ঈবক, কানা থুরুমগনি॥

---

মতাং – ২১ – শুবা

## খুদা অহুম্‌

পাথংবনা সাইওন্‌ লাংওন্‌ অহুমলক, ওন্দুনা শান্নবা
মওন্‌ মওনগী লাইনিং খুদা অহুম্লাক্কী মশক মমিং অমমম্‌
ওনমবা থুরুম্বা মরোন্‌ অহুম্‌মক্‌পু হায়গে॥

সারেন-লা ফুরাই লৈকন্-ফি কৌবদি য়েৎকী খুবাক্ কোই। ঈরুভ সিন্‌য়োম্‌লা লোকতাক্ কি কৌবদি ওঙ্গী খুবাক্কে খুং অানমক লোম্নরগা লুরাই লেক্ফ্ মথক্তা থাঙ্গৎলগা লিং অানমক্ উইসিল্লো। মমিংদ পুরুম্ তাইসিকপা হায়না কৌএ; চাকচাদি চানিং চাও, ঈশিংসুং ঈমৈ থকদোবনে, অাসদে পাথংবনা নুংথিল লাই ওইরগা খুরুম্বা মরোম্নে।

মরম অমদি খুংফাং মঙামকপু কাগুপ্পনা লোম্নরগা য়াংলেনগী তুংয়'ন্ লমদা খুং অনি অদু চপ্ মান্ননা লোম্নরো অদুগা মাইৈমা মরুমদি মমিংদি পুনেম্বা কোই। মরম অসিমি পাথংবনা লিল্ ওইনা থোরকঙৈগী মরমনে। চাকচাদি চমাং চাক চাই চাবান্ চাও ঈশিংসুং ঈালে্ ধকলো। অম্বক্ লিল্ ওইরিঙৈগীনে॥

পাথংবনা অহিং মী ওইরিঙৈদা খুরুম্বা মরমদি খুদাং অনিমক্পু লোম্নরগা চিলবান্ মথক লমথোংনা খুরুম্বনে। অদুগা খুবাক্ অনিমক্ লোংনা য়াদুনা থম্মোইদা থম্মে। মিৎ অনিমক্ নাকোন (২) চিনবান্ থকথা অনিমক্ নাকোং অনিমক্ খোঙ তরেৎমকপু অদুমলক্ য়েৎনা ওঙ্গী নাকোংনা খুৎ ওঈনা য়েৎকী নাকোংদা খুৎ য়েৎ-ওঈ অনিমক্তা মথক মখা য়েৎকী খুৎনা মথক্তা, ওঙ্গী খুৎনা মখাদা, ওঙ্গী খুৎনা মথক্তা অসুম্বা ওন্না ওন্না শোকউ। মসিদু পুয়োক্ কোরৌ লনসাবা কৌই॥

চাক্‌চাদি চাকয়াই চাও ঈশিংসুং অরুম্বা নকও। অগা য়াহিপ অমা হিপও। লোন্না মুংশা য়ে-লম্‌ ইন্না থি ভো, সোনা মুংসা ওইৱম্‌ ওইনা থগো। হোনা ময়াই ইঃথনা থম্মো। হঃ সোনা মুংসা কামসনলো বঃ না সিদবা মপুবু লেপ্পা নিংশি উ বা অদিদি হায়াথ্‌বা মরোল্‌ অচুমনক্কী লাইনিংনে॥

হকসাংগী অচেৎপা মিংলেন্‌ অচুমমক্কী সিদ্ধোনে থওউ। লাই অসিবু থুরুম্বা মাইকৈ থওনবা হায়গে। মাইকৈদি মথা, অবাং অনিমক্কা মুংথিলগীনে,। নোংচুপ্‌কা, নোংপোক্কা অনিমাক্তি অয়ক্কীনে। লিক্লমগা মুংশিৎলমগা অনিমাক্তি মুমিদাংগীনে হায়বা থওউ। অসে থওব্রবদি য়োনগদোবনে॥

নমিৎকী মরম থওনবা হায়গে নমিৎ লৈমাইচিংদি লাই ওইরিবৈগী নমিৎনে। লৈপাকপোকপা ঈরাই, লৈথোকাবা অচুমর্মাক্ত লিল ওইরিবৈগী নমিৎনে। মুপশাকৈশা, সগোলসেল, থাংজ অচুমদি মী ওইরিবৈগী নমিৎনে।

থাগী মরম্‌ থওনা হায়গে। সহিক্লু কালেন্‌ ইঙা ইঙেল থা মরিমক্কা নোংপোক্‌ লাই ওইরিবৈগী চৎনবা থানে। থবান্‌, লাংবন, মেরা, হিয়াঙ্গৈ থা মরিমক্তি লিল্‌ ওইরিবৈগী থাচৎনে। অসুম্বা মাগী মাগী লাকলেন্‌ মতাং থওববু মী কৌই॥

# লাই তরেৎ খুরুমবা

হয়ি তয়া হে লিক্লাইগু : ঈপুথৌ নোংথোরেন্ পুমাথগু : কান্না হোৌবা কোন্না লোইবা লাইরিংথো চিংগু, নোংথৌ সোরারেন্ অমাং পাখং য়োইরেম্বা চিংগু, থাংপা নোং-নিংথৌ খোয়ুম্ কোনখৈ অতাম্বা সথাং অথাম্বা ঈঙৌ চা খিনবা ঈমু থময়োন্‌বা উন তরুক্‌, ঈরিবা, বাউ : তরুক্‌ ঈথাবা খোইমুম্ লাইথিংথৌ, অমাং থাংয়াই য়োই-রেনবা হে কাসা নোংথৌ সোরারেন থাকপা নিংথৌ পাখুম্বা কাসা পাউতাক হৈবা অমাং থাংবাই য়োইরেনবা কোয়োথঙ্গা থৌদাবা বাংবমথক্তা বাক্তেম্বগু :॥

কোনহৈরম্ সিদবা চিংগু, নোংথৌ সোরারেন্ ভাউবী-য়োই লাইনা পোকপা অতিংকোক্লা য়েনবা, লৈকক্‌, লৈয়ারেন চনুনা পোক্‌পা কোনচিন-তিংথোকপমা য়েনবা, লৈভংলেন চনুনা পোকপা লৈসংলেন্না য়েনবা, লৈকুলেন চনুনা পোকপা লাইতোংলেন্না য়েনবা কোনকু-লাইকু চনুনা পোকপা লৈতংলেন লিস্তাংপাংবনা য়েনবা, লাইরেক্‌ লাইকোৎ চানু পোকপা কোনসোরেন্না য়েনবা থাকপা নিংথৌ চনুনা পোকপা কুপরেংনা য়েনবা পুরৈলোম্বা পোকএ। অঙোম ঈয়েক নম্মাঈমী লাই ঈপুথৌ তরেৎ মাপান্-মক্‌পু পুনেমজাল্লি কুবীর হা-উং হা-য়েং।

য়ুথক্. মতুং পুং অহুম্ ন্ মিং য়ুংবা তান্না অঙোম্বা চৎলে, অঙোম্বা পুরকপা থৌদি লৈশুম্. ভোক্তানবা ময় নাহা সালৈ থেম্বা ঈপুরাৎ শ্রেরাৎ পুক য় লাইয় চায় চাঙো চাকহোং য়ুহোং আহোং অহৌ. থিকপান্ থাপাম্ মিৎলে. মাইরেং মকুপ্ মরং পুরোই থান্থোক্. লৈরোন্. থানসা শুমাই চাই কোই-লুথেং পারোন থিন আসনে খটু ।

'কৌক্রলৈন্ সিদবা চিংগু মোংদম্.লিবা লাইয়িংথৌ তাউবীরোইলাইনা পোকপা অতিংকোক্কা য়েমবা, লৈকক্- লৈয়াইরেন চম্.মা পোকপা কোনহিল 'তংখোকপমা রেমবা লৈকলৈন্ চনুনা পোকপা লৈসংলেঙ্কা রেনবা লৈফুলেন্ চনুমা পোকপা লাইখোংলেম্না রেনবা কোলফু-লাইফু চ.মা.পোকপা লৈতংদেন লিতাংশা রমা য়েনবা লাইয়েক লাইকোৎ চনুমা পোকপা কোনসোরেম্না য়েনবা লৈনুং- য়ুথুম্নাইপু চনুমা পোকপা সেরেংনা য়েনবা, লাইস্নান' পোকপা পাখংবনা য়েমবা খুয়োঙ্গ তোমপোক পোকএ, মঙাং ঈয়েক. সম্নাঙ্গী ইপুথৌ নিপালুমক.পু পুনেমচরি কুবীয় হা-উং হা-য়েং ।

মঙাংনা পুরকপা থৌদি য়ুথক মতুং পুং অহুম্. তান্না মঙাংনা চৎলে, তোনানিংথৌলে, লিমফুমে, থারিনে, লৈহৌরোংনে, লাথোন অসিমক্কে, কুমিৎ চয়োম্ অরেংমক্কে, শহাক মঁথম্না চুটেম্নবা ময়াই কোইরেন খঙ্গশকা তিম্না লাইথুং ফুননে, লিংথৌ লেংদবনে; মাগী থৌদি নিপালমক্কে

হিপ্পা চানবা লৈবনে; থৌরম অসি থৈবীক্কা মাবু য়োকপনে মতিক মণ্ডাল্ মশাস্তুং নিপালমক্তা লৈবনে; ময়াই লেংথক্কী তম্ফা য়াইনিংথৌ কৌবনে, য়াইসিদবা অমা মণ্ডোন্দা চঙনা লৈবনে, মচুগা থানা-৮ শুবনে। অচৈৎপা মানে। নোংঙানবগী মথৈ য়ুথক তানবা মথৈ পুং নিপালদি মণ্ডাংনা চৎলে।

পোবো-খোক্ হায়নাইবা খোইস্তম্ লাই শিবা তাউবা-রোইলাইনঃ পোকপা অতিংকোক্কা য়েনবা, য়াইকুবীনা পোকপা অশিবনা য়েনবা; লৈফোন্ ঙানবীনা পোকপা অঙাইবনা য়েনবা থেরেলোংপম চন্নুনা পোকপা অকুপ্পনা য়েনবা চিন-ফুরোন লৈচিক্ ঙানবা চন্নুনা পোকপা মো. য়াই নৈরা থনবনা য়েনবা পিয়াইন্ন। পোকপা মোংকমথুবনা য়েনবা; লৈনাউ-তাবীনা পোকপা পোইরৈন্তোন্না য়েনবা, কৌবরেল নামৈাই-ম্নুনা পোকপা পমিংনা য়েনবা, লুরাং পুশিবা পোকএ, লুবাং ঈরেক সন্নাঙ্গীগী ইপুথৌ লাই তরেংনক্ পুং পুনেমজরি কুণীয় হা উং, হা-রেং।

লুরাংনা পুরকপা থৌদি লুরাং নোংগুম্বা, নোংমাইপুং কাবা লংমাইচৌ কাবা থোনিবা চিং কাবা উতোন কাবা, বা কাবা খোংহাম্ মাই অক্ক অশেং আমাং অনান্ ঙাৱা, হিকৌন হৈহোম্ মচি ময়া শানবা, মকোক মরু তোংখা ঢুমিংগুং থাস্তুং কোকপান্ খোংসানস্তুং শুমখৈন্ কাবাসুং লিংশোনস্তুং মমা ওইরিবনে, মেৎনা তংনা তোইনরিবমৈ লুরি হৈনলুবা অসি থৈবীক্নে থউভি।

তাউবীরোইলাইনা পোকপা অত্তিংকোক্লা য়েনবা য়াই-কুবীনা পোকপা অদিবনা য়েনবা লৈকোনঙম্বীনা পোকপা অঙাইবনা য়েনবা থেরেলোংপম চফুনা পোকপা অব্লপ্পনা য়েনবা চিনফুরোন লৈচিক ঙানবা চফুনা পোকপা নোংয়াই মৈরীঙনবনা য়েনবা, পিয়াইন্নুনা পোকপা নোংদম খুবনা য়েনবা লৈনাউতাবীনা পোকপা পোইরৈতোম্ন য়েনবা সহোং মপুরেম্বা চফুনা পোকপা সিংদাপুংনা য়েনবা লুয়াং খুমন্ পোকএ। খুমন্ সম্নাঙগী লাই ইপুথৌ তরেৎমকপু পুনেমজার কুবায় হা-উং, হা-য়েং।

খুমম্না পুরকপা থোাদ নোংয়াই মতুং পুং অহুম, য়ুথক, তাম্না খুমম্না চংলে, পেরুক নুংচেং পেন তাইবা উসেঙ্গ ইরাং ন,মিৎ লেংতাঙ্গ লৈকা নোংকা তায়বা, নোংসিং লৈচিন্ লেংতাঙ্গ থারেংতঙ্গ। মৈ ঙ্গশিং লেংতাঙ্গ। সারেং ঙারেন্ তাই। উচেক্ য়াবা লেংতাঙ্গ। তীন কাং লেংতাঙ্গ। মীলেং মাইরেং তাই। ইন্নুড সোই য়াইমা নোংয়াই সোই-বাতা য়াতাবা পুংফুন্ ফুনতন লকা ককুলুতাই পেন, তাই অসিনে।

তাউবীরোইল্লাইনা পোকপা অত্তিংকোক্সা য়েনবা, লৈন্‌ৎ হিংপাকপীন্না, পোকপা ফুমাহাবনা য়েনবা, চিংনফৈমনা পোকপা নমুনা য়েনবা, লৈফুরেল চনমা পোকপা কুক্কমলেন্ মৈনাইবনা য়েনবা, লৈনংৎ য়ুচাথা চন ঙাসবীনা পোকপা য়ুচেংনা য়েনবা ঙাংনিংসিং পোকএ। 'মোইরাং সম্নাঙ্গী লাই ইপুথৌ তরেৎমকপু পুনেমজরি কুবং য় হা উং, হা-য়েং।

মোইরাংনা পুরকপা খোদি, নুমিৎ য়ুৎবা মতুং পুং অহুম য়ুথক ত'ন্না মোইরাংনা চৎলে, য়ুপুরাৎ থেরাৎ ক্ষংথোম্ মাইথোংলাং কসালাৎ নুমিৎলাৎ তোংথেং-লাৎ, কুরেং হায়খোংলাং, লৈসাপুং, কোইজোংলাৎ হিরি লংসু লাং কোংচিং মাইয়োকৃলাৎ লৈকোই থানগা খুনতিন লানদিন্ হিরি খোংসাং লৈরি খোংলি লকয়েন্ কিসি তাইরিবা অসি খেব ক্লে। য়ুথক্কা মখৈ পুং নিপালদগী মোইরাংনা চৎলে।

তাউবীরোইলাইনা পোকৃপা অতিংকোক্লা য়েনবা মংয়াই-বীনা পোকপা তাউমরিংবনা য়েনবা মহোমনুনা পোকপা লৈসাতাউনা য়েনবা হায়ন, লৈমনা পোকপা কোন্তৌনা য়েনবা লৈপিরেল চনুনা পোকপা তরং খোইনুচানা য়েনবা তাউরিনখা পোকএ, লৈখমলেন্ চনুনা পোকপা কোবরেন্না য়েনবা খাবা লৈরেল্ পোকএ. ঙালবা খাবা সল্লাঙ্গী লাই ইপুথৌ তরেংমকপু পুনেমজরি কুবীয় হা-উং, হা-য়েং॥

ঙালবা খাবানা পুরকপা খোদি, য়াচং পুংদগী পুং অহুম্ য়ুথক্ তান্না ঙালবা খাবনা চৎলে, সারোন্ নোংলোন সচিফু লৈথুন্ ফুন্ কোংবা লৈখোঙ ক্ষাং কংলা লাইখোং ক্ষাং মী খা কারক্ নুমিৎ কোইরেনতোং নোংখাইরি, য়াহৌ খমহৌ অ ঙাল অসা নিংথি নুঙাই মিৎলং মাইলং মচু মমেন্ অঙাঙ অঙৌ আসং অমুন্ হিকোক্ লোয়াম্ স্না লুপা কোরি পিথাই কোনঙৌ মিসি সেনকোই য়াইকোন্ অসি খেবীক্লা চুশিন্নরিএ। য়াচংবগী মখৈ য়ুথক্ তানবদি ঙালবা খাবনা চৎলে॥

চেপুঙলেন্ সিদবা তাউবী বোইলাইনা পোকপা অঙ্কং-কোঙ্গা য়েনবা, য়াইরৈলেমনা পোকপা মদংবনা য়েনবা, লাচ-পাপিনা পোকপা চাউরা মপান থাবনা য়েনবা থোইনা পোকপা চকপা মরিংবনা য়েনবা লৈপক্মলেন্ চনুনা পোকপা তুমরিংবনা য়েনবা, লিরিলৈমনা পোকপা মুংমরিংবনা য়েনবা থুম-থুম্ নিংথৌ পোকএ, চেংলৈ লাই ইপুথৌ তরেংমকপু পুনেমচারি কুবীয় হা-উং হ-য়েং ॥

চেংলৈনা পুবকপা থৌদি, নোংঙানুবা মতু' পুং অহুম্ মুথক তান্না চংলে, আয়ালম্ থোকপা হুইরম চেলবা সাতানবা উচেক তানবা সাগী থৌ শগোল থোবা নোংশিংনে, নুমিৎ, থানে থবানপিচারে, মৈ, ঈশিং, লৈচিন্ লমতন্ সম্ সাগাইশেন অসিনে। নোংয়াই গতু: মুথকু তানবদি পুং নিপালদি চেংলৈনা চংলে ॥

১। নোংলোন্ অতিংঙা, নোংলৈ-চুংশিং, অমসুং থাম্বা-মৈ অহুম-মাক ইপুথোনে ॥

২। মালেম লৈপাক্ অমসুং লাইজা ঈশিং অনিমক্তি ইবেন্থৌনে ॥

ইপুথৌ, ইবেন্থৌ অনিমক্ অসিবু পোকলেন্ পোক্পা অপোক্পা কৌনা এগহৌডৌদা শিংথানরম্মী ॥

হোপ্না পৈনা থাংথুম্নি, নঙন্-না থাংথোক্নি। মোংচাবীনা কোন্থাংনি, ঈশিংনা থাংনি থেরং থেরক'

থাংথোকে, থাংপাক অনিমকে, থাংনমনে অসিদি ঐগীনে।
থাংমি, থাঙ্গা, থাতোন্ অহুম-মক্তি মতোপকীনে ॥

থাংমিংদি থাংজিং লাইনে, থাংনিং মাগী মিংথৈ হায়রবদি (পেঙ্গবদি) নুংশিং থোকএ ॥

থাংয়াইদি মীকোক্ পিবা পাংথংবনে, থাঙ্গাই মাগী মিংথৈ হায়রবদি মৈ থোকএ ॥

থাংজোন্দি লৈসরেল-লৈপুন্বীনে, মাগী লাইশোন্মি থৈ হায়রবদি ঊ শং থোকএ। ব রম্ অসিদি মমু মীহোৎরোন্ তাইবং মৈহোবোন্গী বানে। বারম্সিমু থঙজ্রবদি য়োল্লনবা মীপোক্লে লেপ্প থঙউ ॥

ঊয়েক সল্লাঈ লুপশিংগী মীকোক পিব ওইবা অপোকপশিংগী বা হায়গে :—

১। অঙোম্ পোকপদি পুবৈরোম্বনে (পোরানেন্ নে) ॥
২। মঙাং পোক্পদি পুবৈরোম্বা নুমিৎ লাইগী মঙাল্নে ॥
৩। লুয়াং পোক্পদি কৌব্রু-লাইরেন্ সরারেন্গী মচা লৈনুং থোঙারেন্গী মনাউ য়াইমা পোইরৈতোন্নে ॥
৪। খুমল্ পোকপদি অতিয়া সিদবগী মাইওন্ লৈনুং থোংঙারেন্নে ॥
৫। মোইরাং পোকপদি থোংঙারেন্গী মচা অহল্ থানা চাউবনে। অপোকপি মমাদি থাংজিং লাইনিংথৌনুপী ওন্বা মতমদা পোকথিবনে ॥

৬। খাবা ঙানবা পোক.পদি ঙসিবনা সাইওন্ লাক.পদা খাবা লৌশেন্‌ফমদা ঙান.বা অমসুং খাবা পোক-খিবনে ॥

৭। চেংলৈ-সরাং-লৈশাংথেম্ পোক.পদি নুংঙ.হারবগী সাইওন. ওইবা নোংপোক. অদিবনে ॥

থুম্লাক্.পনা পান্.বা মফম্ খুদিংদি হৌরোক. অমসুং উপানা পোকখিবনে ॥

তাইবং পান.বগী মপু ঈশ্বর সিদবা কুরুগী শাথায় হক.চাংদগী সল্লাঈ তরেৎ পোক.এ। ঈশ্বর কুরু সিদবগী হকচাংবু থায়-দোক্ত্.না সল্লাঈ তরেৎ-মক্তা যেন্নতুনা লৌনখিয়ে ॥

১। অঙোম্ না কোক. লৌই।

২। মঙাং-না সিন্দুং লৌই।

৩। লুরাং-না খোপ. লৌই।

৪। মোইরাং-না শিংলি লৌই।

৫। খা ঙানবনা তোং লৌই।

৬। চেংলৈ-সরা.-লৈশাংথেম না খোঙ. লৌই।

৭। খুমন না খুং লৌই।

১। কোক্তী লম্‌দি কৌব্রুনি, অঙোম্ পোক.পা পুরৈ-রোম্বনা পুরাংহন.বা কৌরিইঙেদা নোংলোন্দা লৈএ। অদুনা অঙোমগী মফম.দি কৌব্রুনে অমসুং নোংলোনসুব্রে। অহানবা হয়িচক্. লাইগা তাইনরিইঙ মতমদা অঙোম-না পাক্সা লম.-থৈদি কোংবা তুরেল.গী বাংমা মথারোম.দা কোবা মৈরোম্বী,

ইম্ফাল. তুরেল.গী রাংমা খুরাই কংলা কোন্নুংগী নোংপোক্ খোঙগী মথা থংবা লম অসিদা পোরোংখোক্ হৈনাইবা সিদবগী মচা অঙৌ পান্‌বা পুরাংহন্‌বনা অঙোম পিবা নিংথৌ ওইনা পাম্লমএ। অঙোম্‌গী ফিজেৎ লৈতেংদি অঙৌবনে। স্না মচুসুনে।

২। সিন্নুং হায়রবদি ঈশিংখোঙ. হায়বনি, ঈরু কুরু সিদবদি শল.-লাবগী মশক্নি। শল.-লাবগী ঈশিং খোঙ.দি কংলা খোইদৌদা লৈএ। খোইদৌ কংলা অসি মঙাংগী মফম.নি। অদুনা কংলাগী অকোইবদা লৈরিবা খুরাই, বাংখৈ, খ্বাই-য়াইস্কুল. হায়না লৈরিবা লম, অসিদা কোঞ্জিল্লাংবা সিদবগী মচা পাখংবনা মঙাংপিবা নিংথৌ ওইদুনা পাম্লমএ। মঙাং নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেংদি ঙাঙাংনবা অঙাংবা মচুনে। স্না মচুসুনে।

৩। থোপ. হায়রবদি লম্ফেল.নি অদুনা লম্ফেল.গী অকোইবদা লৈরিবা লাংগোল. চৌংশাং অমদি চৌংশাং'সিগী অরাংগী লম.খৈ থর ফাওবা য়াওনা কোঞ্জিন-লাংবা সিদবগী মচা চিংতে-তে পোইরৈতোম্না অসামবা কৌদুনা লৈসাংখোং ঈরেন্‌মরু লাংগোল চাংজিল অসিদা নুরাং পিবানা নিংথৌ ওইনা পাম্লমএ। নুরাংগী ফিজেৎ লৈতে.গী মচুদি হিগোক্ মচুনে।

[illegible]লোংলৈগী পান্দমগুম্ ওইনা চেক্সরক্লিবা ঈচেলগী তুংনফম. তাফমদি লোক্তাক্নি। লোক্তাক্ ইকোপ. চৌংশাং

অসি মোইরাংগী মরুম্নি। মোইরাংনা লোক্তাক্তা থ'মো মরাংলোম্ বা হাইগৎতুনা মোইরাংনা মপুরোম্বা লোং অরাংবা শিন্দবা কৌতুনা থাংহি ঙাঙোই হরম্ পাত্তা মোইরাং পিবানা নিংথৌ ওইদুনা খুৎ-কন্না পাল্লমই। হায়নবা অমা লৈ মচুদি খুমন্-গা মোইরাংগা লম্ যুন্নবদা খুমন্‌গী অথোববু মোইরাংগী রানা মওক্ কক্'থ হায়বদগী করুবা কোই। মোইরাংগী অথোবা ফিজেৎ লৈতেংগী মচুদি যুনা শংবা মরাংবনে॥

৫। তোংগী লম্দি লৈতাংপাংনি, মচুনা লৈতাং ঈরেল্ কংফাল্‌গী অকোইবা লম্ অসিদা কৌবরেন্-সিদবগী মচা ঙানবা, থাব-না খেম্‌শাবা কংতিংলোং কোড়ুনা খুছোং সিংলক্লবনে॥ ঙানবা, থাবা পিবায়েন্ নিংথৌগী ফিজেৎ লৈজেংদি অশংবা মচুনে।

৬। থোঙ্গী মক্কম্ হায়বদি তাংঙাপাংনি, তাংঙাপাংকী অকোইবা কংফাল্‌গী লম্ অসিদা চেংলৈ ঈয়েক সল্লাইগী পিবানা হোংসং চৌবুংলেন্ মৈনাইবা কোড়ুনা নিংথৌ ওইনা পাল্লমএ। মতুংদা অমুক পাকথোক্ চাউথোরক্লুনা কোংবা কৈখেল, ফাওবা য়োরকুলমই। চেংলৈ ঈয়েকী ফিজেৎ লৈতেং মচুদি লৈচিন্ অথাওবা মচুনে॥

৭। খুৎকী লম্ হায়বদি পুমলেম্ পাং অসিনি, মচুনা পুমলেন্‌গী অকোইবা কংফাম্‌গী লমথৈ অসিদা কোন্‌হৈরম্ সিদবগী মচা খুমন্ পিবা নিংথৌনা ইমুরাবা কোড়ুনা পাল্লমএ। মমৈদা পুমলেন্‌গী অকোইবা লমথৈ অসিদগী থৌনাক্লুনা

হৈপোক্ চীংদা ফাওগা থুমন্-না হৈ-র খাক্তনা চারম্মী অক্তনা হৈপোক চীংগী মথা খংবা লম-মথৈ থুমন্গী লম.নে ॥ থুমন্গী ফিজেৎ লৈতেংদি অমুবা মচুনে ॥

মতো অসুম তৌক্তনা লম্লাঙ্গী তরেৎ অসিনা মাগী মাঙ্গী কাংলুপ চাউখৎনবা থৌনা ফনা, য়াইফ-লম্দাং য়েংনা পাঙ্গল. কন্না মাগী মাগী থুডম্ চেংনা লৈননবা অঙক.পা ফংনা হোৎনরম্বগী রারী লিথুন্ শিম্বরম্বা লাইরিক.শিং মপুঙ ফনা-ফনা লৈনরিবা ঙাক্তনে ॥

---

মতাং – ২২ – শুবা

## কংলা কোন্নুংগী ব্রারম-খর

হরি চক্রী মমাংদা লম্বু-তুবু তরেৎ লৈকায় থেম.তনা পাম্বা চহি লক্কা অমা লিশিং মাপল্ সুমা মাহিক্মা পাম্লমই। লৈপাক মামংদি লৈত্তাং কাংওইপু কৌএ। কংলৈঙ্গা লৈপাক্পু পোইরৈ নমথক্ সারোন্ পুং কৌবদি লৈখাম্লি লাইচাউ মাংম্মাইবা গুরেৎপু অিক.হল্ হাইহন্দনা পুরিএ খামনগী ময়াই কোইরেন্থক. নম্থক. সারোন্ পুংও ঃ কৌবদে

॥৮

ꟷ নম্থক্ সারোন্ পুং অসিদা তাইবংপানবগী মপুনা মমিং ছুং-স্না কোনা য়াথোক্‌না স্নামহী, পাঙবা, পাহোইবা লৈমরেল্ অহুম্মক্না লোইন্না থোরম অয়াম্ববু তৌদুন থরায় থাম্ববু চংনা পাথাপ মতুং ইন্না শেম্মারয়ে। অসুম্না অরান্ আহুই পুন্নমক্ লানথীরম্নগা কংলৈ স্না পুংময়োন্ লৈপাক্পু থিঙ্ মিংওয়রে। হয়ি চক্তা তিল্লী কোকতোন্ অহানবা কোই। হয়া চক্তা মিরা পোংথোকলম্ কোই। লাংবা চক্তা হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা কোই। কোন্না চক্তা মুবা পালী স্না লৈপাক কোই॥

নোংপোক্ লৈকোইরোন্ পুয়াদ দ হয়ি চক্তা চক্পা লাংবা কোই। হয়া চক্তা ইবাং গুমতোন থো, মরাই কোইরেম্ থোং মক্ষেপাক্ কোই। লা বা চক্তা পোইরৈ স্না লৈময়োন্ কোই। কোন্না চক্তা মুবাপালী স্না লৈপাক্ কোই। লৈশেম্-লোন্ অরিবা পুয়াগী মতুং ইন্না হয়ি চক্তা তিল্লী কোকতোম্ লৈকোইরেন্ কোই। হয়া চক্তা মিরা পোংথোক্লম্ কোই। লাংব চক্তা পোইরৈ স্না লৈপাক্ কোই। কোন্না চক্তা মুবাইগুমতোংপান্ স্না য়োইকোইনুং কোই॥ হয়ি হয়া কোন্না চক্তা মুবা পাল্লী স্না লৈপাক্কী চকপরোন্ কুমশিং চহি ম্যাপন্না মওংমদা লেপথুবা মতুং লিশিং তরুক্তা লোমগদবনে, অসুম্না লাক্লম্এ॥

ꟷ লাইথোক্ মশাদগী থারখিবা সেশোংপাং, সেরাম্পাং অনিমক্তা কোনুংগী থাথং বরোমদা লৈবনে। পাংফম্ অনিমক্তা লাই-রম্পাং ওানংপাংতা ফাওখিদুনা লাইগী মনা ওইনা লৈবনে।

যুল্লা পাৎ কোঙা পাৎ অনিমক্কি শোক্কদবা পাৎকম্নে।
হৌকম নুংকম্ সহোং থংবরোম্মা য়াক্লো শ্বাৎ কৌএ। কৌরুগী
ইরম ইন্না সংহোং পাংবা কোংবা ইচিন্দা লাইগী পিপা ইরেল
শোইগা অনিনক্কী মরক্তা লাইগী কোম্ অমা লৈরনে। মোংবা
হনবা চাথাবা তোরৈথেক্কগী তোলোম্ মনাক্তা থরায় মমাই
লৈফদবা চেংঙা খুভম্ হোংকদবা য়ুহার হাবদা নিত্তবা মকমনে।

মরিং খুনকম্ লোক্কগী তোরৈ বাংমনে। মোইরাংথোম
মোংবা হনবা চাথবগী খোংহাম্ পাৎ মণশেন্পুঙ মকম্ অসি
থওউ। খোংহামপাৎ অম্দি লাইরা পাৎকা তিন্নবনে।
পাথংবগী য়ুম্মমদি ঙারান তরেৎ সংপা লাইরা পাৎকা
তোংলোংগা শম্নবনে। ঙায়ান্ স দা হনমোইথম্না হনমোইকুনা
মঙাদং চারুইএ। কেইন্নবগা মরেক মহাও অত্ত খিবিক্পু
পাথবনা চাইএ। লু চাম্কম্দি তেংগৈ থানে অন্নাং পান-
ফোফমনে লু কৌএ। অত্তগা মংলেন্ চনবনে। কংলাগী
লৈচংদি পাথংবগী পিশুম্ মাপানে অত্ত হেন্কদে। লিশন্না
লি শাইএ, মরেংবমনা মৈ হৌএ। লৈত্তুনকম্দি কংলানে।

কংলাগী মেমকম্ লমলেন্ খারেন্ খাবু লাইরোন্সু
তরেৎ খাখোং তরেৎ শেমনা ফাংলিবনে, খোংলম্ তরেৎ
মক্লা কোইনা চল্লিএ। হায়বগী কোন্দুং কৌএ। খারুম
অমসুং লৈথাক্তা চেল্লিবা খোং তরেৎমক্ত খওনবা হায়রগে।
খোং অমদি কোংবনে, অমদি পুমশাই খোংনে, অমদি
নোংজেংনে, অমদি নুংনাঙবাক্লে খো্ তরেৎ মক অসিনে,

খোং তরেৎমক অসিগি মসিং অমা ওন্নে। থাখোং, লাইখোং, মরোংখোং, লিনহাখোং, চরোইখোং, য়াম্বীখোং খোং তরেৎমক অসিনে, তরেৎনক্ অসিগী লুচিংবাদ নোংদম্ খোং কৌবা খোং অমা লৈত্রে। খোং অসাদ হ.য়ইছেদে। খোং অসাদ মপু মহাক্না কিথুপ ধরিনে; অনৌদ কংলাগনা কিথুপ, অমাদ য়মচাওনে, কিথুপ অমদ লুংকোইবংদৈ, কিথুপ অমাদ য়াওবরীনে, থেন্ মরিমক্কে। ফুরিৎ শুংদাইগী তিনাশিনকম্ কায়লগী মকর্মাদ মোংবা চৌং মঙ্গুৎনে অস্তুম থওউ।

তাইবং মপু থোইমুম্ অক্লিংঙা সিদবনা তাইবং পানবা অসিবু শেম্বা লোইরবগা সাইওন্ লাংওন্ শান্নরকপা অসিগী মশক্ খোকহন্নগে হায়দ্রবা কৈদোম মাপন্ রাৎলে হান্না শেম্বা লৈপাক্কি তিনকোক্ লৈকোইরেন্ হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা কোএ। লৈপাকু কৈদোম্ মাপনবু থোইনা রাংএ হায়বগি-দমক্ তিল্লীকোকতোং লাই মকোন কংলা নোংখো স্না কখীরেন্ অথোইবনে॥

ৰারম্ অমদি কারিগী থোইনা রাংবনো হায়রবদি লাইচরন, তাইরোইলাইগী মথোইনে, অদুগী মমক্তা কংলা শাইরা করমনা শারিবনো হায়রবদি লাইরেন অমা, খেঙ্গু অমা, ঙব অমা, থপ অমা, শামু অমা, লাইজাও অমা অদুমদি য়াম্লইছেন। মাপাম, অলিনা কংলাগী মথাদা থারিত্র অদুগী মথক্তা কংল্যগী মুমজাওবু থুদ্রপা, তরেৎ খোলকৎপা হায়বাদ অসিনে।

কংলা মোংদৈ য়াং-ময়াই খেংকুরুমচিং মৈজোন; হোইরোম্পুং পাকন স্না মেলাংচাম্‌. কংলা স্না য়াই কোন্নবং স্না লাংবচিং, ফুংলা স্না পুগুময়োন্‌. চোইনৌ স্না য়োইখমপাল; কুরুম স্নাচিং লুকোক্‌ চিরৈ তোং তিম্মী কোকতোমলেন্‌ অহানবা নম্‌থক্‌ সারোন্‌ পুগু. ময়াই সুপ্পোংপাল্‌, মুবা পাম্ল স্না লৈয়োন্‌ লৈপাক্‌ লৈকোইরেন. মরান, য়িমতম. পুগু. পুনেম. তাইবীলোক কংলা মাফোংপাৎ তিংডিং মাফোংলক্‌ লৈপাক. পাম্বীরেন. থবায় য়াইপিকোন. কোইলেন. সোক্তোক পুগু. কংলা কম্ফাম্লাং থম্বাল্‌ লৈত্তুমনুং কংলা লাইকম. অসিদা স্নাচিং লাইকম্‌ লেপলে থবায়পিচাক নিংথৌ সিদবনা চোং ওইনা থাম্লবনি, ওই ওইদে হায়বদি পুম্না খম্নগে চেৎনা খগুউ। খগুজরবাদ থবায় য়াইব' লোইননা হয়েং তুংথী লাংওন্‌ লম্বীদা থবায় য়াইবী মলক খগুনা মচৈ ময়োং চুম্না মপোক্‌ খগুনা য়াইফা, মচৈ চান্না নুংঙাই য়াইফনা পানফনা লৈগদবনে ॥

কংলা লাইফম্‌ অসিদা ফিরোং স্না লুপা লৈসং হৈ-মনম্‌ নাম্বা লৈ মরম্‌-৭-৯-হৈ মনম ৭ ৯-অথুম অহাও চুঙৌ মহি য়াঙনা থোরম্‌ তোরবাদ লৈবাক্‌ নিংথৌ পুমনমক. লৈমাতেক্‌-কোনা নিংথৌ নোংহোনা পালফরে খগুলপনিএ উত্রাদা কমচনা শাস্ত্রোও ঃ.লাংম্রিথদ. সুংলিংলিক-লিক অসি হায়চনা শোয়্‌॥

খোল তয়েং থোম্মাংদৈ লৈতে স্না ক লৈ পুগুময়োন্‌ হাম্না লেম্বা কোকু লোইবা লৈপাক. পাম্বীরেন্‌ অসিদা মৈতৈ উমংলাই হরাওবা হৌদোকপা-১-ডিংঙি মাফোংবা। (২) লাবা

নোংলৈ কম। মী অনি অসিনা মৈতৈগী লাইহরাওবা কৌবি। নুংজেং ঈশিং কংলে হায়রবদি চন্দ্রা অমা. চেং থোইদি', অ্য় কোনয়াই পু-১-সংত্রৈ, লাংথৈ, অসি য়াওনা লাংও : ঈশিং থোক্নি। মিংথৈদি কোংলিং পুরুক. চন্দ্রাদি তাওখংলম্বনে॥

নুংজেং থেলেন্গী কয়াংনা নুংগোইবী. য়াওরৈবী ওকসং লাংসং মরিমক্না কংলাবু কোইনা লৈ'রবনে, তুথুপ. গরেক অসি খওববু ইরম্ খওবা কোএ। মতাইমা কৌবাদি ওকসং মক্ষমদা চিংও. থোইমুম লাইয়াম পুন্নমক. ওক্নরে হাযবগী ওকস· কোএ। মতাইমদা লানসিয়ো হায়বগী লানসং কৌই।

লাকসুং লাকলে, কংসুং কংলে কংলানে। মসিদা মরম্ তরুক. য়ামরে। থোংফাং তরেং থেংনৈয়ে মফমদি কোংবগী ইরোংনে নুঙ্গোইবীদা থানা থোক্লে, য়াওরৈবীদা নুমিৎ থোকএ। কংলাগী নাকচিদা থরাম্নপিচোক. নিংথৌসিদথা থোক্-পনে অত্নুগীদমক. ময়াই শুমদোংপান্ কোএ॥

নুঙ্গোইবীদগী নুংজেংগা থৈতেনর্বগা অনিমক্না পুমচাই থোংদা থোকখিত্নুনা কৌক্রদা তিতুইএ. কৌক্রদগী চিংগোই নুংথোং নুংলাওবী, কুমশু থোং অত্নুমমক্না লংমাইচিংদা ইরম্ কাক্নুনা লংমাইচিংদোম্দা লাইথুন্ অত্নুম লৈবনে ময়াই লাই-থুম্না কংলা য়ুমজাও সঙ্গাই ওকসং লাংসং থুরাই, বাংথৈ, থাই য়াইস্কুল্ কোইনা তুরেল্ মথেক্ মাপল্মক্ কাওনা চেলত্নুনা নুংবী চিংনুংত্নুংতা ইথম্বনে, য়াওরৈবী, লৈথোমশং সংলাংথৈ

য়ুমঙ্কাওরেন্ সঙ্গাই মরিমক্তা তেকৈ থাদা তিম্নবনে, মুঙ্গোইবীদি নোংপোক্ অপান্কমনে। ছাসং ফুমোইকমনে, য়াওরৈবীবগী হৌনা থোক থিবা মকম অচুম্বশিংদি তিনথুন্গী কারননে॥

উমং-৯-গী লাংপুম্ সিদবা খোইয়ুম্ লাইনা খোইয়ুম্ লাই অয়াম্বদা শিন্নরম্লে, মাইকৈ-৪-মালেম্ চিথেক-৮-সুংতাই হারো কারন্-১৬-লাংদাই-৩২-শিংথার্-৬৪-গী সারোই-৬১-নোংথাং লৈমগী জোপ্রি ৮১-মক্ত ওইবা উদংলাই-৯-লাইন্থুরা-৭-লাই অসি থেথৌক্ কংলা লাইফম্ ১০৮ দা ফমথোংঙে। খোইয়ুম্ লাইওয়াং অংাউইদনা মীরম লাইরম্ থায়্না কারাং থেঙ্গাও কুরাক্ লম্দাইরো। লেপাক্ মরা চেংনা মহাও কানা পাম্লে।

মাইল-৪-না কোইরিবা কংলা কোন্থুং মনুংদা লৈরিবা কংলাগী লাইফম্-১০৮-গী লাইদম্ লাই মমিংগা কোন্নানা লন্থু পাকল্ মেয়েক্তা ইরম্বা "কংলা ফাংথোংলোন্" কোবা লাইরিক অমা পুথোক্নবা শেম্ শাঙ্গনা লৈজার॥০॥

## লৈচিল্লোন্

হৌজিক্কি লৈচিন পোমাই হাংবগী মথম্ অমা হায়গে। অহানবদা থ্রৈবু হান্না থওগনি, থ্রৈবু থংচ্ং বারীমা লোইনববু থওগনি, লোইনববু থঙ্বা বারীনা মিরেন্ অচংববু থওগনি।

খুরারগী য়াইবীগী, মিগী মিরেনগী থানফরোই হায়বা খণ্ডউ। কোনরো থকা ইপানে, মালেম লৈন না ইমাংম। কোরো থকা লৈচিনলোন, মাপন্ নোংমাইরোন্ তরেৎ লৈবক্তমা, মালেম ইলৈমহি খল্লুম্ লৈয়োন্ অরেৎ, মুংলোন্ মাপন্মকপু লৈরিবনে। মরম অসি লৈবনা লৈচিন্ পোম্যাই-হাংবগী য়ায়ী লিখুন্‌খণ্ড্‌বদা লৈয়োন্ মুণ্ড লোন্ হাংবগী য়ায়ী লিখুন্ খণ্ডগনি হায়বা খণ্ডউ।

তাইবংপানবা মপুনা অতিংকোক্‌পু নাওয়োম্মে। তাইবং-পানবা মপুগী মমিংদি ভুম-অং-য়োং কোই। অতিংকোক্কা অমম্ববু নাওয়োম্মে। অতিংকোকা মমিংদি ভুং-ইফুকেৎ-ভক্‌লাচি কোই। অমম্বনা নুংশিংপু নাওয়োম্মে, অমম্বগী মমিংদি উম্ কিক্-ওক্ কুক্ ভুং কোই। নুংশিংনা লৈচিনবু নাওয়োম্মে, নুংশিং মমিংদি ঈং-ভুং সংতরেং ইয়োম্বা কোই। ঈশিংনা লৈপাক্‌পু নাওয়োম্মে, ঈশিং মমিংদি লৈহিংসং-ইফুৎথোক্ লৈঙাং-লৈয়োম্বা কোই। লৈপাক্ মমিংদি ভুংহিক্ ভুংহিক্ হং কোই। লৈনপ্কাসু কোই। লৈপাক্তি লৈচন্দা লৈবনে, থবাযনা নুংশিত্তা তোংবনে। অদুগা নুংশিং মরম মাপনবু হকচাংনুংদা শাথোবা মানা চিংভুনা শাথোবনে। থৌওং অসিবু নুংগোইবা সরেন্ চনবা লৈচিন্ পোম্যাই হাংবা কোই। মসিদগী থবায়না য়াইবীগা অনিগাগি মিকৌরোনগী কোলোই মিংলেন্ অমিনিংবি ৮লোয়া থুপা থনম্মে। থবায় য়াইবীগী কান্নায়াই পুক্ষ্যাই থোয়ী

কৌংগোই য়াইওইবগী বারী লিথুন্ অরুবদি অহল্ নত্তো কয়গা পুক্লিংগী অপাম্বা থুংগদি হায়বা অসিতমক্ হায়রগে ॥০॥

---

মতাং — ২৩ — শুবা

## নুমিৎ খেনচং তরেৎ

ইপুরোইনা য়েনবী থুরোনবী কৌনা লংমোই য়েন্নাখাক্ মখোঙদা হোৎপদা য়াই ওইব য়েরুম্ মঙা ফংলুন মঙামক্ পু য়ে খিত্তুনা য়াই অত্তুতনা থরায় পানবা খৈবীকপু পোকহনখিয়ে। শিনবা থুংনা তাইবং মী নমু পোং কোত্নুনা তাইবং পান্বা খৈদোম্-৯-মক্তা য়েনখিয়ে, মকমদি মিৎ অনিমক্লে, নাতোন্ লিকলম্ অনিমক্লে, নাকোং খোঙ্লেনে অনিমক্লে, য়া চিনবান য়াথুম অনিনে। খোরিগী ময়াই মরক্ নাতোনগী মাপা নিংশাগী রাইথুংকম্ স্বরগী কম্বী হি-মরু, য়াই-মরুগী অথুপ্পা অত্তুদা ফাওরক্লে ॥

ইপুদি লাংয়েন্-৭-পাক্লে। লংমাই, নিংথৌ, পৈপাক, য়ুমশা, শগোল, অরাই, থাও অসুম কৌরিবা কোয়ো নোংজা অরেঙনে। মত্তো অসুম তৌদুনা চয়োম, তরেৎ খোল্লখে। তাইবং পানবগীদমক্ মথং মথং, ওইখে।

অসী, হয়েং, হংচিং, মশেম্ মরো, মকাপ. মশিং ও: কৌমা চংথরক্পদি কদৌনোংগীনো হায়বদি লাহান-নোং মালেম লৈশেমদ্রিডৈদা তাইবং পানবা মপুনা কম্লিবা থম্বাল্ লৈনা-থক্তা মালেম লৈপাক. লৈসী চৌরক্লে হায়বগী অসী, লৈনা রেংনা রেংনা তারক্লে হায়বগী হয়েং, থম্বাল লৈনা হংচি লাকসিন্নক্লে হায়বগী হংচিং, লৈনা শেম্না তায়না লৈয়ে হায়বগী মশেম, থম্বাল্ লৈনা লোথোরকই হায়বগী মরো, থম্বাল লৈনা কাপথোক্পা ইথোক্ লক্‌ হায়বগী মকাপ. অমসুং থম্বাল লৈনা অচুং শিংনা মানুনা চল্লা হায়বগী মশিং অসুম কৌরিবা কোরৌ-নোংজা-৭-অসি, মতম রারেন্ খা ালবগী কংলা কুচুলেম্বা চিংদা শাথুপ খিয়ে।

মতম. থো লৈ রেনা অতি কোক সিদবনা নমু পোং-লিংলক্লবগা কুচুলেম্বী চিংদা শাথুপ.খিবা কোরৌ নোংজা তম্বা মী মরোন তরেংমক্ত চিংনা মরি ইম্না পাইশিনখ্বা নুমিং চয়োন ৭ মক্তী লোন ওয়থাগী চোলোই মশিং চিং্ পুরৈহৎলবনা পোনদবীখি।

১। অসী — নো মাইজং,
২। হয়েং — নিংথোকাবা
৩। হংচিং — লৈপাকপোকপা
৪। মশেম — য়ুমশাকৈশা
৫। মরো — শগোলশেন্
৬। মকাপ — ইরাই
৭। মশিং — থাংজা

অসুম, কৌমা নুমিং চয়োম তরেং-মকপু কোলোই মিংলেন্ অসি থোনখিবনে অসুম্ খউ।

# "নুমিৎ নুমিৎকী পোৎ পীহৈদবা"

১। কোরৌ নোংমাইজিং নুমিত্তি খোইয়ুম লাইরিংথৌ চিংঙ্, তাইবং থারবা, খোইয়ুম খোমসিরেন সম্বোং মপুরেনবা সেম্লোই লংমাই নুমিৎ সিদবনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা থাংয়ি ফো ময়োন ছুনবি মরম অাস লৈবনা মরু মল্লাং খৈবীকপু নুমিং অসিদা পীখোক্‌হৈদে॥

২। কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিত্তি চিংগু 'সোরারেন্ থাকপা পুরৈবোম্বা পুরাংনাকাবা থংবা নোংনিংথৌ কোনখে অতাম্বা সরাং অবাপ্পগী কোরৌ নিংথৌকাবা সিদবনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা খোইমোম্ মৈরা পোনচেংগুম্বী শিংথা চাক্‌সুকাবী লোকয়াই শিন্নো লশিং পোকএ, অচুনোংগীবু চরৈ ফি পীখোকহৈদে॥

৩। কোরৌ লৈপাক্‌পোক্‌পা নুমিত্তি খোইয়ুম্ লাই-রিংথৌ চিংগু, পোংলেন-হল্‌বা সমাঙ পুরী য়েক্‌হৌগী মালেম্ লৈফুরেল্ অচিবু কোরৌ শনশামরিবী রাংবল, পান্ডশানবা কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিৎনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা তেংনৌ য়োৎ পোকএ, অচুনোংগীবু তেংনৌ য়োৎনচিংবা য়োৎকী শাগৈ পীখোক্‌হৈদে॥

৪। কোরৌ য়ুমশাকৈশা নুমিত্তি য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা মালেম তম্পাক, লৈরেল-হলবা লৈসিরেন্ লৈপুন্‌বী সিদবীবু শিংথেল, লৈরাম্ হুন্না চেংথো কাতাপ্পা খোইরুম, নন্‌শাঙ্গিবা অাইবং থবাক্ য়োইজোক্লবা কোরৌ য়ুমশাকৈশা নুমিৎনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা মালেম, লৈপাক, পীরেহৈ।

৫। কোরৌ শগোলশেন্ নুমিত্তি চিংথে, নোংথম্লিরা লাইরিক্‌থো খোঙ্গয়ুম, পুক্নিং বাচুম-থবা লাইবু কোরৌ লন-শানবা রাংবন্ পাউকানবা কোরৌ শগোলশেন্ নুমিৎনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা কোরৌ নোং লিক্লাই লিক্লাং য়াঙ্গ-য়েংচান্নচংবা লিক্লাং শিং থরাম্বা পোকএ, অতুমোংগীবু কোরৌ শগোলশেন্ নুমিত্তা থাবা লিক্লাং পীথোকহৈহে ॥

৬। কোরৌ ঈরাই নুমিত্তি খোইরুম, লাঙ্গ নাম্বুংবানা লাইজা ঈ-দা কুয়বস্থ লাঙ্গজ ঈরেল চাউ-খোইনা লৈগুম্বা চিংথ, লাঙ্গজা ঈথেরেন্ খোংনাং ঈশিং চাইবা য়াহৌনবা কোরৌ ঈরাই নুমিৎনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা মালেম লৈম্না অতাংবা, কোরৌ নোংলুম্‌পান্ অজোবা শেল, কোরি শপম্‌জঈ খেবীক পুল্লক পোকএ, অতু মোংগীবু চোইজো স্না, কৈম্নাংজল, শেনগী থাপে পীখোম্লহৈহে।

৭। কোরৌ থাংজা নুমিত্তি য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা কচেং নোংথাং লৈমা থউলেন হাইকুপ, চেনবীবু কৈরোই

মুসলমানশিংনা রাজকুমার পাশ্চাত্যদনা কোনো থাংজিং চুমিংনে। কোনো চুমিং অসিদা লাইবুং থবায় পাম্বিরা খৈরীক পুরমক শেম্বা, অচৌবা ওনোংগী নমু পোংনচিংবা থরায় পান্না খৈরীক পীখোকইহেদে॥

ইপোক নুমিং মহৈগী লৈরা, খৈরীক পীখোকইহেদে ইপোক নুমিং কোরদি নুমু থাইবং মীওইবগী মপোক নুমিং লৈবগুম লৈরিবা পোৎলম খৈবীকীসু মপোক নুমিং লৈগদবনি। মমগী উরেপ চুনখিবা নুমিংসু মমলেন শঙ্গাবা নুমিংসু, মাগী মাগী শক্তম মখক অতৈগী মপোক নুমিংনে। কুমজা অমগী ফো মরু তাবা নুমিংসু কো হৈবা নুমিংসু ফোগী মপোক নুমিংনে। অসুম্বা ঐগী ঐগী ওইবা পোৎলম খৈবীকী মপোক নুমিং খঙনা পীখোক-পাশিন তৌগদবনি॥

মরম অসিদগী থবক থোরম অমা হেক পায়খৎলমদাইদা লাইনিং থুদা-১৭-মক্তা মিংথৈ শক শোম্লগা পাইগদবনি। নুমিং থোকপদগী নুমিং তাখ্রবা মতুং হয়েং নোংঙানবা, নুমিং অমুক থোকলকপা মতম ফাওবদা শোনগদবা মিংথৈগা কোম্নবা থবক থোরম অকুপ। চুকচাংগী শায়েজেন্দ্র "নোংলোন্ হিরী লাংপুম" পুখাদা য়েংবীয়ু, "থিরেন নানশ্বা," শাকোক শাদিং, পাখংবা লাউরাম, কুরু লাউরোম, পুরাশিং অসিদা য়েংবীয়ু। তুরে, চারে, চংলে, কয়ে মতম পুমনক্কী লাইশোন্দ

শাগোম্লবনে। শিদপুং হকলোন্, লৈমরেন্ সেক্লিং, লৈমরেন নাউরোম., লৈমরেন কম্বাললোন্ লৈমরেন উনগোই লাই-রিকশিং অসিদসু য়াওবনে ॥

১। হায়বদি কদোনোংগীনো হায়রবদি তাইবং থবায় য়াইবাগী য়েন্নো-য়েন্নিং হুন্না মপু মাগী তুংনকম, ওইরিবা পারী মমাগী মহক্শা চিংগু থোহল্লম. সমু হকচাং ওইবা মচাগী ঈহুন তম্ব্ ঙ'স কৌই ॥

২। হয়েং হায়বদি কদোনোংগীনো হায়রবদি তাইবং ঈহুন্ তম্বা অহুবু ঈনুংপুঙদ. ঈয়ু ঈপু মানা ইবাঙ্গ ঈনিল থোম্না, ঈবাং ইচেল. হন্না য়েংনা লৈরি হায়বগী হয়েং কৌই ॥

৩। হংচিং হায়বদি কদোনোংগীনো হায়রবদি তাইবং ঈহুন্ তম্বা অহুবু ঈনুংপুঙদা চেংনা হ চি লাক্লশিন্না মপু মানা য়েংনা থম্নি হায়বগী হংচিং কৌই।

৪। মশেগ কৌবদি কদোনোংগীনো হায়রবদি তাইবং ঈহুন ঈপুঙ অসিবু মপু মানা পিজুকন্নুংদা মওং শেম্না শারে, মশেগে লোইননা করারদা শোয়খগদগে হায়হুনা শেন্নবীরকুই হায়বগী মশেম. কৌই ॥

৫। মরো হায়বদি কদোনোংগীনো হায়রবদি তাইবং ঈহুন্ ঈপুঙ হ্লাসদা মপু মাগী কায়কত্রবা হকচাং করাং থোঙ মশিং শুনা লোহুনা পুথোকৃলকই হায়বদগী মরো কৌই।

৬। মকাপ্‌ কৌবদি কয়োমোংগীনো হায়রবদি তাইবং ঈরুন ঈপুও অনিনা তাইবং মপু সাপা মশক শান্না শকুতম্ মওং লেপ্লবদা পলেম্ পিবুক্-কুংগী খোঙলোন্ খাপন্ হাংনা মকাপ্‌থোক্লকই হায়রবগী মকাপ্‌ কৌই।

৭। মশিং কৌবদি কয়োনোংগীনো হায়রবদি তাইবং ঈরুন্ ঈপুও অসিনা পলেম পিবুক-কুংগী পুকচুং খোঙচেৎ লোইরক্লনা তাইবং মালেমদা পলেম্ পম্লোগী মচুৎ শিন্না পারী পুরীগী মথা লেংখ-শম্মুখনা শিনথরকই হায়রবগী মশিন হায়রবদি মশিং কৌই।

অসুম তৌনা তাইবং শ্রীগুইবনা মুমিৎ চয়োল তরেংকী মনুংদা লোকই; নুমিৎ চয়োল তরেংকী মনুংদা শিরি। অসুম তৌরিবা নুমিৎ চয়োল তরেং অসিগী ঈচেল মত্তা খঙনবদগী মরম পুম্নমক্তা মাংহন-তাকহন্নে। থকা হৌখিবা অহল লাই গুইরবা ইপা ইপুশিংনা শিবগী নুমিৎ খঙনা, শায়োন লাংঙল মশক খঙনা তৌজমন মইহে স্রাদ্ধ।

মতাং — ২৪ শুবা

## থা-১২-গী হৌরক্ফম্ খওনবা

হন্না হে. রে লোইতাম্ থাঙ্গা পাথংবা কুমজ্ঞা মরুবা ক্রুইরেমক্লাই নুংমাং য়াইবীরেন্ লিদবা য়াধা থানিংথৌ মওান্ লিক্লা উনগোইনা ক্রুইত্র, মপোপ্ চাউ তিংগোই লিক্লা মদা-লেক্লায়াই থরায় নিংশা হোল্লিবা অচৎ-অরেপ্ পুম্নমক্কী পাঙ্গল তেংপান্ য়াই মরু লোইতাম থাঙ্গা কোম্লোঙ্গ মগিংথোন্ -১২-মক্তি নমুপোং ওইবগী হৌনা মরুমচৎ লোইতাম্ থাঙ্গা চৈহোৌবা থবী লমতা থা কৌবদি কদোনোংগীনো ?

১। খোইরুম্ মোংদম্লিবা লাইথিংথৌনা য়োহ্বু খোই-খোম্ লাইরেম্ন। মালেম্ তম্পাক্ লৈরেনহনবী সিদবনা তাইবং নোংশাপান্ পুম্নমক্কী তাওঙ্জিং হৈরম্ থারিবা, শীঙেল্ লৈরম থারিবা, স নো য়েন-নম্ থারিবা মরু পুম্নমকপু নৈত্র গী মালেম্ লৈপাক্ নংশিন্না থাবিরে হায়বগীদমক্ থবি ও তৌনা কৌএ। থারিবা মরু পুমনমক্কা-ময়া মালেম্ লিচৎকে মপাল্ মউ নাইগে হায়বগী হৈরম মরু কাইরে হায়বগীদমক্ নগথায়ওঃ কৌএ। লোইতাম্ থবী লমতা থাওঃ তৌনা কৌএ॥

১। মালেম্ পীবুক্রংগী থবী-১২-ওইরকপদি তয়ো হংকোগী অহৌবদা ঈহো ঈপুনা শাইওন্ ১২-পুথোকপিত্রনা

শে নৌরক পা লাই-১২-মক্কা চুমনা য়ুংনা চৎথা তাথরক্লে হায়বগী লমতা থা কৌএ। লমতা ( লাইতা ) থা কৌবদি চিংঙুবা মানা ক্লেদ্রম্বদগী য়ুংনা তাববু লাইতা থা কৌবদগী হৌজিক্কী লোন্দা লমতা থ কায়রগা থগুনৈএ॥

২। লোইতাম্ চেবী সচিকোই থাও : কৌবদি কদো-নো গীনো! চিংঙু মপুরেন্ থোইয়ুম্ নোংতম্লবা লাই-মক্ক সিদবা মালেম লৈ ওইবা, ক্ষোরো নোং ওইবা য়াংবা সিদবগী চেরেন্ লাংয়েন্ পাপন মপুন পানফোই থোক্লে হায়বগী লোইতাম সচিকোই থাও : তৌনা কৌএ।

২। লাই-১২-মক্কা মশা মচি, মতু-মমান্ ফোইদংলে হায়বগী সচিকোই থা কৌএ সচিকোই থা কৌবদি তাঙ্গীবং পানবা মপুগী মশাদা কুরুম স্নাচিং চৌরমই হায়বদগী সচিফু থা কৌএ॥

৩। লোইতাম্ কান্দৰ কালেন থাও : কৌবদি কদো-নো গীনো! ঈশ্বরা চিংখোং পোইরৈতোন লৈদুং ফাংখোং অতোনবা থমলৈ মীনুংকোন্ সরা মাথুবোনগী মালেম খুন-ক্ষাওরকপদা মপারি সিংদপু তাবুং শিংমিন্নবদ কাহ্রাঈ লেক্ষ থোওচাউ হাংনা কাখিরবগীদমক্ তাবুং শিংমিন্নবদ অগন্ শ কুদখিরে অক্ত নোংগী নোংচু মোংশা থাংবগীদমক লোইতা কালেন থাও : তৌনা কৌএ।

৩। লাই ১২-মক্কা মাগী মাগী লম্ কাথল্ নাইম হেন্নারে হায়বগী কালেন থা কৌএ। কালেন থা কৌবদি উকা সাইথোং

স্নানা পলেম্ পংহো অমিগ্নী মংগীরাংনা পগ্নিং দাংশঙ. হুয়ে হায়বগী কালেন্ থাও: কৌএ।

৪। লোইতাম. অশাস্তি ইঙা থাও: কৌবদি কদৌ-মোংগীনো! ঈয়ুবা চিংখোং পোইরৈতোমগী মপারি তাংুং শিংমিন্নবদি অমন্ থমলৈ কুদ্মা মোদায়বগী চিংখোং পোইরৈতোয় বাওইখিরে। অচ্ছনোংগীবু অশান্তি তোমা কৌএ মপারি তাপুংশিং মিন্নবরু মন্ম. মশোং চাউরে ইঙা লমজাও থা খোয়ে টৈল দ নমনা লোইতাম. কুমতম থাও: তোমা কৌএ।

৪। লাই-১২-মক্কা ঈংনা তপ্না নৈরে হায়বগী ইঙা কৌএ। ইঙা থা কৌবাদি কোঙ্গোল ঈঙো অচ্ছনা ঈঙাং ইশক্ ওইরক্কে হায়বগী ইঙা থা কৌএ।

৫। লোইতাম্ ইঙেল্ থাও: কৌবদি কদৌমোংগীনো ঈয়ুবা চিংখোং পোইরৈতো'নগী মপারি শিংঙুং লিদপুংতাপুং শি মিন্নবরু অমন্ শিংকুমখিরবগী লৈমুং খোঙারেন্ অহানবদা বাইথুংলুরে হায়দবয়া? লৈমুং খোঙারেন্ অহানবনা নয়া মংদি কনানো হায়না পাউহংলম্মে। "ঐদি চিংখোং পোই-রৈতোমগী মপারিমে লৈমা লৈমাউতাবী পায়মা লিনগোইগা তাপুং-শিংমিন্নবা কৌবাদি ঐনে হায়না পাউথুমখিয়ে"। নপন্দি মপারি থাইনয়াম মনোম্ তোক্কাহক্কেবাদি উরেপ. কমনা চাখি মকমলেন্ কননা লুংতোকয়পবনো তাইবং অমরক্ হনবাইখিও হায়না মেমৈ স্না বা হুইয়াং মেনদোম. পোক.পু শীঙেল্

থুক্ত' শুনা পাউথেমলম্মে। থমতৈ মিন্নুংকোন্ সবা মীখু-রবান্গী লে না মৌনা হনবাইরক্লে অদুনোংগীবু লোইতাম. হয়েং ইঙেল্ থাও: তৌনা কোএ।

লাই ১২-মক্লা ঈংমা তপ্পা চৎলক্লে হায়বগী ইঙেল থা কোএ। ইঙেল্ থা কৌবদি ঈঙাং ঈন্নাংনবনু ঈংলে, ঈ নংশিন্নক্লে ঈনা ইকমচৎনা ঈৎলকপা অদুবু ইঙেল থা কোএ।

৬। লোইতাম্ থৌরান থাও: কৌবদি কয়োৈনোংগী-নো! য়োইবু খোংমোম লাইরেন্মা লৈমরেন সিদবীনা পাউমেনখিয়ে। খোইমোম্ লাইরিংথো চিংঙ্ লাই মরু সিদবও: তাইবং মন্নুং ওইবনা চিংঙ্ নখোজানগী উনবী মচেং হক্লা ওই লৈরাং য়ুমচংনবনু চিংঙ্ নংগী সমু হুকচাংবু পুঙমদে হায়না তৎনা রানা খাঙলম্মে, অদু নোংগীবু লোইতাম্ খৌরান্ থাও: তৌনা কোএ।

৬। লাই-১২ মক্লা খোনা হেনগৎলক্লে হায়বগী থৌরান থা কোএ। থবান থা কৌবদি থাগী মশক ওইরবা মালেম ইমাগী শম্মা লৈরে, শন্নবদগী রাইনৈয়ে রাইনে শমবে হায়বগী খৌরান থা কোএ।

৭। লোইতাম্ অসিং লাংবন্ থাও: কৌবদি কদো-মোংগীনো! ইয়ুবা চিংখোং পোহরেতোন্ খোনকাং অতোনবনা মালেম্ থুনকাওরকউঙেদা মানবী হৈরোম্ কাও

হাংনা থোকলকউঙদা মপারিবু চংথরগলে। পম্বোং তৈমা-রেন্ অথোম্ শিংঙুং-গ্রেনবু চিংথরমলে অচুনো,গীবু লোইতাম. অচিং লাংবন্ থাও তৌনা কৌএ।

৭। লাই-১২-মক্কা থোনা থোরাই মঙাগা মিগা থানা তর্কক্ 'রাইবা মিরেনগা তরেংমক্কা লাংপুম ওইরে পুনাশম্মে হায়বগী লাংবন থা কৌএ। লাংবন থা কোবদি ঈনা থোনা হাপ্তুনা থোনা ক্ষবগী পুক্রুং লাংথংলক্কে লাং লাংচুনা লাই থুম্ব্রিন্ চাকচারে হায়বগী লাংবন্ থা কৌএ॥

৮/। লোইতাম. অরৈ মেরা থাও: কৌবদি কদো-নোংগীনো লৈপুঙ থোঙারেন অহানবা সন্না কংলৈ পুংকাবনা চিংথোং পোইরৈতোন মপারি ত'পুং-শিংমিন্নবদা পাঙ-মেন্দলক্কে নপন্ চিথোং পোইরৈত্তন্না থোড্রু মুং থোঙ. হাংন শল. মানবী কাসোম. শল. চিপংবা চি'থাং সল্ল ঈ মানরবু মরোং চৈপা তম্না কংলৈ সল্লাঈ তানৌও। থোইরুম. লাই অরিবরু চিংথোং নামি য়োক্কা রাংবন্ নশল, কন্নো হান্নরক্কে, অচুনোংগীবু লোইতাম্ অরৈ মেরা,থাও: তৌনা কৌএ।

৮। লাই ১২-মক্কা চপ মান্নন মপুক্রিং তৈলতাবা পুল্লপা ঈংথনা মেনী তাবা মতম অচবু মেঙল থা কৌই। মেঙল থাবু নৈরা থা কৌবদি মিরা পোংথোকুলম্ শিংলি পাকল্ থক্তা উনশা তোং চিংথংলক্কে হায়বগী ঈনা চিংথং চিংথা চিংমরম্বদগী ঈনা অকুৎপা অহোবদা চংশিল্লকপদগী অকুৎপা অহোবা অত্রু ফুম্নে, মেম্নে মেম্ন তারক্কে হায়চুনা ঈনা লাংঙম্বদগী

ঈনা ঈ না মেংলকপবু গেংলা মেনতাইনবা' লোক্ ঈমেন্ জে' বা কৌএ। হৌজিক্কা মেরা থা মঁচু তরানিথোইনা তিনবা থাজান হা'য়নরি। মেরা থানা ত'ইবং মশক্ থণ্ডহন্নকপনি, মহো মকোকসু মেরা থানি ॥

৯। লোইতাম্ চিকথম্ হিয়াঙ্গৈ থাও: কৌবদি কদৌ-নো-গীনো! থোইযুম লাই মরু অসুপ্পা কৌবরেন্ সিদবনা মালেম লৈশেম্বু মালেম লৈরেপ্‌ফা কোরৌ নোংলেপ্ লোইরবদা মালেম্ লৈসম্ থাকলেম্ লৌববু চিংঙু মপারেন মাযুংবদা থুপ্প' থনম্লে অদু নোংগীবু লোইতাম্ চিকথম্ হিয়াঙ্গৈ থাও তৌনা কৌএ।

৯। লাই-১২-মক্কা অমত্তা ওইনা ঈরি চেল্লক্লে হায়বগী হিয়াঙ্গৈ থা কৌই। হিয়াঙ্গৈ থা কৌবদি পুক্‌থেম্মী থবায়না কা মাপন থোকএ, কা মাপন্দা হিগুক্কা ম্লাংনা কৌইনা চৎলি ম্লাংই হায়বদগী হিয়াঙ্গৈ থা কৌবনে। হিয়াঙ্গৈ হায়বদি পিনুক্‌ংদা হিনাওা শানা পুক্লিং লাংববুনে ॥

১০। লোইতাম্ উনথম্ পোইনু থাও: কৌবদি কদৌনোংগীনো? চিংঙু অতিয়া সিদবনা মাপারি অহুম্ শাংলবদা ইপারি অহুমমক্কা চিংঙু ইত্তিক কনানা শকথঙ উমপবনো হায়না থোইযুম্ মশক্ ওন্না কুরুমচিং মাঙোন্দগী শম্বরকপাদা মপারি অনিমক্তি থঙ্ উম্বরা থঙ-চম্লে। থোইযুম্ মাপারি সনা থোমদোম্ অত্তোনবনা চিংঙু মত্তিক থঙ্ উম্নবগী

উনবা থরৈ চেংনা থনম্লে অহুনোংগীবু লোইতাম্ উনথম্ পোইন্নু থাও: তৌনা কৌএ।

১০। লাই-১২-মক্না লম চোইনা চংথোকললে হায়বগী পোইন্নু থা হায়না কৌই। পোইন্নু থা কৌবদি ইলেম্ মাপান্দা লম পোইনা কা মাপান্দা পোইনা চংলি পুক্নংদা অমুক হন্না জিনলকই হায়বগী হাঞ্জিন্না নুঙদা নুংঙাইহনা পোইনা চংলি নুঙদা নুংঙাইবগী পোইন্নু থা কৌই॥

১১। লোইতাম রাকচিং থাও: কৌবদি কপোনোংগীনো খোইয়ুম সিদবনা খোইমোম্ লাইরেম্মাদা ভাইবং নোংশাপানগী থবায়্ নিংশা হোল্লিবা পুম্নমকপু নোংদমবাঁথিগে হায়বগী চিংঙ্ থোক্তান্ লিয়েংনা লৈরাং মুমচংনববু অরাছইরাং শেং্লবগী চিংঙ্ হুকচাংলেনবু পুঙমদবদগী থাদোক্লে। খোইয়ুম্ লাইনিংথো চিংঙ্ নামুংবদি অবা ইসোলা্না থাংওম্নে, অহুনোংগীবু লোইতাম্ রাকচিং ইনথম্ থাও: তৌনা কৌএ।

১১। লাই-১২-মক্না রানা চিংথংলে হায়বগী রাকচিং থা কৌএ। রাকচি থা কৌবদি মপুগা মনাইগা থবাম্লগা য়াইবাঁগা হুকচাংগা নাকোং চিক্না থাক্তানৈ ঊলেন্ মাপন্ চংলকপগী বাই হারহনা রাকচিং থা কৌই।

১২। লোইতাম অশিং ফাইরেন থাও: কৌবদি কপোনোংগীনো। খোইয়ুম লাইহি্রগী মাপল [illegible]

লৈশেম্বনা তাইবং মন্নুং ওইহনগে হায়বগী ময়ু তাইবংখবায় পানবা পুম্নমকপু হাকোক থাথগে হায়বগী থোইনুম্ পাইনা মনিংশা মলং য়াইবীরেম্না মালেম তম্পাক্ লৈকেমথকী থবায়, পুম্নমকপুসু মালং য়াইবী চৈরোইমনা চুমজিন্নকদে হায়বগী-ঘমকপু পোইতাম অশিং কাঙ্গরেন থাও তৌনা কৌএ।

১২। লাঙ্গ ১২-মক্না ঙৈনা চৎলে হায়বগী কাঙ্গরেন থা কৌএ। কাঙ্গরেন থা কৌর্বদ পুক্লুংবগী ঈলেন মাপন্ দান্না থোক্লক্পদা অয়োইবা থোওদা থোকলমদাইদা ঙৈনা লৈবনু ঙৈরে হায়বদগী কাইরেন থা কৌনখি।

অসুম্না লাঙ্গ-১২-মক্না শাঙ্গওনবীক্লনা মালেম পিবুক্লুংগী থা-১২-পুথোকপিরম্লবা মতুংদা লাঙ্গ থুনথিন চাকচারম্নগা লাঙ্গ -১২-মক্তি মালেমজীমাগী পিবুক্লুংদা অমুক হুনচিনথে, ঈহৌ ঈপু সিদবদি স্না কাগোক মথুমগুম্না লৈহোরে।০।

মতাং — ২৫ — শুবা

# মৈতৈ লৈপাক্কী হোক্ ফংনরিবা পুয়া মমিং মান্নদবা খরদং ঃ—

১ তাওরোইলাই য়াংবী, (২) পাখংবা য়াংবী, (৩) তাওরোইলাই নোংখল্, (৪) পাখংবা নাউয়োম্, (৫) স্নামহী নাউয়োম্, (৬) স্নামহী নোংখল্, (৭) লৈথক লৈখালোন্ (৮) লৈখা নোংখালোন্ (৯) লৈচিনলোন্ য়ুম্বী, (১০) নোংলোন্ য়ুম্বী, (১১) নোংলোন্ লাইচম্ (১২) নোংলোন্ কাম্না থোঙ, (১৩) নোংতোন্ লাংপুম্ (১৪) নোংতোন্ লৈচিন্লোন্ (১৫) সেরোন ময়েংপা, (১৬) লৈচিনলোন্ নাউয়োম্ (১৭) হাওবা লৈচিন্লোন্ (১৮) লৈখা লাংপুম্ (১৯) থিবেল সাকোক্ (২০) লিরোন্ সিংকাপ (২১) খুনুং সিংকাপ (২২) থিরেল্ মৈরমলিবা (২৩) থিবেল্ লায়াৎ (২৪) থিরেল্ লাইচম্ (২৫) থিরেল চিপপি (২৬) থিবেল থিপোংবী (২৭) কা খোঙ (২৮) লৈসাংথোং থিরেল (২৯) য়ুম্বী থিরেল (৩০) নোংমাইচিং থিরেল্ (৩১) হৈপোক্ থিরেল (৩২) লাংকোন্ থিরেল (৩৩) কৌব্রু লাংথৈ (৩৪) থাংচিং লাংলৈ, (৩৫) চিংথৈ সেক্লিং (৩৬) চিঙ্গা লাংলৈ (৩৭) ললামপুঙ,

লাংখৈ (৩৮) রাংব্রেন চেক্লিং (৩৯) নুংলোন্ লম্বুবা, (৪০) নুংলোন্ মুন্বী (৪১) নুংলোন্ য়াংবী (৪২) নুংলোন্ কক্থায়বা, (৪৩) স কোক লাইচম্ (৪৪) নুংলোন্ মাহো (৪৫ চাক্তা মহো (৪৬) খোই মহো লাংপুম্ (৪৭ মহো (৪৮) মাহৌচা আখেন (৪৯) মাহী চেক্লিং (৫০) মহৌসা সিকোক্ (৫১) মহৌসা লাংপুম্, (৫২) ক্লোং মহো (৫৩) লেমখোং মহে (৫৪ নোংপাই মহো (৫৫) লৈহৌ মহো (৫৬) মুন্বী মহো, (৫৭) লৈহৌ লাংপুম্ (৫৮) খেমখেন্ মহো (৫৯) লৈচাঙ্গ মহো (৬০) নোংলোন্ মহো (৬১) লৈরোন্ মহো, (৬২) চকপলোন্ খেনকা (৬৩) চকপলোন্ (৬৪) সোম্না নুংপুং কৈাইবা (৬৫) লৈথা নুংলোন লাংপুম (৬৬) নোংলোম্ হিঁবি ৬৭) থুনুং শম্পুম, (৬৮) থিয়ানলোন্ (৬৯) মায়ান্লোন্ (৭০) বয়াকলোন্ ৭১) হিরি লংমুংলোব্ (৭২) চোংখুলোন্ (৭৩) থার্ম লোন্, (৭৪) লাইসিং কোকলোন্ (৭৫) অপোকলোন, লংমাই চিংকোইং লোন, (৭৬) চিথাংচিংকোইলোন, (৭৭) লোইচিং চিংকোই, (৭৮) কোমচেং "কোকফা" লোন (৭৯) চোথু লম্বী (৮০) কোত্র চিংকোইলোন, (৮১ থুনুঙ পুকোইবা (৮২) খাবী থিরেন, (৮৩) সিলা লাংপুম্ (৮৪) খুম্বোক্ লাবী (৮৫) চিংসংলোন (৮৬) মহৌ য়াবী (৮৭) ভরেনপুঙ মরুয়োম, (৮৮) রাকোকলোন, (৮৯) পাবোং খোংচিমলোন, (৯০) লাংপুমলোন, (৯১) খোংচিমলোন, (৯২) কুলং মুংলোন, (৯৩) খায়াং হিবুলোন, (৯৪) কাইবা সোক্লিং (৯৫) কাইবা খেক্লিংলোন, (৯৬ শিংখেল লাংথল, (৯৭) সি তাপুঙ কিয়াম,

(৯৮) পোইরৈত্তোন থুম্বোক্‌লোন্‌ (৯৯) পোইরৈত্তোন্‌ নিংচিৎ (১০০) স্নামহী থিরেল (১০১) পোইরৈত্তোন্‌ কাংখোং (১০২) খওওই য়াংওই সেক্রিং (১০৩) নোংসাবা থুম্বোক্‌ (১০৪) পাখংবা থিরেন্‌ মুন্সী (১০৫) নুংবী নুংথালোন্‌ (১০৬) লাবা লাংপুমলোন্‌ (১০৭) কোংখোং লাইচৌলোন্‌ (১০৮) সেলোই নিংচিংলোন্‌ (১০৯) পাদম উহৌলোন্‌ (১১০) ন্তমিৎ খেনচংলোন্‌ (১১১) থাখেন চংলোন (১১২) লাঙ্কেই সেক্রিং (১১৩) ন্যাকোক সারম্‌ (১১৪) স্নাহী কাংখোঙ্‌ (১১৫) পাখংবা মুন্সী (১১৬) য়াকোক-লোন থিরেল্‌ সল্লাঙ্গ অমাইলোন্‌ পুকোক (১১৭) থুম্বোক পাখংবা থিরেল্‌ (১১৮) পুয়া লম্বুবা (১১৯) থাংলোন ইরাৎ (১২০) পাখংবা সায়োম (১২১) সাতিং সাকোক্‌ (১২২) লাংলোন সেক্রিং (১২৩) খৌনিলোন্‌ সতিং মচা (১২৪) অথুম্‌ তিলখুম্‌ (১২৫) নোংতম্‌ পুয়া (১২৬) লাউথংখোং ফমকাবা (১২৭) য়াইবরোক (১২৮) স্নামহী অহো লোন্‌ (১২৯) ন্যামৎ কাপ্পা (১৩০) সুবিকা নোংয়াই (১৩১) লাবা লাংলোন (১৩২) নোংখোংলোন্‌ (১৩৩) পুরোই মশীন (১৩৪) কারখোং লমলেন্‌ (১৩৫) লোইচিংলোন্‌ (১৩৬) কাহবীয়োন্‌ (১৩৭) লাইবুং কুয়োম (১৩৮) নোংতমলোন্‌ (১৩৯) পাখংবা তুখেক লৈরোং (১৪০) অপোক লৈরোং (১৪১) মিকৌ থাকোল্‌ (১৪২) কাকয়েন্‌ মিঙম্বা (১৪৩) চেকখোং লংখবা (১৪৪) লমতিনলোন্‌ (১৪৫) থিরেন্‌ মৈরোম্বী (১৪৬) কংলা লায়াং

(১৪৭) মৈচাকখেস (১৪৮) খোংচোংলুবী নোঙ্গ'রোন (১৪৯) নোঙ্গারোন (১৫০) চাঙমলোন (১৫১) স্নালমওক্ (১৫২) থাগে-লবা লাংলোন (১৫৩) কংলৈ থুহোকপা (১৫৪) সেংকাও পাখংবা (১৫৫) নোংখৌ লাইরেক্ (১৫৬) অমাইলোন (১৫৭) সুপিকা লৈসাবা (১৫৮) তাউরোইলাই য়াংবী লৈরোং (১৫৯) স্নামহী লমহিং (১৬০) লৈরোম্ ঈচেমচেৎপা (১৬১) লৈমাতাক্ হাওবা (১৬২) পাতা লাংপুম (১৬৩) থিরেন্ সিংকক্ (১৬৪) খুনুংসিংতাই (১৬৫) থিরেল কাওখোং (১৬৬) লৈসাংখোং থিরেল মুবী (১৬৭) নুংলোন খালাওবা (১৬৮ নুংলোম য়াংবীসুবা (১৬৯) চাদা মহো খোইমহোক (১৭০) লোংলাই মহো খোইমহোক (১৭১) লেহো মাহোক (১৭২) লৈই মাহো (১৭৩) খেংকা মহো (১৭৪) হিরি লওমুত্ মহো (১৭৫) চাকলোন্ হোনবা (১৭৬) কোন্না লুংপুম্ কোইবা নহাইলোন্ মখল-১০৮-সুবা পুরা (১৭৭) মাচেৎ পাপুপ্ হকলোন্ (১৭৮) তেনকাপ্লোন্ (১৭৯) পাখংবা খোইজু লমওক্ (১৮০) উমংলোন্ (১৮১) খরানমিচাক খেন্চংলোন্ (১৮২) লোইনা মিনলোন্ (১৮৩) সংকাও মখল মরি (১৮৪) থিরেল নানশ্বা (১৮৫) সাকোক্ সাদিং (১৮৬) মহো খেখারোম্ (১৮৭) সাকোক থিরেল্ নান্শ্বা (১৮৮) সিলুংবা (১৮৯) খেবা য়ারোম. (১৯০) য়াংবীরেন্ সুবা (১৯১) লৈমরেম লেক্লিং (১৯২) চাইনরোল্ (১৯৩) থুবাক থুংনমলোন্ (১৯৪) তমং সাকোংবা (১৯৫) তমং সালোৎপা (১৯৬) সাকোক লমলেন্ সাকোক লমলেন্ (১৯৭) তাংক্রুম্ লমলেন্ (১৯৮) লৈমারেম

নাওয়োম্ (১৯৯) লৈমারেন. উনকোই (২০০) ঠৈ মারেন. কম্বাললোন. (২০১) সিংকক. মৈনাবেন. (২০২ স্নামহী মৈপুবা (২০৩) কারন লমপুবা (২০৪) মহুইরেন্ ভপোকপা (২০৫) বাকোক লকোক. (২০৬) নোংশাবা লাইহুই (২০৭) খয়াংবা অচুইরোন (২০৮) লৈসেম. চক-৮-গী মহৌ লংপুম. (২০৯) থুমুংকোককাঙ (২১০) তাউরোইলাই নাউয়োম. (২১১) সি খন নাওয়োম. (২১২) য়াংবী থিরেল. (২১৩) লৈশেমলোন অরিবা (২১৪) সংজিং পাফন. (২১৫) নোংখাইলোন. (২১৬) লৈঙকলোন লাতম. মসিং লেপ্পা পুয়া (২১৭) লৈরোন. (২১৮) লয়েন. (২১৯) লোইচিংলোন. পুয়া (২২০) খম্নংবা ঈরেংপু রারা (২২১) পুজিন (২২২) স্নমহী জুইবোই (২২৩) পায়াংলেন. (২২৪) স্নামহী লাইহুই (২২৫) স্নামহী ল ইকল. (২২৬) মচৎ (২২৭) চপা লাইহুই (২২৮) মশান. (২২৯) লমমিৎ লমশেং (২৩০) য়ুমদৈ নাশেংবা (২৩১) নাইহেরোন. (২৩২) অতইরোন. (২৩৩) ঈরু লাইশোন্ (২৩৪) পাম্বী (২৩৫) থামাইলোন্ (২৩৬) য়ুমদাবা (২৩৭) য়ুনখাইরোন্ (২৩৮) সলাঙ্গ হাথরোল. (২৩৯) পোম্বীনাউথেমলোন্ (২৪০) অয়া ঙম্বা (২৪১ লাঙ্গকাও (২৪২) মালেম্ চুখোঙ.পুবা পুয়া ॥

শোক ১৭০৯ দা ইনিংথৌ পাম্বৈবনা নিংথৌ ওইবা চহি-১৫-শুরকপা শোক্-১৭২৫-দা লোন্ তিন্নদবা য়ুম্লোন্নবনা পুশিল্লকপা পুরানশিংগী মমিং খর (১) মিকক্ অর্ভত্ত রামায়োন্ সাত্তা কন্দ ৭ মক. (২) কালিদাস রামায়োন্. (৩) ঋক্ত

দৈপংয়োন্ দেং ব্যসকী মহাভারতকী খন্দ প্রবা ২৮ (৪) উপানিস (৫) ভারনি সংহিতা (৬) গীতা (৭) শ্রী সরৎচন্দ্র মুখোপধ্যায় প্রনীত কবি অসিনা ইবা প্রভাস খন্দ (৮) সুরুপদামুদোর কারুচ (৯) ত্রিস্রয়োভ (১০) ভাকতী চন্দ্রিকা (১১) রিক বেদ (১২) শ্যাম বেদ (১৩) যরজু বেদ (১৪) অথারব বেদ (১৫) যরজু বেদ-২১ শুবা (১৬) ব্রহ্ম পুরান্ (১৭) পদ্মা পুরান্ (১৮) বিষ্ণু পুরান্ (১৯) শিব পুরান্ (২০) ভাগবত (২১) ব্রহন্নারদীয় পুরান্ (২২) মার্কণ্ডেয় পুরান্ (২৩) অগ্নি পুরান্ (২৪) ভবিসং পুরান্ (২৫) ব্রহ্মা বৈবর্ত্তি পুরান্ (২৬) লিঙ্গা পুরান (২৭) বরাহ পুরান (২৮) স্কন্দ পুরান্ (২৯) বাগোন্ কুর্ম্ম পুরান্ (৩০) মংসং পুরান্ (৩১) গরুর পুরান্ (৩২) ব্রহ্মাণ্ড পুরান্ (৩৩) উপ পুরান্ জরানিপালদি আদি নৃসিংহ পুরান্ (৩ ) বায়ু পুরান (৩৫) সিব ধর্ম্ম পুরান (৩৬) দুর্ব্বাস পুরান্ (৩৭) কপীল পুরান (৩৮) নাদ পুরান্ ৩৯) নন্দি পুরান্ (৪০) কেশ্বর পুরান্ (৪১) শুক্রুনন্দগী উসনস পুরান্ (৪ ) বরুন পুরান্ (৪৩) সাংখ্য পুরান্ (৪৪) কলর্কী পুরান্ (৪৫) মহেশ্বর পুরান্ (৪৬) পদ্মা দেব পুরান্ (৪৭) পরাসর পুরান্ (৪৮) মরাচ পুরান্ (৪৯) ভাস্কর পুরান (৫০) চৈতন্যানো চরিত্রম গ্রন্থ (৫১) নো তোম্ বিলাস (৫২) স্নাতোন্ সঙ্গ ৫৩) শারভুম সঙ্গ ( ৪) রাম দ সঙ্গ (৫৫) বৈরায়গী ন্নোয় (৫৬) ভা ব ত (৫৭) কৃষ্ণ চনা গ্রন্থ (৫৮) সুর্ত পুরান্ (৫৯) জৈয়দেব কবি ম াও বোক দেবনা ইবা ভগবত (৬০) ব্যাশ দেবনা ইবা ভগবত। ভগবতকা দ্বদস সহসকলধদা হায়রিবদি শ্রী নারয়েনগী সায়োন্না কান্দি

ভাগবান্ হায়বসি যমভল থেত্তা পোক্কনি হায়রিবা অ'সি (৬১) পোয়ঃ কোট=ৰবিধান (৬২) সংচক্কারদা হায়রগনু থেমনা হল্লি, (৬৩) জামাক মেংলগনু পুক্কিং থেৎনা হল্লি, (৬৪) ত্রিভিরোভা=সিনু লিথানগু অভাং বাখল্ ওইহল্লি। (৬৫) বেদান্ত ভিণ্ডিমঃ=শ্রীশঙ্করাচার্য্যনচিং অসিনি ॥

---

"চীং-তম্ প্রেস" মীৎেম্ পুংময়েন্না মপান্‌-১উ চাউবা পামেলগুম্, মনা পুংবা উপাগুম্ হৌ-হৌরসনু মাৎেদা। ভাইৎং পানবা মপুদা অতং-অথম্ নাইদনা পামেল্ চাউথোক্নি রাংথোকইবা ভইরসনু হায়না নিজনী।

লাইরিক উনম্ ছাপা তৌফম —
চীং-তম্ প্রেস
উরিপোক নাওরেমথোং তথেল্লম্ লৈকাই, ইম্ফাল মণিপুর।

উনম্ ছাপা পিন্ট তৌবা
সি আইচ নোনিবলা চন্নু
উরিপোক নাওরেমথোং তথেল্লম্ লৈকাই, ইম্ফাল মণিপুর।

লামাই — ২০০
থুদোল — লুপা ৬৫-/ (লুস্ফমঙা) তনি।
লাইরিক লেংবা :— এ কে, তোমচা
কোপী মশিং ১০০০০

অফেংবা

থোঙাম্ মনি ঙানবা খাবা ঈয়েকুচা
রিভাইস তৌবা সি আইচ হেমাচন্দ্রা প্রেস প্রোপাইটর।
লাইরিক অসি হায়না লৈরম্বদগী পাবথোক চাউথোকপা খর হেল্লে

১। রাজেংবম কুল্লাচন্দ্রা মৈতৈ
খুরাই থোঙাম লৈকাইনা চৈথাবা কুম

২। মোইরাংময়ুম শামু
সাং নোংপোক্ ইভৌরোকতা লৈবনা চৈথাবা তনিক্কী কুম

ফংফমঃ মুম্নাম্ রাজেন মুম্নাম্ লুইজেম্ মথা লৈকাইদা লৈবা অসিদগীনু ছাপা তৌরবা লাইরিক অসি ফংবগনি।



